# নাট্য অমসুং মঞ্চ



মমল লুপা ৭.৫০

ইরবা :—

শ্রীনিংথোখম ইবোবী সিংহ

কোংজবা ঃ—
মৈতৈময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েশন।




অহানবা খুৎনম
কোপী মশীং ১০০০
১৯৬৮

নম্ফম ঃ— সোল প্রেস, ব্রহ্মারোড।

শন।

# নাট্য অমসুং মঞ্চ

# নাট্য কলাগা ৱারম খরা।

অভিনয়বিদ্যাবু ইদ্রবদি কলাবিদ্যাগী অশেংবা মশক লেপ্পদা
া থোকই! তশেংবা অভিনয়গী জ্ঞানবু শংভিজ্রবদা য়েংবীরি-
ংগী মমাংদা অভিনয় তৌরিবা খুদিংমক্তা খুদোংথিবদা মতাবা
বসি মশাগা তাবনি। মরম আসদগী ৱাখল অসিদা তাওত্তুনা
ম শাংনা লাকচরবনি; হৌজিকী চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না
্য কলাগী ইহুল অসি কনখৎলকই; মসিনা সমাজ সুধারগী
বা খুৎলাই ওইরি। আদর্শ সমাজশিক্ষা নাটকী অভিনয়
ুরগা অয়াম্বা দর্শকশিংগী মরক্তা অশেংবা পুন্সী অমগী
লবু উই, মসি তশেংবনি! মসিগী লেংজ্রবা প্রমাণদি ঐখোয়গী
পুজীনি, বাপুজীনা অঙাং ওইরিঙৈদা "হরিশ্চন্দ্র শ্রাবণ পিতৃ
ক্তি নাটক" য়েংলুবদগী রাজা হরিশ্চন্দ্রনা সত্য ঙাকপদা লেংদবা
চেল, শ্রাবণ কুমারগী পিতৃ ভক্তি! মত্তুনা মরম ওইত্তুনা
তীয়তা রণসঙ্গ্রামদা কয়াগী মতিক থৌনা ফখিবা, কয়াগী মতিক
্য! পুম্নমকনা শংবিরিবনি বাপুজীগী!

নাটক হায়বসি সমাজ জীবনগা তোংনত্তুনবা লৈরিবনি হায়না ভায়জনিংঙি, মসিমকনা সমাজগী শকয়েং মিংশেন্নি। নায়কশিংগী লায়েংনবগীদমক ডাক্তর, মতিক চাবা হিদাক লাংথক চংবগুম্ব', সমাজগী জীবনদা লাইনা লৈরিবশিংবু লাইয়েংননবা অফবা সাহিত্য কয়া, লাইরিক লাইশু কয়া দরকার লৈবগুম নাট্য কলাসু অমনি! মরম অসিনা মতিক চাবা নাট্য শিক্ষক অমদি Actors সু দরকার ওইরিবনি।

মসিগী লক্ষ্য অসিদা হৌজিক্কী মতমদা অয়াম্বা স্কুল অমদি কোলেজদা ছাত্র ছাত্রিশিংনা নাট্য বিভাগ থমত্তুনা মখল মথেলগী নাট্য আভিনয়বু উৎলি মরক মরক্তা! মত্তুদা মখোয়না সমাজগী চাউখৎনবদা মখল কয়াগী চর্চ্চাদা অভিনয়গী নিংথিজবা তেনগৎনবা কীজেং চাকচা কয়া শেং-চাত্তুনা, হৌনবী রিতিগী কলা কৌশলগী মর্য্যাদা থম্নবগা লোইননা উৎলি।

অসিগুম্বা নাট্য কলাগী চর্চ্চা অসি স্বর্গীয় ১০৮ যুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ স্যার চূরাচান্দ সিংহ গী K. C. S. I. সনা হাক্তুক্তা তেম্না তৌখি।

মতম অত্তুগী নাট্য জগৎকী লমজিংখিবদি স্বর্গীয় খ্বাইরাকপম নবকীশ্বর সিংহ, ওঝা খম্বা সিংহ অসিনচিংবনি, মখাদা শ্রীযুক্ত স্বর্গীয় সরোকখাইবম ললিত সিংহ, স্বর্গীয় চিংভাখম মন্মুর্দ্দজ ওরকে অত্তৌবী মেম্বর অসিনচিংবনি।

মথক্তা পঞ্জ্রিবা কলা প্রেমী সজ্জনশিং অসিনা মথং মথং ঙ'স ফাওবদা লাকলিবা অভিনয়গী ঈচেল অসিবু অবদান তৌবিরকপনি। মখোয়গী মফমদা হৌজিক্কী অভিনেতা অভিনেত্রী-শিংনা লম্মন তোল্লিবনি।

অশুম্না সমাজগী কান্নবা নাট্য কলাবু য়োকখৎপা হায়বসি সভ্যশিংগী কর্ত্তব্যনি, মসিগীদমক অভিনেতা অভিনেত্রীশিংবু শেমগৎপা দরকাররনি। মসিগীদমক "লমজিং লাইরিক" অমা লৈফম পোকই, অদুবু অল্লাবদি, অ'সগুম্বা লমজিং লাইরিকসি ইমারোলদা লৈজন্ত্রি, অতৈ লোল ইংরাজী, বাঙ্গলানচিংবা লাইরিক্কুদি লৈখ্রে। মসিগী চপ য়ুংবা ল্লাখলদ: অতৈ অতৈ, মসিগী লাইরিক কয়াগা তান্নজবগা লোইননা, ঐগী পুন্সিগী লমদাংগী চাহি ১৭ শুরকপদগী তৌনা চহি ৩০ লোম অসিগী মনুংদা অভিনয়গী মরমদা নৈনজরকপা কয়ানা নাট্য কলাগী মরমবু লাইরিক অসিদা আলোচনা তৌজরি।

মীওইবগী য়াইফনবগীদমক নাটকচিংবা দরকার ওইরিবনি, মরম অসিনা সমাজগী মা'গদবা, মখোং মরম চাদবা লীলা উৎতুনা জনসাধারনশিংগী মমিৎতা উহনবা ফওে, হায়বদি য়্ন-থকপা, নেশা চাবা, অত্না ঘাৎ তৌদুনা (খৌরি য়ান্দুনা) শিবা অসিনচিংবগী লীলা উৎলগা সমাজ সংস্কার তৌনবনি খনবদু, ওন্ন-তৈনবদা লাকই, মতুনতুম য়ু থকপা হেনগৎলকপা, নেশানচিংবা চাবা হেন-গৎলকপা, অত্না হত্যা তৌদুনা শিবা হেনগৎলকপতুম ওইরকই। সিনেমাদা থাংনা থিল্লবনচিংবা উরুরগা হেন্নতুম নহারোলশিংনা থাংনা থিল্লবা হেনগৎলকপগুম তৌরি, মরম অসিনা মতৌ অসিগুম্বা

Play দি উৎভবনা ফৈ। মীওইবা সমাজগী থোইদনা দরকার লৈরবনি হায়বসিদা নাট্য অভিনয়বু থোকপদোক হেন্দোকনা শেংলরবনি লৌনরি অভিনেতা অভিনেত্রীগী শক্তিদনা নাটকনা হিংলিবনি, মরম অসিনা অভিনয়গী শক্তম লৌবিরিবা অভিনেতা অভিনেত্রীশিং বু নিংশিং-লগা অয়েংবশিংনা রঙ্গালয়দা লাক্লিবনি, মখোয়দুগী শক্তমশিংদা নাটকী লোল অমদি ভাব রসপু চুপল্লিবনি। নাটকুচিংবগী কাল্লবদু ফুগাইনবগী দায়ীদি অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনি। মীওইংগী সাং-স্কৃতিক জীবনবু মহৈ য়াল্হনবা অমদি চাওখৎপা হেন্নবা সাহিত্যগী লোৎবুক্তা অনৌ-অনৌবা শিল্পকলা শেম্বা দরকারনি, মতৌ অদুগুম-মদুনা নৌজরিবা নাটক অভিনয়বু য়োকখৎলগা মমল লৈবা, ওইহল্লবসু হোৎনবা ভাবনি। মীদুদা মীওইবগী জীবনবু মক্রবা আনন্দ অমগী ঈথক্তা তাওহনবা পাম্মী, নাট্য জগৎকী নাটকনা সমাজদা অমোৎপা পীরদি স্নুকচুম চুমদে। মীওইবা জীবনগী দরকার ওইরিবা অদুদা থোৎওইনা তৌদদুনা জনসাধারণগী মগিৎ নাহনবদি তৌরোইদবনি। অসিমনা অসিমনি, অভিনেতা অভিনেত্রীগী দোষনা আদর্শ নাটকী মগুণ মাংথোক্লুনা মদুগী ফলনা "নাটক য়েংবা চৎলুই" হায়রগা চৈনবসু য়াওনরি। মশেল তিংনা নাটক য়েংবা চৎলুরগা, য়ে'লুবা পুম্বদুনা মতিক চাদবা অভিনেতা অভিনেত্রীশিং ঙাক্তা ওইরবদা মখোয়গী মপুক্লিংদা নিংদোন পোমখিবা অবেম্বদা য়েংনিংলুবা রাখল; রঙ্গমঞ্চদা চৎলুরগা অভিনেতাশিং অদুগা খৎননিংবদুম পোকপা, মসিদবু নাটক য়েবদা অপেনবা প্লোকপা ? অভিনেতাশিংগী অসিগুম্বা দোষ ময়ামশিং অসিদগী,

নাটক্কী কান্নবশিং পুম্বত্তু কাওথোক্লম্বিগনি। অদুগা নাটক অভিনয়দা মুক্কগী অভিনেতাশিং অভিনেত্রীশিংগী দায়িত্ব ওাক্তসু নত্ত্রি, শিল্পীশিংনা রঙ্গমঞ্চগী থবক্কী ভার অদু নিংখিজনা পাংথোকপিত্রবদা নাটকী মরু ওইবা মমলশিং অদো মাংখি, দর্শকশিংগী অপাম্বত্তু রাংলি, নাটক অভিনয়গী কান্নবা অদুবু অরেম্বদা মাংহল্লি।

নাটক্কী কান্নবা লৈ হায়দুনা অফাওবা Writer শিংগী অভিনয়গী লাইরিক নত্তুনা অতৈ সাহিত্য সমাজবু নিন্দা তৌবা, "থোইনা কান্নদে," হায়দুনা লৌলাদা তৌনবগী লাক্লদুনা লৈবদি থাঙ্গেশেংনা থাদোক্কদবনি। সাহিত্য চর্চ্চা তৌবদনা নাট্য রচনা তৌবা, হাব ভাব খংনবগী মরুনি, মদুনা নাটক্কী চরিত্রশিং শেম্নবগী অথোইবা জ্ঞান পোক্কদবনি। মরম অসিনা সাহিত্যনচিংববুসু নৈনদুনা রাখনবু মপুং ফাহন্নবা লাক্লগদবা ওই।

অয়াম্বা অভিনেতাশিংনা অরেম্বদা ওাওশিন্নদুনা নাকন অমত্তগী রাখলদা আওরারা ওইদুনা নিংওাইদনা লৈথোকই। মমৈথংদদি লম্বীদদি মা-মাদুনা চৎলিবা মমিৎত্তি উত্রবা মিত্তাংবগী মতৌশুম্না পুন্সী হিংনবগীদমক ওইনা থিয়েটর য়াওবা নত্রগা যাত্রা রাজানিচিংবা য়াওবগী আশাদা কোইওাওনদুনা চৎলি। মখোয়দা অশেংবা নাটক্কী লক্ষ্য অদুগী রাখল লৈতে, লোল লৈতে, হরিশ্চন্দ্র শাবসু অভিনয় অদুদা কপলি, অদুগা য়েংলিবা ভাবুকশিংসু কপলি, অদুবু কপ-মিন্নরিবা অদুনা কদায়ফাওবা খুৎশম্নরবা হায়বদুগী অথুপ্পা রাখল্লি লৈতে। অসুম্না ব্যবসাগী ভাবতনা, অয়াইবা ইতাও তাওবা

ব্রাখলদা মওং অমগী লীলা মউৎ অদুগী লম্বীদা মখিরকই। সত্য অদুবু খৌওইরক্কে, যুগকী খোংচৎকা চু-নবা, সমাজিক নাটক, পৌরাণিক নাটকসু থিজিনবা ঙমলক্কে, চুন্নগী Commercial Play গী ইরাং অমদা লৈখি। অফবা নাটকশিংবু অসিগুম্বা আন্দোলন অসিদা তাওথোকনখি। পৌরাণিক, সমাজিক, ঐতিহাসিক, Prograssive, National intigration নাটক অসনচিংববু লক্ষ্য তৌবা ঙমদে। নাকন অমরোমদা তৌনিংবদা তৌদুনা শেল তান্নবগী লম্বীদা লৈদুনা নাটক্কী মনুংগী অর্থবু মাংহল্লি। মখোয়না করিগুম্বা সমালোচনাগী অকীবা শুকলৈ লৈতে, কৈফিয়েৎকীদমকসু করিসু খল্লুবা লৈতে। মরম অসিনা অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা অসুক্কী মতিক সাহিত্য চর্চা তৌবা অমদি সমাজগী খোংচৎপু লৈনবসু দরকার লৈরিবনি। শম্না হায়রবদা অদুম্না লৈনরবতদা সমাজগী ভাগ্য নাটক্কী মশকপু শেংহন্না উৎননবগী থৌরাং তৌবা ঙম্মী।

নাটক্কী পিক্লবা পার্ট অমবু অপিকপনি হায়না লায়না খল্দোকপদি সুমচুম চুমদে। লোংগীদমক খোংশানি, খুৎকীদমক খুৎশানি অতৈ শিংলিশিংনি। হায়রিবা হকচাংগী পার্টশিং অসিনা হকচাং ওইরিবনি। মরম অসিনা অপিকপা পার্ট অদুগীসু মতিক চাবা ফীজেৎ-লৈতেং শেংতু-চাদবা চুমদে, ঐগীদি পার্ট মখানি হায়দুনা তৌনিংবদা তৌবা চুমদে। অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা মাগী মাগী মতিক চাবদা নির্ভর তৌকম থোকপদো নির্ভর তৌদুনা

নিংথিনা পাংথোক্নবা লাক্নরগা পুমপুন পুনবা অদুনা অভিনয়গী থবক অদু নিংথিনা পাংথোকপা ঙমগনি ! সমাজদা নাটক্রচিংবনা দরকার ওইরবা অদুগী মরমদা নিংথিনা খংলবা ভাবুকশিংদি চ্যেকশিন্না য়েংবিরিবনি তান্নবা খন্নরসি থাদোকফদে। ঐগী অভিনয় তৌবা থোকপদা দরকার ওইরিবদো হান্নবা ঐনা চ্যেকসিনগনি, অস্নুন্না তৌরবদি অভিনয়গী মতমদা অঙ্গহানি থক ওইরোই ; অঙ্গহানি ওইরবদি নাটক্কী মর্য্যাদা লৈরকলোই। রঙ্গালয়দা কনাগুম্বা দায়ীত্ব লৈবা অংগুনা মাগী করিগুম্বা মরাল অমত্তা ভাবুকশিংগী মমিৎতা উহল্লোইদবনি। অভিনয়গী মুমিৎতা থেংনা লাক্কুনা হাথু তাথু তৌদুনা মথোং চাহন্দবা, অভিনয় মতমদা অতনবা উৎপা, খৎন-চৈনবা, অভিনয় হোক্রিঙৈদা চরাং চরাং তৌদুনা ইরাং লাংশিন্নবদি ফজদবতা নত্তুনা মাথা, গরম তৌদুনা ইথক থকতুনা মশা মশাগী পার্টশিং অদু কাওথোকপদি মশানা তাবনি। অদুম : তৌবদুমকনা অভিনেতা অভিনেত্রীশিংগী মহাসর্ব্বনাশকী মশকনি, অভিনয় তৌবদস্থ সর্ব্বনাশনি অদুগা লোইনবা নাটকীসু মথোং তেকপনি। মরম অসিনা অভিনয়গী থোংজিন্দা নোনা থোংদা-বিরকইবশিংনা মাইকৈ অসোমদা হেন্না চ্যেকশিনবিদ্রবদি নাট্য সাধনা তৌবিবদা নিংথিবা ঙম্মীরোই, মসিনা সাধনাদা য়ৈখাইবা থেকনি, তৌইগুম্বসুং মসদা নত্তুনা সমাজগী অওনবা অমদা দায়ত্বশিংবু গাংত্থনা অভিনেতাশিংগী নোংম-নোংমগী মপাঙ্গল শোন্দুনা থৌ অসিগী রুচি অসি ময়োল চোংখৎপা ঙম্লোই।

# অভিনেতাশিংগী থৌদাং

হেন্না লাইরিক লাইস্সু নিংথিনা হৈরগা, অভিনেতা ওইবদি থৌ অসিদা মঙ্গল ওইবা হেনবনি। মসিনা অভিনেতাবু ভদ্র, সভ্য, অচুম্বা তাকপা অমদি মরোশিংশিংবা ওইহল্লি অদুগা লোইননা সভ্য সমাজগা তিন্নখোংনবদা গুণশিং অসিনা সন্মান ফংহল্লি। নাট্য সাধকশিংগীদি রাখল খনবা দরকাররনি, মাইকৈ মরিদা উরিবা, লৈরিবা পুন্নমক্কী স্বভাবিকশিংবু মুন্না য়েংশিন্নগা অভিনয়গী শক্তিদা হাপচিন্নবা লাক্লগনি, জগৎকী তেক লৈরিবশিংবু খংজিল্লু হায়বদুমক য়োৌবনি। অদুম তৌরবদি হিরম খুদিংমক্কা মতিক চাবা ওইরক্কুনা অকবা নাট্য সম্প্রদায় অমা শেম্ব। ওমদুনা অভিনেতাগী মাইকৈদা মিংচৎ লৈদুনা মাইপাকপদি শোয়রোই। মতম অদুদা মমাংগী কর্ম্মজীবনগী থবকশিংবুস্সু নিংথিনা পাংথোকপগা লোইননা রঙ্গমঞ্চগী থবকশিংবুস্সু নিংথিনা পাংথোক্লবা লাক্লবা তাই। মশাগী থুংলকপা পার্ট অমদি লীলাগী Volum অদু মপুং কানা লোইনা পাথোকদবা ওই, অদুদি নত্তনা চুম্নগী মশাগী পার্টতমক পারবদি অভিনয় তৌবদা খুৎলোয়রবা রাংকনি।

ইশাগী পার্ট অদু নিংথিনা চিন্দা পুথোকনি, অদুকী মতিক ইশা খোম নিংথিনা ফারগা অভিনয় তৌবদা ইশা ইচ্চবা ওম্মী! Pro-mter গী মতেংদনা ইশাগী অভিনয় তৌবা হায়বসি খুৎলোয়রবা নত্তে। অসিগুম হায়দুনস্সু promt তৌবা পুমথা থাদোকপদি চুমদে,

মরমদি পার্ট লৌজরিবা অভিনেতা শিংগী মতেং হৈলে লৈজবা হায়বদু থোকই, মতুনা করিগুম্বা খুদোংথিবা অমদা তাবা য়ানা লে। হায়বদি,— ভাবুকশিংগী হয়াওনা লাওবা, নত্রগা মিয়েং ওন্নবদগী ইন-ফবা করিগুম্বা মওং অমদা প'লাও লাওশিনবদা ভাব চোই-রকপা য়াখন্দগী অফাবা পার্টকী য়াহৈ ভুল চেরকপদা কনবিনবা অমত্তা ডাইজবা মরুপতি Promter নি। মীওইবদি মী ওইবনি, কাওগলবিরে ইদবগী য়া লৈতে; মরম অসিনা Promter য়াওদনা অভিনয় উৎপদি সুকচুম চৎদে। অসিনা অফবা Promter শিং থম্বীবদি অভিনেতাশিংগী শিন-হিদাকনি। অভিনয় তৌভমদা য়ামদ্রবদা পুং অনিয়োমগী মমাংদা থুঙচুনা Make-up নচিংবা তৌনবা থোরাং তৌগদবনি। ইশামকনা Make-up তৌজবা হৈরবদি থোইনা হেন্না ফবনি, নত্রবদি Make-up men গী মতেং লৌবা তাই। মতৌ অসুম্না Make-up তৌরবা তুংদা ইশা ইশাগী পার্টকী মতুং ইন্না ফীরোল্ল চিংবা শেৎকদবনি। হান্না অসুম্না ইশা ইশাগী বিষয়শিং অদো তৈয়ারী তৌবা লোইরবদি অভিনয়হু হৌত্রিবৈগী মমাংদা ইশা ইশাগী পার্টনচিংবা হায়কেৎতং ওরাইহৌনবগী মতমসু নিংথিনা ফংগনি। মসি য়াম্না শান্তিপূর্ণ ওইবা দরকারনি, ফ শেৎফম আসদা চবাং চয়াংবা থক তৌরোইদবনি অদুম্না তৌববদি অভিনয়গী তৌগদবা হিরমশিংদা য়ৈথাইবা থোক্কনি। হল্লা শুলা অসি Manage mant মওংদসু লৈবনি, মরম অসিনা নিংথিনা Manage mant তৌবা মফমদদি করি থোইনা থোক্কনি খন্দে, গোলমালগী ঈহৌ অসি থোক্তনবা মাইকৈদা নিংথিজনা য়েংশিন্নবা হোৎনবা দরকারনি।

অভিনেতাশিংনা করিগুম্বা নেশা অমগী মথাদা লৈফদে। অভিনেতাশিংনা moral side তা বুপ্পা য়েংশিনহুনা লমচৎ নাইগদবনি অমসুং মশা মউ কনা লৈননবগী মাইকৈদগী য়েংবা ভাউ; চাবা থকপগী মরমদা য়াম্না চেৎকাশিনগদবনি। লদ্মী মপান্দা, হোটেলদা, অভিনয় তৌফমগী মনাক্তা কম্বা চা য়োনক্ষমদগী চা-মুং থকপাশ কাণ্ড, রেলদা ষ্টেশন্দা, বাজারদা ফুৎতুনা পুরকপা কেটলীগী চা থকপদি তাশেন্না হু চাবদগী কল্লে হায়না লৌগনি।

মুংতিগী তত্তুনা show উৎপদি হকচাং যাংনবগী মশকনি, মতৌ অসি যাত্রা পার্টি, টুরিং চৎপা থিয়েটার পার্টিনা তত্তুনা তৌবা ভুই, মখোয়না মণিপুরগী মফম কয়াদা, নত্রগা আসামগী মফম কয়াদা চৎতুনা অভিনয় উৎলি, মসিদা নিংথৌগী ক্রিক ক্রিক ইত্নুনা show উৎকনি, অসিগুম্বা তাঙ্কা অসিদা ভুম্বা তোংনবদা হকচাংগী মরমদা কয়া চেৎকশিন্নদে, মসি য়াম্না অমাংবনি। কনা কনাগুম্বা প্রোপাইটরশিংনা খর্চা য়াম্না। ইতৌ-তেৌদনা পিক্ক-পিথক-পদা নিংথিনা পিক্কদবা খুদোং চাবা চাদবা মফম ইয়েং য়েংদনা কোইপু পুত্নুনা চৎপীরবমক্কদা, মতম ফংদবননি তায়ত্তুনা চারম থকলম খংদনা লীলা show উৎননবা পোৌরাং তৌবিরবদি অভি-নেতাশিং অত্তুনা অভিনয় তৌবদা মথাই শুজবা ভমজদে, মশা মউসু তিক তিক লাওনা লৈজবা ভমজদে। অসিগুম্বা মতৌ অসিদা তাদনবা অভিনেতা, অভিনেত্রীশিংনা চেৎশিনগদবনি।

অভিনেতা ওইবশিংনা অ:তোপ্পা অভিনেতাশিংগী মরমদা করিগুম্বা হিংসাগী মাকম অমত্তা লৈবা ফত্তে। কনাগুম্বা অভিনেতা অমবু মানা হেল্লি হায়বগী মাকম পুত্নুনা নিন্দা তৌনা ভাংজদে। ফোংনা, লোম্না অসুম্বা মাকম অসি সুকঙাং ভাংদবদি শিদ-ছিনাকনি।

অভিনয় তৌরমদাইদা পানা চাবগী অভ্যাস তৌবা চুমদে, করিগুম্বা চাবা থোক্লবদি চাবা লোইরগা নিংথিনা চিন-খা ছেংথোক্কদবা ওই, মতুনা অভিনয় তৌফদে। show তৌরিবৈ মরক্তা নোত্তুনা চাবসু সুপ্চুম চুমদে, মরমদি পানা অদু হাবা য়াই, মতুংকনা খুদোংথিবা থোক্লবদি অভিনয়দা য়ৈথাইবা থোকলকই। হোল্লাংগী ফজবা রাংপা, ভোরবা য়াশিং অদুগী ফজবা মাংহনবা অসিনচিংবা ভাবুকশিংগী অপেনবদু য়ৈথাইবা পিররনি হায়না খণ্ডনুনা অভিনয়গী ফজবা মাংহনগনু।

অভিনয়গী শেংলবা সাধক অসিদা পার্ট অচৌবনি মচানি হায়বগী ওস্থোকপা মাখল অসিমদি লাপ্পা থমগনি; অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা মতম পুম্নমক্তা খনগদবদি "ইশান্নী সম্মান ইশাগী খুত্তা লৈবনি। কনানা কনাদা পিবা ওমকম থোক্তে, তামশিনগদবসু ইশাদমনি"

# অভিনয় তৌবদা চ্যেকশিনগদবা

শেম শারিবশিংগী মরু ওইবা ধর্ম্মদি অয়েংবশিংগী য়েংলিবা বিষয়শিংদা ফজরোইদোবা পুম্নমক অদুবু নিংথিনবা তোংনবনি। কলাবিদ্যা শায়বাস অমুক্কী মতিক পবিত্রনি। মদুদি, মসিদা করিমত্তা থিননবগী মফম লৈতে। অভিনয় কলানা অসিগুম্বা ধর্ম্মবু ইন্দনবা করিস্সু উপায় অমা লৈবা নত্তে। য়েংবদা নুংভাইতবশিংবু make-up তৌদুনা ফজহন্নবা লাক্লে, অদুগা ফজ'রবা অদুবুস্সু থিননবা হোৎনৈ, কলাগী সংসার অসিদা Nature তাহনবতনা ফজবনি, কলাগী মাধুর্য্যনি। অসুম্না তৌবা অসিদা নিংথিনা হৈরবা make-up কী মপোৎ মচৈ অমদি make-up man চংভি, মসিনা কলাগী ফজবা অদুবু থোকহল্লে।

ঐখোয়গী অসিগুম্বা অভিনয় কলাগী ধর্ম্মবু হিংহন্দুনা মতম কুইনা লৈহনবা ঙম্বদি অচৌ অশাং ইনাক কৈরাক খুনবগী ইমুং মনুংগী নহারোলগী মথুত্তা লৈরে; মরমদি অভিনয়গী নেশা অসি ওম্মোক্লা কনবনি, শেলনা থুম্না পেনবা ঙমদে। অদুগা মাংকৈ অমরোমদা হিংদুনা পান্নবগী পৈশা দরকারনি, মরম অসিনা মরল লৈতবা মীনা মসিবু নিংথিনা য়োকখৎপা, পাংথোকপা ঙম্বগী মতিক লৈতে; নত্রবদি লল্লোনবশিংগী মথুত্তা মখোয়গী খুদোংথিফম লে। মখোয়গী মথৌদা মীনা পেন্নবা তানশিনবা ঙন্নবস্সু লল্লোনবশিংনা মখোয়বু চহি কুন্নাং চুপ্পা ফাজিন্দুনা থম্বীবা তাই,

মতুনা মখোয়না চৎনিং ওপ্পা ফংঙবা ঙমদবদগী মখোয়গী অভিনয় অদুবু নিংথিজনা ইনিন অমদা লৈহনবা ঙমজদে অসুম্ন তৌব-সিংগী মখোয়না থিয়েটার তৌবা অদু থা অমগী মনুংদা অমুক্তং চিলাওনা উৎন্দগা লেপ্পুনা লৈবা ভাই। মসদা হৌজিক মতমগী মতিক চাবা থিয়েটার কদাইদগী ফংগদবা? সমাজগী দরকার ওইরবা অভিনেতা অভিনেত্রীনা কদায়দগী? স্কুলগী পামজবতনা শিখ্বাং খাংতুনা লৈবনা স্কুলগী থা তরুক্কী মনুংদা অমুক্তং উৎপা ঙমতুনা অচৌবা থিয়েটারগী কাংবু ওইরে। মশাগী পাৰ্টতুদং চি-লাওনা চিনফা পুরগা, টিম রার্ক তৌতুনা শেন্দানবগী কৌভগদা উৎপা লীলাংসু সমাজগী পংকান কান্নবা থিয়েটার নত্তে। থিয়েটরগী জগৎ অসিদা অসুম্না তৌবা মওং অমা লাক্তুনা অফবা অভিনেতা অভিনেত্রীগী থম্মোইদা নিংদোন পোম্নরে। প্রোপ্রাইটরশিংগী পৈসাগী থৌরি অমনা মখ্বাদা থুরগা মখোং থাংবোই থাদবোই অদুক চৎলি হায়বতু মঙাইরে। ঈশিং হাপলিবা পুন অমনা কাইরি কাইরি তৌনা ঈশং পুতুনা চৎপদা অমুক্তং ফোক লাওনা কাইতুনা তোকপঞ্জম অভিনয় কলাগী প্রতিভাবু মাংহুনা তোক্লগদবা মতৌদা লৈরে। মরম অসিদগী হোৎনা কদাইদা, নাটক ইবিনবা Writer না কদোমদা অভিনেতাশিংগী কাংবুনা কদাইদা? অস্ুম্না খুদোং-থিবদা তাতুনা অতুম মখোয়গী কলাগী মঙালবু লুপখিতুনা লাইরবগী মখয়াৎতা তাপ্রে। মরম অসিনা অচৌ-অশাং ইনাক খৈরাক থুন-বশিংনা মাইকৈ অশোমদা মিৎয়েং চংশিনবিবস্ু সমাজ উন্নতিগী খোংচৎতা থোইনা মতেং পাংগনি।

# ভারতকী নাট্য শাস্ত্রগী চাওরাকপা

ভারতবর্ষগী নাট্য শাস্ত্রনা পোকপা অমদি কান্নবা খংবা অসি লৈপাক অসিগী পণ্ডিত অয়াম্বনা মথং মথং হায়নরক্লুনা প্রাচীনগী মতম মখোং পুন্নমকপু অস্নুম অম্নুম য়ানরক্লুনা লাকদি। শৃঙ্গার রসনচিংবা রস মাপনসি হেক খংলকপদগী নাট্য শাস্ত্র শেম্বা হৌখি। ভাব-রসনা থল্লবা য়ারী-য়াখোংনা অভিনয় লাইরিক্কী আত্মা অমদি জীবনগী মশকনি।

জগোইগী শরুক, ঈশৈগী শরুক, অমদি অয়ৈ অখোংগী শরুক হায়রিবা অহুম অসিনা পুল্লপ তিন্নরগা নাট্য শাস্ত্র শেম্মী। নাট্য শাস্ত্রদগী খংবা ঙম্মী মতুংদঃ— রস মাপলগী হাপকম ওইবা নাট্য শাস্ত্রসি, বেদ মরদগী ব্রহ্মানা শেমখিবনি। দেবাদি দেব মহাদেবনা ইহান হানবমক্তা অসগুম্বা নাট্য শাস্ত্র অসিবু স্বীকার তৌখি অমসুং শাস্ত্রীয়রসদা রসজ্ঞ অমা ওইদুনা নটরাজ হায়বা মিংকম অসি লৌবিখি। ব্রহ্মানা মহামুনি ভরততা অসিগুম্বা শাস্ত্রজ্ঞান অসি পিবিরম্মী, নারদগী মতেংদগী পৃথিবীগী মতিক চাবা মফম কয়া প্রচার তৌরম্মী। দেবলোক, গন্ধর্ব্বলোক, কিন্নর লোক্তা শন্দোকখি, মর্ত্ত্যদা যাদবশিং, গোপীশিংনা রাসলীলা, দোল লীলা অসিনচিংবা অপিক অপিকপা নাটক শং শেমদুনা অভিনয়গী তৈ-শিংবা প্রচার নিংথিনা তৌখি। নাট্য শাস্ত্রসি বেদ মরিদগী শেমখিবনি হায়রবনিনা মসি মঙাশুবা বেদনি হায়রনা খংনরে। অসিগুম্বা মঙাশুবা বেদ অসিগী

মনুংদা অমুকস্থু উপবেদ মরি থকস্থু লৈরি, মখোয়গী মনুংদা গন্ধর্ব্ববেদ নত্রগা নাট্যবেদ মকনা ভারতকী নাট্য শিল্পগী পরিচয়বু নিংথিজনা তাকলি। ভারতকী অসিগুম্বা শাস্ত্রীয় নাটকপু পুথোকপদি মহাক ভারত মুনি। নাট্য শাস্ত্রগী তচুম্বা আলোচনা তৌবতনা মরম ওইদুনা যোগসিদ্ধিগী ধর্ম্ম-অর্থ কামচিংবা ফংনবগী লম্বীবু ফংজবা ওম্মী।

ভারতকী প্রাচীনগী নাট্য শাস্ত্রগা আধুনিকী নাট্য শাস্ত্রগা খেন্নবা করিস্থু লৈতে। মরু ওইবা অদুদি অতুম্মক লেংদনা লৈ, সুরুগী মশক খেন্নবা, দেশ কাল পাত্রগী মতুংইন্না খরদং হোংজিন অমদি শেমদোক শেমজিন তৌবদি অতুক মরৈ। প্রাচীন যুগকী ভারতীয় নাটক কলানা কয়া যাম্না রাংনা লিরম্বা, মতু ঐখোয়না নিংথিনা থংত্রবস্থু, তৌজিকী যুগকী অসিগা পান্দম্লাক্নুনা য়েংবদা অথোইবা শাস্ত্ররূপ অমা ওইনা উবা ফংঙি :

নাট্য সাধনাগী কয়া রাংবা শরুক, কয়াদা মতিকচাওবা, কয়াদা কান্নবা, নাট্য সাধনানা কয়াদা ধর্ম্ম ফংননবগী মতেং ওইবা, কয়াগী মতিক মিংচৎ ফংনবগী মশক ওইবা, অমুতগী মশক ওইরবা পাওতাকশিং ফংননবগী খুদোংচাবা, তুংগী কর্ম্মজীবনগী রাইকবা ফংনবা লম্বী তাকপা হায়রবদো আলঙ্কার শাস্ত্রনচিংবদা নিংথিনা পরিচয় পীদুনা লৈ।

তৌজিক অসিদা নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংনা হায়রি, "ভারতকী নাট্য বিত্তা অসি গ্রীক নাট্যকারশিংগী মফমদা লম্লুন

তোল্লিবনি," ভৌইগুম্বসুং মহুদি তশেংনমক লাল্লবা য়াফমনি। ভারতকী নাট্য কলা অসিদি ওন্থোকনা কুইরবনি, গ্রীক অমদি অতৈ বিদেশশিংদগী ভারতা লাকপ: নত্তে অদুগা লাকই হায়বগী থাজনবা করিগুম্বা মতিক চাবা প্রমাণ করিমত্তা লৈতে। ভারতকী নাট্য কলাদি ভারতকী সংস্কৃতিগী লৈফমদগী অদুমমক থোকচ-রকপনি।

পণ্ডিতশিংনা নাট্য শাস্ত্রবু ত্রিবর্গ সাধকনি হায়দুনা অমুকা হেন্না নাটকী গৌরব অাস হেনগৎহল্লিবনি। কলা ৬৪ গী মনুংদা নাট্য কলা অসি কলা অমনি, অদুমদি ওইরবদা, নৃত্য, গীত, বাদ্যনচিংবা কলা ৬৪ অসিমক চর্চ্চা তৌবনা নাট্য শিল্প অসিবু মপুং ফাননবগী সাধননি। হায়বদি, সংসারগী হেক লৈরিবশিংবু মতাং মতাংগী নাট্য অভিনয় তৌরকপদা মপুং ফাননবা কলা ৬৪ অসিমক চর্চ্চা তৌবা তাবনি। অদুগা ভরত মুনিগী শাস্ত্রগী ইতিহাসপু য়েংলগা ঐখোয়না খংবা ঙম্মী মদু দ,—কাব্য-দুবু নাট্য শালাদা নট্য নটিশিংনা মওং মতৌ তমদুনা উৎপা অদুবু দৃশ্য কাব্য (য়েংনবা কাব্য) হায়না কৌই। অসিগুম্বা দৃশ্য কাব্য অসি অনি থোকনা খাইরি মদুদি,— রূপক, অপরূপক হায়রিবা অনি অসিনি।

রূপকঃ— রূপক দৃশ্য কাব্য অসিদা অমুক মখল তরা থোক্লি মদুদি— নাটক, প্রকরণ, ভান ব্যায়োগ, সমবকার, ডিম, ঈহামৃগ, অঙ্ক, প্রহসন অমদি বীথী অসিনি। অদুগা সাধারণ ওইনদি নাটক, প্রকরণ অমদি প্রহসন অসিদনি।

**নাটক :—** রূপক দৃশ্য কাব্যগী ইহান হানবা অমসুং মরু ওইবা অভিনয়গী লাইরিক্তি নাটকনি। অদুগা করিগুম্বা অভিনয়গী লাইরিক অমবু রঙ্গালয়গী মঞ্চদা নত্রগা যাত্রালীলাগী লাইরিকশিংনা আসরদা ( শুমাংলীলা গৌড়লীলানচিংবা ) উৎলিবা অদুসু নাটক কৌই। মদুদি— শকুন্তলা, মুদ্রারাক্ষস, বেণী সংহার অসিনচিংবনি। নাটক্কী নায়ক ( Hero ) অদু চিং-লেম্ব। অমদি রাজর্ষি, রাখল লৈবা অমদি গম্ভীর্য্যনচিংবা গুণ কয়ামুক্তা তিনবা ওইগদবনি। অরা মুংঙাইবনচিংবা রস কয়ামুকনা নাটক অদুদা লৈবা তাই ; অ দ্ভুরস অমদি বীরসনা মরু ওইত্রবদি নাটক ওইদে। অতৈ অতোপ অতোপ্পা রসনা নাটক্কী মমুংদা চংশিল্লবমু, মথক্তা হায়রিবা রস অনি অসিগী শরুকনি হায়না খংনগনি। মবুদ্ধি লৈবা মরু ওইবা মরি নত্রগা মঙাখক্কী চরিত্রনা নাটক্কী থবকশিং অদো শিন্থুংনা লৈহনগনি। নাটক্কী দৃশাঙ্কশিং অদো পংচাও চাওহল্লোই-দবনি, মরমদি দৃশাঙ্কশিং অদুনা চাওমল্লবদি শ্রুগাশিংগী তানিংবগী মপাঙ্গল শোঙ্খরকনি, মদুনা থোইদোক্লদুম অওৎপা থোকনি। লোইবা মতমদা উদ্ভুতরস হায়বদি পুক্লিং থৌগৎপা রসনা নাটক অদুদা লৈরবদি নাটক্কী ফজবা হেনগৎহল্লি। শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীরামচন্দ্র অমদি দুষ্যন্তনচিংবগী চরিত্রগুম্বনা নাটক্কী নায়ক ওইগনি। নাটক্কী মরু ওইবা রসনা আদ্ভুরস, বীররস, অমদি বীভৎস রসনা মপুং ওইহনবা তাই।

**প্রকরণ :—** রূপক দৃশ্য কাব্যগী মমুংদা নাটকুম্না, অভিনয়গী, অভিনয় লাইরিক ওইবসি প্রকরণসু অমনি, দৃশ্য কাব্য অসিগী

ৱাকমশিং অদু সামাজিকী চিত্র অমদি প্রেমগী বিষয় ওইবা বর্ণনা ওইগনি। প্রকরণগী নায়কতি নাটকী মতোঙ্গুম্না অৱাংবা মশক ওইরোই, মসিগী নায়কতি মন্ত্রী নত্রগা ব্রাহ্মণ অমদি ঈকাই খুম্ন-ক্ষম ওইবা অচৌ-অশাং অসিনচিংবনা ওইগনি। প্রকরণদা অশেংবা অমদি লৌনম তৌবা অমুম্না শরুক অনি থোকনা খাইরি। দৃশ্যকাব্য অসিগী অমগী নায়িকানা ওক্রবীগী চরিত্র অদুগা অমগী নায়িকানা কনাগুম্বা অচৌ-অশাংগী ইমুং-মনুংদগী হোৌবা নুপী অমগী চরিত্রনা ওইগনি।

ভাণ ঃ— অঙ্ক অমথক্তা লৈবা অভিনয় লাইরিক্তি। "ভ্যানঃ স্যাৎ ধূর্ত্ত চরিত নানাবস্থান্তরাত্মকঃ," অঙ্ক অমত্তা লৈবা হৈ-শিংবা অমগী লৌচং উৎপা দৃশ্য কাব্যনি।

ব্যায়োগ ঃ— ব্যায়োগ অভিনয়সু অঙ্ক অমত্তদা চপুং অদুম মকাহল্লি। মহাভারতকী ৱারী মতুংইন্না ব্যায়োগ দৃশ্যকাব্য শেম্মী, ব্যায়োগতা নীপাগী চরিত্রনা হেন্না লৈ, নুপীগী চরিত্রদি য়ামগন্দে। ৱারী অসিদা লৈরিবদি নুপী লৌবগী থৌদোক্না মরুনি, অদুম্বদি ওইরগা লান-নুংনচিংবদি থোক্তে। ব্যায়োগ দৃশ্য কাব্যদা শৃঙ্গার, হাস্য অমদি শান্তরস, রস অহুম অসি নত্তবা অতৈ রসকী বর্ণনা লৈ। মসিগী নায়ক্তি অকওবা নিংথৌরেন্না ওইগনি। সংস্কৃততা "সৌগন্ধিকা হরণ" ব্যায়োগ গ্রন্থ অমনি।

সমবকার ঃ— দেবতা অমদি অসুরনচিংবা পুন্না য়াওবা, অচৌবা অকাওবা ৱারী অমদা সমবকার অভিনয়সি ইগদবনি।

সবমকারদদি বীর রসনা মরুওইবা অভিনয়গী লাইরিক্লি। দেবতা অমদি অস্থরশিংগী লান তৌনবগী রাকমনা প্রধান উদ্দেশ্যনি, মসিদা অঙ্ক অহুম লৈ। শৃঙ্গার মথল অহুমগী রসকী রাকম বর্ণনা তৌবনা অভিনয় লাইরিক অসিগী মপুংনি। অহানবদা কাম শৃঙ্গার, মথংদা ধর্ম্ম শৃঙ্গার অমদি অর্থ শৃঙ্গার হায়রিবা শৃঙ্গার অহুম অসিগী রস অসি সমবকার দৃশ্য কাব্যদা শিজিন্নৈ।

ডিম :— ডিম দৃশ্য কাব্যদা উবা ফংডি মহুদি— মায়া, ইন্দ্রজাল, লাল তৌবা, শাওনবা অমদি তাওচৎনবা মতৌ! রৌদ্র রসনা মসিগী প্রধান রসনি, অঙ্ক মরিদা মপুং ফাই। মসিদা দেবতা, গন্ধর্ব্ব অমদি যক্ষনা নায়কনি, ভূত, প্রেত অমদি পিশাচনচিংবগী অকনবা মতিক উংলি। শান্ত, হাস্য অমদি শৃঙ্গার হায়রিবা রস অসি মসিদা স্থকয়াও য়াওদে।

ঈহামৃগ :— ঈহামৃগদি অঙ্ক মরিদা মপুং ফাই ; দেব-দেবীনা মসিগী নায়ক নায়িকানি ; প্রেম অমদি হুরাও তয়াম্বগী রাকমনা ঈহামৃগগী পান্দমফমনি।

অঙ্ক :— করিগুম্বা পোৎ নত্রগা থোইদোক হেন্দোকপা নীপা অমগী মতৌ তম্বনা ( অনুকরণ ) মরু ওইবা বিষয় বস্তুনি। নায়কী লীচৎকী মথক্তা থোদোক অমমম থোকহল্লি অমস্থং ইতিহাসকী নত্রগা ঘটনা অমগী রাফমদগী হৌই, মসিনি অঙ্কগী পরিচয়। নায়কী অরা-অনা ফংলবদা অতোপ্পনা মাগী অরাবব্ু কোকহল্লি, নোকপা কপ্পা য়াম্রবনা অঙ্ক দৃশ্য কাব্যসি লেংডি।

**প্রহসন :—** হাস্যরসনা ( নোকপগী রসনা ) মপুং ওইবা অভিনয় লাইরিকপু প্রহসন দৃশ্য কাব্য কৌই। সাধারণ ওইনা অভিনয় লাইরিক অসি অঙ্ক অমদা মপুং ফানৈ।

**বীথী :—** বীথীদি শৃঙ্গার রসনা হেনবা দৃশ্য কাব্যনি। মসিদা অতৈ রসতি খরদমক ময়াওই, মসিগী নায়কতি ময়াই ওইবা মীশক নত্রগা অতোনবা মীশক অমনা হেক্তা ময়াই।

হায়রিবা রূপক দৃশ্য কাব্য তরাগী আলোচনা অসিগী মথংদা অপরূপক দৃশ্যকাব্যগী রাকম খরদি মখাগী অসিনি।

**অপরূপক :—** রূপক দৃশ্য কাব্যগী মখল তরা লৈবগুম্না অপরূপক দৃশ্য কাব্যসু মখল তরানিপাল লৈ। মদুদি,— নাটিকা সট্টক, সংলাপ, শ্রীগদিত, ত্রোটক, গোষ্ঠি, নাট্যরাসক, প্রস্থান, উল্লাস, কাব্য, প্রেঙ্খন, রাসক, শিল্প, বিলাসিকা, প্রকরণী, হল্লিশ, ভাণিক অমদি উল্লাপ্য তরানিপাল অসিনি। রূপককী প্রধান্না নায়কনা ওইনবগুম, অপরূপক্কী প্রধানসু নাটিকানি।

**নাটিকা :—** অপিকপা নাটকক্কী লাইরিক অমনি। নাটিকা-দদি নুপীগী চরিত্রনা প্রধান ওই অমস্তুং অঙ্ক অমদগীনা মরিফাওবনা নাটিকানা মপুং ফাই।

**সট্টক :—** থোক্‌খিবা থৌদোক অমগী মপান তাংদুনা অশেংবা রাঙাংনা অপিকপা অচৌবা শেমদ্রিবা দৃশ্য কাব্যশিং অদুবু সট্টক দৃশ্য কাব্য হায়না কৌই। মদুদি— কর্পূরমঞ্জরীনচিংবনি।

**সংলাপ :—** ঘটনাগা মান্নবা অমগা অমগা অনিমক সুংশিননা ৱা'ৱী ৱাতাই শান্নবনা মপুং ওইবা অভিনয় লাইরিক অদুবু সংলাপ হায়না কৌই।

**শ্রীগদিত :—** পৌৱাণিককী অখোইবা থোংোক অমদা তাংহুনা ইবা নুপীগী চৱিত্রনা মরু ওইনা লেংবা অদুগুম্বা দৃশ্য কাব্য অদুবু শ্রীগদিত দৃশ্য কাব্য হায়না কৌই।

**ত্রোটক :—** অঙ্ক মঙাদগী মাপন কাওবা ত্রোটক দৃশ্য কাব্যগা লৈবা য়াই। স্বর্গগা মর্ত্ত্যগা অনিগী বিষয়না মরু ওইনা ইবা দৃশ্য কাব্যনি। মদুদি— বিক্রমোর্ব্বশী।

**গোষ্ঠী :—** অঙ্ক অমদা মপুং ফাবা দৃশ্য কাব্যনি শৃঙ্গার রসনা তিনবনি। নীপা মাপন তৱাগী চরিত্রগা নুপী মঙা তরুকী চৱিত্রগনা গোষ্ঠী দৃশ্য কাব্য অসি শেম্মী। "রৈবত মদনিকা" মসি গোষ্ঠী লাইরিক্নি।

**নাট্যরসক :—** অঙ্ক অমদা মপুং ফাবা দৃশ্য কাব্যনি! মসিগী ইকম থোকপা বিষয়দি প্রেম অদুগা হয়াও তয়াম্বগী বিষয়নি। নাট্য রসকী হৌবদগী লোইবফাও জগোই অমদি ঈশৈনা ওইবনি। নর্ম্মবতী, বিলাসবতী অসিনচিংবসি নাট্য রাসকনি।

**প্রস্থান :—** অঙ্ক অনিদা মপুংফাবা অভিনয়গী লাইরিকনি। তাল-লয়গা লোইননা জগোই ঈশৈনা পুনবনি।

**উল্লাস :—** অঙ্ক মরিদা মপুং ফাবা হাস্য রসনা মপুং ওইবা দৃশ্য কাব্যনি। "বিন্দুমতী" মসিগী মপুং চনবনি।

**কাব্য ঃ—** পদ্যদা নত্রগা গদ্যদা ইবা রস কয়ামুকনা পুনবা লাইরিক মখল অমনি, মাগী অভিনয় উবা নত্রগা পাবদা চায়ওমদনা মুংঙ ইবা পোকই, মাগী থুমলবা রারং অদুনা মীওইবগী থম্মোইদা রাবা, ঙকপা, উৎসাহ পোকপা, শাওনিংবা, কীবা, ভক্তি, মুংশিবা, পুক্লিং চংবা অসিনচিংবা তেংঙান তোঙানবা ভাবকী ঈথকতৌবা, অদুগুম্বা দৃশ্য কাব্যগী অভিনয়বু উরুবা অমদি তাবা নত্রগা পাবদা মশাগী পুমককাও কাওপোকপা, তশেং তশেংবা মতাক মশামক অদু বর্ণন তৌরিবা মফম অদুদা চংনিংবা, দৃশ্য কাব্যগী নায়ক নায়িকাশিংগী মপুক্লিংগী ভাব-মওং অদুগা লোইননা অশোক অপন থোকলিবা অদু উবদা য়েংলিবশিংগী মপু ক্লিংদা মত্তুগী অরা-নুংঙাইবগী শরুক য়াবা, অসিগুম্বা থম্মোই চিংশিল্লবা ভাবনা তিনবা রস য়াওবা দৃশ্য কাব্যবু কাব্য দৃশ্য কাব্য কৌই।

**প্রেঙ্খন:—** বীর রসনা প্রধান ওইবা একাঙ্ক রূপক মখল অমনি। মসিগী নায়কতি অত্তোনবা কাংলুপকী চরিত্রনি।

**শিল্প:—** বাঁশী বীণানচিংবা খোংজুনা জগোই ঈশৈনা পুল্লবা অভিনয়গী লাইরিকপু শিল্প হায়না কৌই।

**বিলাসিকা ঃ—** নাটিকাগী মতৌগুম্বা উপরূপক অমনি। বিলাসিকাদি অঙ্ক অমদা মপুং ফাবনি ; শৃঙ্গার রসনা হেন্নদি লৈতনবা দরকারনি। বিলাসিকা অসিদা নৃত্যাঙ্ক তরানা মপুং ফাহনগদবনি। শৃঙ্গারগী তেংবাংবা বিদূষক অমদি লৌনা হৈবা মীশকনা মসিগী নায়কী মতৌগুম্বা লৈগনি; অসি নত্তনা মতোপ্পা

মরু ওইবা নায়ক লৈয়রোই। ফীজেৎ চাকচা মখল কয়া কয়ানা চায়ত্রশিং অসি উৎনবদা মতেং পাংভি।

প্রকরণীঃ— নাটিকাগী মতৌগুম্বনি। মসিগী নায়কতি য়াম্না ওইজগা পাম্বা ওইগনি। প্রকরণীদি শৃঙ্গার রসনা মপুংনি। মতুদি— রত্নাবলী •টিকা।

হল্লিসঃ— লীলা* •ত্রগা নৃতগীতকী অভিনয় লাইরিকনি। নীপাদগী মুপীগী চরিত্রনা মসিদা হেন্না লৈ। অভিনয় লাইরিক অসিদা নীপাদি অংখক্তনি অতুগা মুপীনা মাপন তম্বারোমনা পুন্না ঈশৈ জগোইনচিংবা তৌই, মসিবু হল্লিস কৌই।

ভাণিক:— অঙ্ক অমদা মপুং ফাই, হাস্য রসনা মপুং ওইনা ইবনি।

উল্লাপ্য :— পৌরাণিক ঘটনাদগী উলাপ্য লেংথোকই। প্রেম অমদি হাস্য রসনা মসিবু বর্ণন তৌই। মরক মরক্তা ঈশৈনচিংবসু দরকার ওই। অঙ্ক অমদা অভিনয় লাইরিক অসি লোই।

অভিনয়গী লেংলকলিবা অতুসু মতিক চানবা অমদি রস মপুং ফানবা মাইকৈদা নিংথিনা য়েংতুনা লেংবিরকপা দরকারনি। Director নসু মতম পুম্বদা মাইকৈ অদোমদা লক্ষ্য তৌবিবসু দরকারনি। দৃশ্য কাব্যশিং অতু তাবদা মুংঙাইতবা পোকত্রবদি, য়ারী অতুগী থোইনা মপুং কাবা ওইত্রবসু দোষ পংলৈ লৈতবগুম মতৌই, অতুম্নক মপেল্লি। অভিনয়গী লেংলকলিবতুগী ভাব অমদি

লীলা*— মুংশি মুংওনগী অভিনয় উৎপা অভিনয় লাইরিকপুনি।

রস অদু নিংথিনা খংজ্রবদি, নায়ক, প্রতিনায়ক নত্রগা রসভাব-নচিংবা মখল কয়াগী চরিত্রশিং অদু নিংথিনা উৎপা ওমদে। প্রতিনায়ক অমদি অতোনবগী চরিত্রদা শৃঙ্গার রস ইয়াও য়াও-হল্লোইদবনি। অত্তুগুম্বা অদুগী চরিত্রদা তমথিবা, লমচৎ ফত্তবা, ভক্তিরস য়াওদবা, মুংগুম্বা থম্মোই ওইহনবতাই; অসিগুম্বা চরিত্রদদি শান্তরস হাপচিনবদি তশেংনমক মতিক চাদে। হায়রিবা রসশিং অসি মহৈ মহৈ ওম্ন-তৈনবা বিরোধীনি, অসিগুম্বা ওম্ন-তৈনবা রসশিং অসিবু অভিনয়দা উৎলবদি মরু ওইবা রসপু পুম্মাং মাংহল্লি। Director শিংনা অভিনেতা খুদিংমকনা অভি-নয়গী লেংলকলিবা অদুগী রস, ভাবশিং অদু নিংথিনা খংজিনবা দরকাররনি। মরমদি— অমগা অমগা বিরোধী ওইবা রসশিং অদো নিংথিনা খংজিজ্রবদি অভিনয়গী মতমদা রস পুম্নমক্কী অঙ্গহানি ওইরকপগী মওংদা লাকনি। অদু ওইরবদি মফম অয়ামবদা অভিনেতা অমদি Writer শিংগী মরালদি ইয়াও য়াওদনা ভাবুক শিংনা Writer দা অমদি অভিনেতাশিংনা পংচৈ চৈবিগনি।

মথাদা মহৈ মহৈ বিরোধী ওইনবা রসশিংগী পরিচয় পিজরি। করুণ, বীভৎস, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক হায়রিবা রস কয়ামুক অসিগী বিরোধী রসতি শৃঙ্গার রসনি। আন্ত অমদি হাস্য রসকী বিরোধী রসনা করুণ রসনি। হাস্য, অস্তু অমদি ভয়ানক, করুণ রসনা রৌদ্ররসকী তশেংবা বিরোধী রসনি। ভয়ানক অমসুং শান্তরসনা বীররসকী বিরোধী রসনি। আন্ত, বীর, রৌদ্র অমদি ভয়ানক

রসনা শান্তরসকী বিরোধী রসনি। অাস্থরসতি বীভৎস রসকী ভশেংবা বিরোধী রসনি।

নাট্য-প্রণেতা কয়ানা মতাংগা চান্নবা করুণ রসকী বর্ণনা তৌবা মতমদা উপনায়কা মচিন্দগী খজিক্তুং ওইবা হাস্যরস থেৎ-চিনবা য়াওই; অসিগুম্বা মতাংদা নায়ক, উপনায়ক অমদি তেং-বাংবা, হায়রিবা চরিত্র খুদিংমক্কা য়াম্না চেৎকশিনবা মওংদা অভিনয় তৌবা দরকারনি। হাস্যরস অদুনা মপাঙ্গল কনখৎনবা নত্রগা হেল্লি হায়রসনু হায়না নিংঙক্কুনা হোৎরকপদা Stage গী মরু ওইবা নায়কী অশেংবা করুণ রস অদু ভাওথোকখিদুনা তৌরিবা পুম্বদো মহৈ য়ালহন্দে। মরম অসিনা য়াম্না য়াখল তৌনা, রস বিচার তৌরগা, অদু-অদুগুম্বা রসনা মপাঙ্গল লৈহন-বনা ভঙাইকদবনি, হায়বদি মূলরসকী সৌন্দর্য্য অমদি মর্য্যাদা পুম্নমক হিংহন্দুনা অভিনয়গী ফজবা হেনগৎনবা হোৎনবিগদবা ওই।

---

# অভিনয় লাইরিককী মরমদা খরগা অমুক

রস অবুপ্পগী য়াফমশিং নৈনত্রিতৈগী মমাংদা মাংজোননা অভিনয় লাইরিকী মরমদা লৈরিবা লীপুন পথাপশিংগী মরমদা খরদং নৈন-জরি। অভিনয়গী থৌরমবু নিংথিজবা পথাপশিং লৈননহন্নীদমক

রাহৈ কয়ামুক নাট্য পুস্তকতা ইরি। মসুদি— অঙ্ক, গর্ভাঙ্ক অমসুং দৃশ্য ( Scene ) অসিনচিংবা।

অঙ্ক :— অভিনয় লাইরিক্কী পন্দুপ অমমম নত্রগা শরুক অমমমবু অঙ্ক হায়না কৌই। অঙ্কদা বর্ণিত তৌরিবা নায়ক্কী চরিত্রগা চান্নবশিং অদু উৎকনি। দরকাররশিং অদু নত্তনা দরকার নত্তবশিংবু উৎলোইদবনি, নত্রবদ অভিনেতাশিংদা অসুবিধা ওইগনি অমাদ অভিনয় অদুগী ফজবা মাংগনি। তাৎপা, লাল, দেশকী বিপ্লব, চাবা-থকপা, শিবা, শগোল তেংবা, শামু তোংবা, হিতোনবা, তুরেলদা ঈরুজবা অসিনচিংবা বিষয় পুন্নমক অদু অঙ্কগী মনুংদা দরকার লৈবশিং উৎকনি। অঙ্কশিং অদু লোইবা মতমদা চরিত্রশিং অদুগী লোইশিনখিবা অদু তশেং তশেংনা ইরৈ হৌবদি অভিনয় অদুগী অমাংবনি।

অভিনয়গী লাইরিক্তা তোঙান তোঙানবা মনিং, অমদগী তবা কাওবা অঙ্কশিং লৈবা য়াই। অঙ্ক খুদিংগী অরোইবদা রঙ্গমঞ্চদা Screen অমা ভাবুকশিংগী মমাংদা খনজিনবগী চৎনবী লৈ। * যত্রা অভিনয়দদি অসেওম্বা Screen খনজিনবগী চৎনবী অসি লৈতে, অসেওম্বা পোথাবা মতম অসিদা তালগা লোয়নবা ধুলো-কনচিংবা থিল্লি। রঙ্গমঞ্চদদি অসিওম্বা খুদোংচাবা মতম অসিদা অঙ্কগী উৎকদবশিং অদু শেম-শানবা মতম কংজি; তৌইগুম্বসুং

* হৌজিক্কী লীল্যাগী উৎলিবা অতুগী মরাই চাবদা Interval হায়দুনা Screen অমুক্তা মখজিল্লরে, অতৈদি light ওনা শাইরে।

মসিগীদমক মতম মাংহনগদবদি নত্তে, মতম মাংহল্লবদি অয়েংব-শিংগী মপুক্লিং চিংশিনবনু মাংহল্লি, ইরাং লাংহল্লকই অমসুং অভিনয়গী ঈচেলগী মরমদা অপনবা থোকলকই। মফম কয়াদা উবা ফংঙি, মহুদি অভিনয়গী অঙ্ক অহুগী তৈয়ারী লোইরদুনা অমুক হাংদোকলুরগা অমুকম্ভু খুমজিন্দুনা কুইনা মতম মাংহন্দুনা লৈ, যাত্রাদসু হন্না হন্না পুংনচিংবা কুইনা য়েন্দুনা লৈ। মসিদা অয়েংবশিং অমদি অভিনেতা অনিমক্কী ঈহুল অদু মাংহল্লি অমসুং অভিনয় অদুগী রসপু মাংহল্লি, থোইদোক্লকহুম অভিনয় অদুগী মঙকশম থুদেকপহুম ওই। মরম অসিনা ড্রামা যাত্রাগী পার্টিনা মসি থোক্কনবা তোঙনবা দরকাররনি। মতাং অসিদদি অভিনেতাগী দোষতি পংনৎ নত্রে, মসিগী মরালদি পরিচালক অমদি Stage Manager গী ওইগনি। অভিনয়দুনা হেক শান্নখিবদা Play অদুগী ভাগ্য অভাগ্যদি management তৌরিবশিং অদুগী মথুংতা অয়াম্বদি লৈরে! অভিনয়গী খর থেংনা মুংঙাইরিবৈ মতমদা Scene অদু নিংথিনা পুনহোদবা নত্রগা পাইদুনা লৈবদগী মথুংতগী নাম্বদুনা তাঁদ্রকপদা ওইগদবা অবস্থা অদু ওঙ্গোকপনি।

Light, scene অজিন চিংরনা লীলা অদু মাংহন্নবা অমদি হেন-গৎহনবা, হায়রবসি খংমা মওং মতৌ চানা শিজিন্নবা অমদি য়েংশিনবা দরকাররনি। হেমা খুনবনি হায়দুনলু manage লোইত্রিদৈঙেদা light তাম্বোকপা নত্রগা screen চিংথোকপদি হেন্না অমুক মাংরবগী মশক্তি। মসিদা ভাবুকী রাখনগী নিংথিজবা ঈথকপু থুগাইহল্লি।

**গর্ভাঙ্ক :—** নায়কী থৌরম থৌদোক অমদি উপনায়কশিংগী অতৈ অতৈ থৌরমশিং মরু মরু ওইবা অঙ্কগী মনুংদা লৈরিবদু তোপ্পা তোপ্পা উৎপা অদুবু গর্ভাঙ্ক হায়না কৌই নত্রগা দৃশ্যসু (scene) হায়। অভিনয় লাইরিকী অঙ্ক খুদিংগী অপিক অপিকপা শরুকপু দৃশ্য (scene) গর্ভাঙ্ক হায়না কৌবনি। অঙ্ক খুদিংদা মথং মথং অনৌবা দৃশ্য নত্রগা গর্ভাঙ্কনা অভিনয় উৎতুনা অভিনয় লাইরিকী থৌদোকশিংবু ভাবুকী মমাংদা উৎপা ঙম্মী। করিগুম্বদনা মাঙোল, করিগুম্বদনা চীং, করিগুম্বদনা তুরেল্লচিংবা রঙ্গ মঞ্চদা দৃশ্যশিং অসিগী মতেংনা থংহল্লি অমসুং যাত্রা-লীলাদদি অসিগুম্বা দৃশ্যশিংগী মতৌ উৎতে, মখোয়না ভাবনা শাবা রাকমশিংনা মদুগী থবকশিং অদু তৌই।

চহি খরগী মমাংদদি রঙ্গমঞ্চগী অঙ্কশিংগী অরোইবদা "ড্রোপ শিন" হায়দুনা অয়েংবশিংগী মমাংদা থাদদুনা: (থম্বগী চৎনবী অমা লৈরম্মী, অদুম্না থাদদুনা থমলিবৈদা Consart party না খোংদুনা ইনিন পীরম্মী, মসি সুরুগী হোংলকদৌরিবা দৃশ্য অদুগী শেম শাবদা খুদোং চাননবগীদমক্তনি। মসিনা অমরোমদদি খুদোংদি চাই হায়ববু অভিনয়গী খোংজেল্লদি মফম অয়াম্বদা মাংহল্লি। হায়রিবা "ড্রোপ শিন" অসিদা য়েক-খোৎপা লাইতিনগী শকফম কয়া য়েক্তুনা অয়েংবশিংগী পেন্নবা কয়াদি তৌই হায়ববু, মদুদগীদি রঙ্গমঞ্চগী দৃশ্যশিংগী অয়েকপশিং, শেম শাবশিং অদুনা অভিনয়গী মরু ওইবা অঙ্গনি।

অঙ্ক, গর্ভাঙ্ক অসিনচিংবা য়াহৈনা নাট্য পুস্তকা ইবগুম, অতৈ অতোপ্পা য়াহৈ কয়ামরুম অমনা নাট্য পুস্তকী থোৱমশিং পাংনবা সুবিধা ওইরি। মহুদি— পাত্র-পাত্রী, পূর্ব্বরঙ্গ, নান্দী, প্রস্তাবনা, সূত্রধার, প্রবেশ, প্রস্থান, নেপথ্যে, স্বগত, অর্দ্ধস্বগত, প্রকাশ্য, অন্তরালে, জনান্তিকে, পটাক্ষেপণ অমদি পটোত্তলন (শিন থাদবা অমসুং শিন চিংখৎপা) যবনিকা অসিনচিংবা। হায়রিবশিং অসিগী অকুপ্পা মৱোল মথাদা ইজরি।

পাত্র-পাত্রী :— নাটকচিংবগী দরকার ওইরিবা নায়ক (Hero) উপনায়ক (Bad Hero), নায়িকা (Heroine) উপনায়িকা (Bad Heroine) অসিনচিংবা তালিকাগী পরিচয় পত্রদা "পাত্র পাত্রী" হায়বা য়াহৈ অসিনা শিজিন্নৈ !

নায়ক :— দাতা ওইবা, মহৈ-হৈবা, শাগৈ তাৎ কবা, মশক মতৌ ফজবা, মতিক লৈবা, হৈ-শিংবা, ধর্ম্ম চেনবা, য়াঙাং হৈ শিংবা, মিংচৎ লৈবা, পুক্লিং থোগৎপা ওম্বা অমদি মীগী পেন্নবা ওইবা, অসিগুম্বা নীপাগী চরিত্রবু প্রাচীন কবিশিংনা, কাব্য অমদি নাট্য শাস্ত্রদা নায়ক ওইনা রচনা তৌরম্মী। অভিনয় লাই-রিকতা হায়রিবা নায়কশিং অসি সাধারণ ওইনা মরি থোকনা খাইরি মহুদি,— ধীরোদা, ধীরোদ্ধত, ধীরললিত অমদি ধীরপ্রশান্ত।

ধীরোদা নায়ক :— মশাবু থাগৎকন্দবা, ওাকপিহৈবা, মীনা মাগী পুক্লিং খংদবা, নাপন তোদবা, য়াশক চেৎপা মসি ধীরোদা

নায়কনি। খুদমদি,— শ্রীরামচন্দ্র, যুধিষ্ঠির, ভীষ্ম অমদি বর্ণগী চরিত্রনি।

**ধীরোদ্ধত নায়ক :—** মায়াবী, তৌ-ওম্বা তয়াং তশোইবা, নাপন চাওবা, মশাবু পংথোদা থাগৎচবা অমসুং শাউগনবা অদুবু ধীরোদ্ধত নায়ক কৌই। মদুদি— ভীমসেনগী চংবনি।

**ধীরললিত নায়ক :—** থোইনা নিংঙাইবা লৈতবা, তপচবনা মহৌশাগী ওইবা, মতম পুম্নমক্তা অগোই হীশৈদা তাওদুনা লৈবা মহাক অদো ধীরললিত নায়ক কৌই। মদুদি— রত্নাবলী নাটকী বৎসরাজনচিংবনি।

**ধীরপ্রশান্ত নায়ক :—** অসিগুম্বা নায়কশিং অসিদি অথোইবা ইচম চম্বা গুণনা লৈতেংবনি, অদুবু ধীরপ্রশান্ত নায়ক হায়না কৌই। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য হায়রিবা বর্ণ অহুম্মক্তা ধীরপ্রশান্ত নায়কী চরিত্র ওইবা য়াই মসিদি মালতী মাধব কাব্যদা মাধবনি। হায়রিবা মখল মরিগী নায়ক নায়িকাগী মতৌগুম্না প্রতিনায়ক নত্রগা উপনায়ক লৈ।

**প্রতিনায়ক নত্রগা উপনায়ক :—** নায়কী বিরোধী রসকী চরিত্রগী ভূমিকাদা প্রতিনায়ক নত্রগা উপনায়কী ভূমিকা থম্মী। প্রতিনায়কী মতৌশিংবু খংবা দরকারনি। মখোয়গী মচৎতি কল্লকচাওগা, ফিংবা, পাপকী থবক তৌবা, চপ য়ুংশিনবা, লৌনিং চানিংবা অমদি নায়কী থোইনা য়েক্কবনি, মগাক্তবু প্রতিনায়কী

লীচৎ কৌই। মতুদি— রাম অমদি যুধিষ্ঠিরগী প্রতিনায়কী চরিত্রনা রাবণ অমদি দুর্য্যোধননি।

নায়িকা :— নয়িকাশিংগী লমচৎসু, নায়কী মতৌগুম্না দান পীনচৈবী, মরা মপাও থুমজবী, রাঙাংশিংবী অমদি মী-পুম্নমকনা সুংশিবী পসিনচিংবা সাধারণ গুণ কয়াগী মথক্তা লৈহনগদবনি, মত্রগা হায়বিবী নায়িকাশিংগী চরিত্রদা নোল্লুকপী, চমজবী অমদি ইকাইখিবী, যুমগী থবক থনাদা চংখোনবী, অতোপ্পগী মতেং পাংজননবা রাশক লৌবী অগসুং মপুরোইবগী চাকহেঞ্জবী, মহাক অদুবু স্বকীয় নায়িকাগী চরিত্র হায়না কৌই। মদুদি— সীতা অমদি দ্রৌপদীগী চরিত্রগুম্বীনি।

অভিনয়গী লাইরিক্তা সীতা অমদি দ্রৌপদীগী চরিত্রশিংদা অযাম্বা মফমদা মরাল লৈতবা ভাবতা ইগদবনি, চরিত্রশিং অদুনা অদুক্কী মতিক লংলিবা অদুক্কী মতিক অভিনয় তৌবদসু লু-হন্নবা হোৎনবা তাই। থিয়েটার, বায়োস্কোপ অমদি নিংথিজবা যাত্রাগী কাংবুগী মরূপ্না চরিত্র রচনা তৌবা অমদি অভিনয় তৌবদা মর্য্যাদা অসি থম্মী।

পূর্ব্বরঙ্গ :— সঙ্গীত নত্রগা রাহৈ থবনা অভিনয় অদু হৌরকপগী অহানবমক্তদা উৎলক্কদৌরিবা অভিনয় অদুগী মরমদা চাওরাকপা তাকই, নাট্য পুস্তকতা মদুবু "পূর্ব্বরঙ্গ" হায়না খংনৈ। অভিনয় লাইরিক্কী করিগুম্বা থোইদোকপা খংকম থোকপা বিষয়শিং

অদু হাম্না থংনবগীদমক অসিগুম্বা পূর্ব্বরঙ্গনা মঙ্গলাচরণ ওইনা প্রচার তৌনৈ।

**নান্দী :—** দেব-দেবীনচিংবগী স্তুতি গাননা লৈশি-লৈথোন্দুনা মঙ্গলাচরণ অমদি আশীর্ব্বাদকী প্রার্থনা তৌজবা, শৈশকচবা অদুবু "নান্দী" কৌই। *কুশীলব নট-নটীশিংনা অভিনয় তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা স্তুতি তৌজবগী মশক ওইবা শৈশক শকপা অদুবু "নন্দী" কৌই। মসিসু নিয়মগী মনুং চনবনি, মতমগী মতুংইন্না সাধারণ রঙ্গমঞ্চদা নান্দীগী প্রথা অসি চৎনখিদ্রবসু, যাত্রা অভিনয়দদি অভিনয় অদু হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ঈশৈ জগোইনা অসিগুম্বা নান্দীগীতগী প্রথা অসি হৌজিক ফাওবা লৈরি।

**প্রস্তাবনা :—** অভিনয় লাইরিকী মনুংদা হায়রিবা বিষয়শিং অমদি থৌরমশিংগী মরমদা মরি লৈনবশিং অদু থংনবগীদমক মঙ্গলাচরণগী মতুংদা নট, নটী, চেট, মাগধ, বৈতালিক অসিনচিং-বনা অভিনয়গী মঞ্চদা নত্রগা যাত্রা অভিনয়গী আসরদা ( মণ্ডপীদা ) রারী রাতাই শাই৽ মদুবু প্রস্তাবনা কৌই। হায়রিবা প্রস্তাবনা অসি তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা রঙ্গমঞ্চদা অমদি আসরদা অভিনয় অদুগী মনুংদা য়াওরিবা কনাগুম্বা নায়ক নায়িকা নত্রগা কনা-গুম্বা অতৈ অভিনেতা অমত্তনা থোক্লুনা ঙাংবা শকপা তৌবসি চৎরমদে। অসিগুম্বা প্রস্তাবনাদা ইরিবা ঘটনাশিংদো ভাবুকশিংগী মকমদা থংহল্লি!

---

* দেব দেবীনচিংবা স্তুতি গান তৌজবশিংবু "কুশীলব" কৌই।

**সূত্রধার ঃ**— পৌরাণিক্কী মততা সূত্রধারগী পরিচয়দি রঙ্গালয়গী কনাগুম্বা ক্ষমতা লৈবা শিক্ষক ওইবা মীশকনি। মাগী মথৌদি তঙাইফদবা মওংদা, উইন্দনা লৈদুনা ভাবুকশিংগী থম্মোই চিংশিনবা তেম্লনবা মতম মতমদা য়াম্না হৈ-শিংবগা লোইননা উৎলিবা ঘটনাগী অর্থবু ফোংদোক্লবা ঈশৈ ওইনা নক্রগা কবিতা খিদুনা অদুমকস্তু নক্রগা রাহৈ ওইনা ঙাংদুনা তাকই। রঙ্গমঞ্চদা নক্রগা যন্ত্রা অভিনয়গী আসরদা সূত্রধার অসিগী মথৌবু উৎপা অমদি তাহনবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং সিনেমাগী করিগুম্বা চিত্রদা মসিগী থবক অসি উবা ফংই।

**প্রবেশ অমদি প্রস্থান ঃ**— নাটক্কী মফমুংদা চংবা অমদি থোকখিবা থবক অসি ইলাই লাইবনি, তৌইগুম্বসুং থবক অসিগী থৌ-দা, চংবা ( প্রবেশ ), থোকখিবা ( প্রস্থান ) মসি অরাইবা থবক্কি নত্তে। অভিনয়গী মঞ্চদা ( stage ) দা অমদি আসরদা ( যাত্রালীলা মণ্ডলীদা ) চংলমদাই অমদি মফমদুদগী থোকলমদাইদা অভিনেতা অমদি অভিনেত্রীশিংনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংবা দরকারনি। রঙ্গমঞ্চদা অমদি আসরদা থোকলিবা অভিনেতা অমদি অভিনেত্রী শিংনা ঙাংশক্কদবা অদু ঙাংলবা মতুংদা চংলক্কদবা অমদি থোকখিগদবা অদু মতম চানা থোকখিবা ১দি চংলকপগী হৈ-শিংবদু নিংথিনা উৎপা ঙমক্রবদি অভিনয় অদুগী নিংথিজবা অমদি মর্য্যাদা ঙাকপা ঙমলোইদবনি ; অদুদস্তু নত্তনা নাটক্কী থংহল্লংলিবা ভাব অমদি চরিত্রশিং অদুগী মতুং ইন্না চংবা, থোকপা অসিগী মরমদা Direc-

tor শিংনা কুপ্পা য়েংশিনবিবা দরকারনি। মাগীদ খংদবা অপংবা অমদি অশিক্ষিত অভিনেতাশিংনা অসিগুম্বা চংবা থোকখিবগী থবক অসিদা মথোং মরম চাদবা দোষ অসি উবা ফংঙি। থোইদোক্না হায়রবদা অভিনয়গী পার্ট মচা মচা শাবা কাংবুনা অভিনেতা অমা ওইরিবত্তুগী ভাবপু করিস্তু লৈতনা খন্দুনা অমদি দাগীদ অদুদা অকাইবা পিদুনা মতম চানা চংবা থোকখিবগী মাখন ইতৌ তৌদনা অভিনয়গী মশক থিহনবা থোকহল্লি। অসিগুম্বা থোদোকসি মবক মরক্তা হেক হেক থোক্লবা নত্তে; ময়ুমদগী থেংনা লাক্লুনা নত্রগা অরার শামত্তুনা লৈথোক্লুনা নত্রগা বাজারদা কোইত্তুনা লৈথোক্লুনা মাবু কোইনবি থিববা ফাওবা থিবা ফংদত্তুনা অভিনয়গী থবক্তা ইপ-পাখংহন্দুনা মথোং চাহন্দবা, মসি নত্রগা অতোপ্পা মাফমনা, অভিনয় উৎলিবা অদুদা চংলক্লোরিবা অভিনেতা অদুগী চরিত্রদা, মাগী মরমদা ফত্তবা মা খর ঙাংনরি; মদু মানা তাবা য়াদবা মাফমনি, মদুগা মাফমুশিং অদু ঙাংনবা লোইরবা মতুংদদি মহাক চংলক্লদবা লৈরনি, অদুবু মানা ভাব ইতা তাদনা থোক চংশিল্লক্লুনা নাটক্কী অকাইবা থোকহল্লি। অদুগা মঞ্চদা খংহনগদবা অমদি খংখিগদবা মাফম লৈনা লৈনা, মফম মরাং ইখং খংদনা থোকখিবনা অভিনয় অদুগী কথাবস্তুদা ( Plot ) তা পুমকাই কাইরা থোকহল্লি। মরম অসিনা প্রবেশ অমদি প্রস্থানগী থবক অসি অরাইখা থবক্তি নত্তে, মসিগী মরমদা য়াম্না মাখল তৌবা দরকারনি। "ঐদি পার্ট অপিকপনি, য়াওক্রগা করি তৌরই

হায়রগে, য়াওজ্ঞমসু য়াইনা, ঐদি দূত শাবনি," খল্লবদি নাটকী ইঙাং-ঙাংদনা লেপলিবা খোংশংবা অমনা ফজহল্লিবা, মপুং ফাহল্লিবা অভিনয়গী সৌন্দর্য্য অমু তশেং তশেংনা মাংহল্লবনি।

**নেপথ্য:—** রঙ্গমঞ্চ নত্রগা আসরগী মপানদা লৈরগা অভিনয়গী মরমদা হেক হেক ঙালকপা অতুবু "নেপথ্য" হায়না খংনৈ। দ্রৌপদী ফীমুল্লবদা কৃষ্ণনা "নেপথ্যে" দা "রাম্মু রাম্মু যাজ্ঞসেনী ঐ লাকলে"।

**স্বগত:—** নাটকী শরুক ওইখা রাফমশিং অমু অভিনেতাগী পুক্নিংদা খল্লিবা অদু থংহনবা, অতুবু নাট্য শাস্ত্রদা "স্বগত" হায়না খ নৈ স্বগতকী অর্থদি মশা মতোমদা খনজবা হায়বনি, হায়বদি মঞ্চদা অভিনেতা কয়ামরুম পুন্না লৈরবদা, কনাগুম্বা অভিনেতা অমনা মতোমদা লোয়্না তৌনিংলিবা অমদি নিংলিবা মপুক্নিংগী রা ঙাংথোকলিবা অদুবুনি, মহুবু "স্বগত" হায়বনি। স্বগত অভিনয়দা করিগুম্বা মশাগী শাথেক অমদি তথক তথকনা চৎ খোৎপা তৌনদে। মিৎ অদু নিংথিনা লেংহন্দে অমত্তুং মশা অদো তপ্পা ইংনা লৈদুনা অমদি গাম্ভীর্য্যতা ওইবা স্বরদা ঙাংদুনা ফোংদোকই! অসিগুম্বা অভিনয় তৌরিঙৈদা থোকমিল্লরিবা কনাগুম্বা অভিনেতা অমত্তনা অদুগুম্বা অভিনেতা অমুদা মিৎচিনা য়েংদুনা অভিনয়গী ঈচেল অদুবু মাগী ভুল অদুনা মৈখাইহবা মাংহল্লদে। অসিগুম্বা মতৌ অসি হৌজিক্কী মতমদদি মতমগী মতুং ইন্না পংনা শিজিন্নদনবা হোৎনরে, শিজিন্নরবনসু নমজে।

**অর্দ্ধ স্বগত :—** অভিনেতা অত্থনা হায়গদৌরিবা বিষয়, মপুক্লিংদা থল্লিবদো অতোপ্পা মঞ্চদা অমদি আসরদা লৈরিবা অভিনেতা অমদা খংজসনু হায়বা মতাদা ঙাংলকপা অত্থবু "অর্দ্ধ স্বগত" কৌই। মত্থদি— "লৈরমসনু মা, ঙসিদি মকোক থুগাইগে, ঐগী গুণ খংনিদনা "

**প্রকাশ্যে :—** অভিনয়গী মতমদা কনাগুম্বা অভিনেতানা মপুক্লিংগী ৱাফমবু স্বগত তৌরুরগা "প্রকাশ্য" মতৌ অসুম্বা সাঙ্কেতিক ৱাহৈদা কোংদোকনা ঙাংনবা সাঙ্কেতিক ৱাহৈ ইারবসিবু প্রকাশ্যে হায়না খংনৈ। মতৌ অসিগুম্বা সাঙ্কেতিক ৱাহৈদা নাটক্কী লাইরিক্কী মফম অয়াম্বদা থাবগী কান্নবদি নত্তে, মরমদি অভিনয় লাইরিক্কী অয়াম্বদি মফম পুন্নমক্তা অভিনেতাশিংনা কোংদোক্লনবা ঙাক্কনি।

**অন্তরালে :—** নমলোন্দা লৈদুনা ঙাংবা অদুনি, অভিনয়গী লাইরিকতা অসিগুম্বা অভিনয়গী মতাং লাকপদা "( অন্তরালে)" মতৌ অসুম্বা সাঙ্কেতিক ৱাহৈ ইনৈ। নাটক্কী নায়ক নায়িকা নত্রগা কনাগুম্বা অভিনেতা অমগী মরক্কী· কনাগুম্বা নমলোন্দা লৈদুনা য়েংবা নত্রগা মাগী ঙাংবা শকপগী মতৌ মওং অদু তমদুনা লৈবা, অসিগুম্বা তৌবা অসিবু অভিনয় লাইরিক ইবদা অন্তরালে অভিনয় হায়না কৌই। নায়ক নায়িকা নত্রগা কনাগুম্বা পার্ট লৌরিবা অভিনেতা অমনা, অরোনবা মফমদা লেপ্লগা য়াম্না হৈ- শিংবগা লোইননা মশাদুবু খংহন্দনা লৈবা ভাবতা, অন্তরাল

অভিনয়দা শত্রুগুম্বা অভিনয়গী শরুকতু উৎকদবনি ! অসিগুম্বা অন্তরাল অভিনয়বু অভিনয় য়েংলিবশিংদা নিংখিনা উৎন্দ্রবদি অভিনয় অদুগী ফজবদু মাংহল্লি। অন্তরাল অভিনয়ভু য়েংলিবশিংনা উগল্লা, তাহল্লা অভিনেতা থোকলিবশিংগী মতৌ মতমনা অমদি মতুং ইল্লা অভিনয় তৌগদবনি।

**জনান্তিকে :—** নাটকচিংবা অভিনয় লাইরিক্কী করিগুম্বা দৃশ্যদা অহুম নত্রগা অদুদগী হেনবা অভিনেতা অভিনেত্রী কয়ামুক পুম্না লৈরবদা অতোপ্পা অভিনেতা ( co-actor ) অমদা অতৈ অতোপ্পা অতৈদদি খংহন্দনা, অভিনেতা অদুগী মপুক্লিংগী য়া শদু ফোংদোক্লে, অসিগুম্বা মওং অসিবু খংননবগীদমক্তা অভিনয়গী লাইরিক্তা "জনান্তিকে" অমুম্না সাঙ্কেতিক চিহ্নদা ইদুনা থমগনি। অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা অসিগুম্বা জনান্তিক ( খংহনবা ) অভিনয়গী মতমদা য়াম্না চাতুরী ওইনা অমদি মথোনদু নৌথশিন্নদুনা ওাংগনি, অয়েংবশিংনা তা-নবা য়ামনা কৌশল তৌবা মতৌদা অভিনয় তৌগনি।

**পটক্ষেপণ অমদি পটোত্তলন** ( শিন থাদবা অমদি চিংখৎপা ) **:—** মঞ্চগীদমক শিন থাদবা অমদি শিন চিংখৎপা অদুগা পটপরিবর্ত্তনগী থবক অসি দরকারনি। মসিদা নাটকচিংবগী অভিনয় স্তোৎবদা কজবা হেনগৎহল্লি। মতম চা-না চীং, ফমফমগী কা, কাবাগাছি তুরেল, খোংবান, পুত্রি মপান, নারক মোংশোং, লমহাং অভিজিংবা উৎলি। অমুকসু অয়েংবশিংগী মিৎমাংদগী

মাংহন্দুনা মমুংদা পুশিনখি। মসিদা stage দা হৈ-শিংত্রবদি চৎথোক চৎশিনদা মহৈ মহৈ থেংগাইনবনচিংবা তৌদুনা মতম মাংহ-নবা য়াই, মসি থোক্ত নবা থৌরাং অসি writer, পরিচালক, অমদি stage ম্যানেজরনা কুপ্না য়েংশিনবগী মথক্তা নল্লে। থোইদোকপদি ঈশিং, হি-হোনবা, মন্দির অসিনচিংবা উৎপা মতমদা মতম য়াম্না চংদনবা খনবনা stageগী ফজবা হেনগৎপদা নক্তনা মসিমক্সু অভিনয়গী অথোইবা অঙ্গ অমনি। শিন থাদবা চিংখৎপগী থবক অসি হেন্না মুংভাইনবা অমদি অভিনয়গী মরু ওইবশিং অদু উৎপদা খুদোংচাবা মওংদা writer শিংনা ইবিবা, অভিনয় তৌবদা মাংগদৌরিবা ভাব পুম্নমক অদু মুম্না খন্দুনা ইবিরবদি থোইনা অভিনয় উৎপদা খুদোং চাগনি। অভিনয়গী সৌন্দর্য্য হেনগৎনবা তক্ক, গর্ভাঙ্ক খুদিংগী অরো-ইবদা শিন থাদবা চিংখৎপা থোক্তনা হৈ-শিংগদবা ওই। হৌজিক্কী মতমদদি শিন-থাদবা চিংখৎপগী মছুংতা light ভাঙ্থোক ভানশিন্না শিজিন্নরে। মসিগা লোইননা লক্ষ্য তৌবিগদবা অমনা দৃশ্যশিং অদু অভিনয় লাইরিক্কী থৌদোকশিং অদুগা চান্নরবরা হায়বসিনি।

**যবনিকা :—** রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় হৌদ্রিঙৈদা ভাবুক্কী মমা দা ইহান হান্না উবা ফংডি ; অভিনয় অদু হেক তৌবদা মদু ভাবুক্কী মমাংদগী লৌথোকখি, অদুগা মদু অমুক অভিনয় অদুনা লোইরবদা ভাবুকশিংগী মিৎ-মাংদা রঙ্গমঞ্চবু খুমজিল্লে। অভিনয় লাইরিক্তা মতুবু "যবনিকা পতন" হায়বা রাহৈ অসিনা শিজিন্নৈ। রাহৈ অসি অভিনয়গী প্রোগ্রাম ইবগী শরোইবদসু থাই। হৌজিক্কী মতগদদি

নাকন নাকন অনি থোকপা ভেলভেটকী পর্দা ( screen ) অনিনা নাক-নাক্তগী তপ্না তপ্না লাক্তুনা রঙ্গমঞ্চবু খুমজিল্লয়ে। হায়রিবা screen অসিদা সাধারণ ওইনা হৌজিক কাল অসিদদি adver-tise গী অইবা চেশিংসু থেংনরে! মথক্তা পল্লখ্রিবা ভেলভেট কী screen অসি মতম মতমদা অক্তগী মসুংদসু করিগুম্বা দৃশ্যশিং উৎনবা শেম্বদা খুদোং চানবগীদমক stage management তৌ-বশিংনা শিজিল্লবসু য়াওই।

চহি কয়ামুক্কী মমাংদদি যবনিকাদা মতৌ অসুম্না তৌরমদে। নাক নাক্তগী screen চিংশিনবা অসি তৌনরমদে; শিজিন্নবা মশি-জিন্না অমা ওইনা তৌরম্মী। অক্ক খুদিংগী, অমদি অরোইবদা লাই-তিন য়েকপা ঈশিং শওমনা সাহেবশিং কাগে তান্নবা; বাবু প'ড়াগীদা শিবাজী য়েকপা, মতৌ অসুম্না য়াম্না ফজ-ফজরব ছবি কয়ামুক্ক। লৈতেংবা "ড্রোপ-শিন" কৌহুনা থাদরম্মী। মসুং অদুদা অমুক ভেলভেটকী তংখাই তংখাইগী screen অমসিমসু খজিল্লম্মী। অদুম্না রঙ্গমঞ্চবু খনজিল্লিহৈগী মতমদা consart party খোংহুনা stage গী arrangemant তৌবা লাকনৈ, লোইরগা লাইয়েকপা ড্রোপ শিন চিংখৎখিবগা লোইননা ভেলভেটকী screen অক্ত নাক নাক্তা তপ্না তপ্না চিংথোকখি। হৌজিক্কী মতমদদি লাই-মুং য়েকপা শিন অসি লোথোকলগা advertise গী চেনা screen দা থেংহুনা শেন তানশিনবগী থৌদা অমসু য়ানরে।

অভিনয়গী লাইরিক্তা পীরম্মীবা সাঙ্কেতিক শব্দশিং অক্তগী

তৌফম থোকপা থবকশিং অদো ফবত্তা পাংথোক্লবা হোৎনবদি ফগ্রাইফবা অমদি কুপ্পা য়েংশিনফম থোকপনি। ড্রামা writer শিংনক্ত মখোয়গী মমমদা নিংখিনা থজুমা থম্মীবা দরকারনি। মৌনা সমাজগী সেবা অমদি শেমগৎপদা পুক্কিং চংশিনবা writer শিংদা কন্না আপীল তৌজনিংঙি অমনা নাট্য জগৎকী অফবা থৱাং হাপথনবগী হোৎনশিনবা অদুদা য়াম্নমখৈ শিক্ষামূলক ওইহনবা অসিনি। অরেম্বদা "মার্কেট প্লেনা" সমাজ সংস্কার তৌবদি ওইথোক্তবনি, অহিং ঈতুপ অমা চুপ্প। অভিনয় য়েংবদা মীওইবগী অনৌবা ইহুল অমগী হাইফেত্তং য়াকাইনবা লংজিলবু মফংদ্রবদি, মহুমক লুরবা তাংকম অমদা মতারে। হৌজিক অসিদা মিৎকী কুম্মৈগীদমকতা মওইবা অদুগুম্বা লীলাদমক মউৎনবা, অপাম-মুংশিগীগুম্বদা মউৎনবা অমদা কন্না তৌনরে। অসিগুম্বা play অসিদি অপাম মুংশি চৈথেংনরকপা নহারোলগীদি থোইনা মুংঙাইরবা স্বর্গগী নন্দন কাননি। অদুগা নাট্যরসিক সুধী সমাজগী মফমদদি লৈখা তাখিবগী পম্মেং অমা পিরে। মসিগী অথোইবা মরমদি শেন ভামবগী জগৎতা শেনগী রাখন্দদা চৎগ্রে; সমাজগী অফ ফত্তা রাখন্দুদি থম্মন্ত্রে। অদুগা অমগ্লোমদনা শিক্ষ মূলক ওইবা,- মতিক চাবা অভিনেতা অভিনেত্রীশিংগী মতিক চানা মতিং ফূদোকচবা য়াব, নাট্যকারগী অকবা অভিনয়গী লাইশ্নিকপুনা, শেন ভানবগী থবক তৌবা লৌনা কাংবুশিংনা অমদি পরিচালক শিংনা, মতিক চাবা অভিনেতা অভিনেত্রীনদি লীলা "ফুমইনবা,

বাক্সে নাটক ৺ইংন্দুনা কলাগী মরু ওইবশিংবু মাংহনবস্মু য়াওদবা নত্তে। হৌজিক অসিদা নাট্য জগৎতা অনৌবা ফজবা ভাবকী মহাও অমা জনসমাজদা পিবনা সমাজগী উন্নতিগী সিড়িনি। মসিদা মীওইবগী রাখলবু লমজিংবা অমেংবা খোন্থাংনা সাহিত্যগী শকলোনগী খোনফমবু অসিনি তাকপা, ঙাংনশানরীবা রাক্‌মনা কয়াগী মতিক মধুরতা, মদুদা পেনবা অদু ঙানিংঙি, উনিংঙি হায়বসিগী লক্ষ্য অমদা নাটরুচিংবা ইবিনবগী আপীল অমস্তু মতাং অসিদা তৌজনিংঙি। লীরবা রারীনি, মসিদি পৌরাণিকনি, সমাজগা চান্নত্রে হায়বা অসি খন্দোকপা তৌবিদনা রুচি ভাবশিং অদুবু মঞ্চদা উৎপদা করিস্তু কাইদে, মরমদি অফবদি মতম পুম্বদা কন্থনতা অন্থুম্মক মরৈ, মদুগী ভাবরস অদু অরিবা হায়বমুক লৈগনি নিংজদে। প্রকৃত জ্ঞান ফংননবা নাটক পাম্মী, রঙ্গমঞ্চ পাম্মী, অফাওবা রারীগী, সমাজ সুধারগী শকতম, অমদি রারী খংনিংঙি, ছায়া চিত্র পাম্মী, ভাবরসনা থল্লবা অভিনয়গী লাইরিক দরকারনি, যাত্রা, ঈশৈ-নোংমাই দরকারনি। পুম্নমক অসিনা ঙসিগী সমাজবু পেলহল্লবদা নত্তনা শকয়েং য়িংশেলস্তুনি। সমাজিক প্লে, সামাজিক ওইহনবা দরকারনি, পৌরাণিক প্লে, তমজফমগী পন্থেং অমা পুররুবণি, অস্তুম্না নাট্য জগৎকী ঈথাই অসিনা কদাই ফাওবা সমাজগী শরুক য়ারিবনো হায়বা অমদি খংহনফম থোকই।

সিনেমা, থিয়েটার অমদি যাত্রা অহুম অসিনা অভিনয়গী

শরুক ঐখোয়গী লৈপাক অসিদা য়ারি। অভিনয় তৌরিবা পুম্ন-মক প্রকৃত জ্ঞান ফংননবগী মতেং ওইবা দরকাররনি। দেশকী দরকার লৈবা অফবা অভিনয়গী লাইব্রিক কংবসি রানা থোকলে। অদুগীসু মথক্তা ভাবুকশিংগী মসুংদা অফবা নাটকপু য়েংবিদবনসু মরম ওইর হেন্না কবা নাটকপু রঙ্গালয়দা উৎপাদা মতম অয়াম্বদা ভাবুক য়াম্না ফংদবনা উদ্দেশ্যবু মপুং ফাহনবা ঙমদবসু ওইরবা নত্তে। মখোয়গী ক্ষীর অদো তেন্না পথুমদা থুমহনবা পাম্নরি; তৌইগুম্বসুং ফীদমকম ওইবা নাটক্তা ঐখোয়গী দেশ অসিগী কয়া য়াম্না দরকার ওইরিবা হায়বদো থংনবা রানরি। দেশকী য়াওফনবগীদমক পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্টনা মফম কয়াদা উৎলিবশিং অসিনা মসিগী লায়বা থুদমনি, অদুবু ভাবুকশিংগী মপুক্তা উৎলিবশিং অসি য়েংবদা কদাই ফাওবা কাওরগে হায়বা অদুদি চাংদম্বদা রানরি। হৌজিক্কী যুগ অসিদা চৎনরিবা লোনচৎ, থবক্কী থৌরম, দেশ বিদেশকী থুংশা হৈবগী, বিজ্ঞান অমদি সভ্যতা অসিনচিংবা থংবদা কাম্নবশিং অসি অভিনয় উৎপনা গরম ওইদুনা থংহনবদা সুবিধাদি অদুক হাক্লা ফংবদি নত্রি।

হৌজিক্কী সাধারণ ওইনা ভাবুকশিংনা ড্রামানচিংবা অসিদা অসিগুম্বা অফবা ভাব অসিবু য়েংবদা পেন্নবা ঙমদ্রবসু, নটকার অমদি পরিচালকশিংনা অসিগুম্বা অকুবা সমস্যা অসিদা অফবা play শিং অসি মউৎলি, মদুদা রসগ্রাহীশিংনদি অদুগী অকুম্বা রসশিং অদু অদুম্মক মচুপ্পী, সাধারণশিংনদি পেন্নবা

ভগদে। মখোয়মশা অদুগুম্বা Actor, Actress শিং অঙ্কু লাগৎ-পিবগী মহুৎতা ওম্বনা নিল্লাতুম তৌশিনখি, মসিগী অকোবা অসিনা মরম ওইদুনা লীলা উৎপা ভমশিল্লক্তে, ভাবক কাংলক্তে।

মরম অসিদগী Market play, অপাম সুংশিগী পন্থেংফম ওইবা, মতুগী মরমদা য়ৈনগুনবা অসিনচিংবনা মিশ্রি থাক্কনা উৎপা ভাখি। মরম অসিনা সমাজগী সংস্কার ওইবা play শিং অ'সি স'রগী মনুংদা লম্না-লম্না তাংনা উৎপা নত্তনা খুদংশিংদা উৎপদি অরাবা ওইরি, অমরোমদনা খুঙ্গংগী লখা ওইবা জন সমাজবু মিৎশিং নাশিংহনবদি হৌজিক হৌজিকী দরকার ওইরি, মখোয়দা ড্রামাদা থ্রু তৌরগা হৌজিক হৌজিকী ঈ-পাও, পাওতাক করা পীবগী চপ চাবা মতমসু ওইরি।

মরম অসিনা হৌজিকী মতমদা স্নান্না হৈনা শিংনা অসিগুম্বা লৈপাক্কী ভাগ্যগী পাওপুস্সি জন সামাজগী মীপুম খুদিংগী নাকোং শ্রৌননবা সি'মম্বা, ড্রামা' ম'ক্স্রাগী কা'ংবুনা হম্না হন্না হোৎনবদি মতম চাম্ববমকনি। play উৎপা মতমদা সাম্মাজিকতা, পৌরাণিক্তা ঐতিহাসিক নাটক্তা Idia শিং অমি পুশিল্লুনা খু'শা হৈনিংনবা স্বদেশ ভক্ত ওইনবগী রাখল পোক্লবা, জাতিগী লীংজেন মান্নবা, জাতি মশেল্ল সুংশিননবা, থবক নোম্মনিংক্লনা হন্নাল্দুনা চনিংদনবা, মশা মউ ফনা লৈনিংনবা অদুগুম্বা play শিং উৎপা মতম চাব্রে। মসিদা থোকপা হেক্তা তৌশিন্দবা, অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনুগ্ন

হৈ-শিংনা উৎনববা হোৎনবা, মুম্না তম্বা অমসুং মচুগী সাধনা তৌবা দরকারনি, মতিক চাবা পরিচালক দরকারনি, চংথোনবা অভিনেতা অভিনেত্রী দরকারনি। মতৌ অদুম্না তৌরগা রসগ্রাহী ভাবকশিংদা অপেনবা পিবা ঙমগনি। রাঙাং রাতাগী style দা শাথেক শাজৎ naturc তানবা হোৎনবদা কয়ামুক নির্ভর লৈরবা হায়বদু য়েংশিন্না লীলা মরেংদ, মউৎতা, কুপ্পা য়েংশিনবা, হোৎনবদি ইতোক তোকলোইদবা মতম্মক য়োরে।

---

# পাত্র পাত্রিশিংগী শন্দোকপা রাফম।

অভিনয়গী খংগদবগী মনুংদা মাংজোননা নাটকী ওইবা সাঙ্কেতিক চিহ্নশিংগী তৌগদবা দরকার অমসুং নাটকী পাত্র-পাত্রীগী পরিচয় কাময়িবা অমদি মথৌনচিংবা অচু খংজিনবদি তংঙাইফদবনি, পুরোহিত, পীঠমর্দ্দ, প্রিয়নর্ম্মসখ, মন্ত্রী, বিদুষক, মাগধ, সূত, বৈতালিক, চেট, বিট, দূত, নর্ত্তক, প্রহরী অমদি প্রতিহারী নট-নটী, দণ্ডসহায় অসিনচিংবসি নাটকী পরিচয়নি। নাটকী রাকমশিংবু হৌজিক্তৈগী মমাংদা লামাই অমদা

হায়রিবা পাত্র-পাত্রীশিংগী পরিচয় ইরি। চরিত্রশিং অসিগী পরিচয় অমদি থৌরমশিংগী বিষয়শিং খংবদি ভঙাইফনবনি।

**পুরোহিত ঃ—** নাটকচিংবগী চরিত্রদা পরিচয় পীরবদি পুরোহিত, ধর্ম্মগী তেংবাংবনি, মহাক্তি গুরু আচার্য্য, ব্রহ্মবিদ ঋত্বিক, তাপস অমসুং যাজ্ঞিক ক্রিয়াচারীনি। গুরু পুরোহিতকী মমিদা অথোইবা চরিত্র পল্লবদা ব্যাসদেব, বশিষ্ঠ, নারদ সনক, সানন্দ তাসনচিংবনি।

**পীঠমর্দ্দ ঃ—** পীঠমর্দ্দগী চরিত্র হায়রগা খংনৈ, মতুদি থাজফম মীশক ওইবা, মগুণ লৈবা মহাক্তুবুনি পীঠমর্দ্দ, মহাক্কী চরিত্রদা নায়ক্কা রারী কয়া অতুদা মহাক্কা মতেং পাংবা, মহাক্কী ময়াথং কয়া কয়াগী মরক্তা লুচিংবগী গুণ লৈব, অসিগুম্বা চরিত্রগী পরিচয়বু পীঠমর্দ্দ কৌই, মতুদি— য়োং নিংথৌ সুগ্রীবমক শ্রীরামচন্দ্রগী পীঠমর্দ্দনি।

**প্রিয়নর্ম্মসখ ঃ—** মহাক্কী চরিত্রদা থোইদোক হেন্দোক্কা হৈ-শিংবা মরোশিং লৈবগী মতৌ ওইবা, মহাক্কী চরিত্রনা, নায়ক নায়িকাগী অরুবা থবক্তা, মাগী হৈ-শিংবনা পাংথোকপা ঙম্বা, মহাক্কী চরিত্র অতুদা নায়ক-নায়িকানা মাবু য়াম্না চানবা অমসুং নায়ক নায়িকাগী মসুংগী অথুপ-অরোল রাফমশিংবু নিংথিনা খংবা, মখোয়দা, থবক্তা হৈ-শিংবগী মতৌ অতু নিংথিনা খংহনবা ঙম্বা মহাক্তুবু, অভিনয়গী লাইরিক্তা প্রিয়নর্ম্মসখ হায়না মহাক্কী

পরিচয়বু খংনৈ। মধু দি— শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সুবল অনিসিমক সুবলমক্না শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়নর্ম্মসখনি।

**মন্ত্রী :—** অমাত্য নত্রগা মন্ত্রীগী চরিত্রবু নাটকশিংদা অসুম্না উবা ফংঙি। নিংথিনা খংবগা লোইননা থোইনা পুকচেল থোইজেল তপ্পা অমদি গাম্ভীর্য্য ওহবা, অসিগুম্বা চরিত্রদা দায়ীত্ব মপুং ফাবা ভূমিকাদা অভিনয় তৌই। তৌইগুম্বসুং অয়াম্বা নাট্য সম্প্রদায়গী অভিনেতাগী ভূমিকা খনবগী মতমদা মন্ত্রীগী মমিং তাবদা শাওনৈ, কয়ামুক শাওনিংবগে হায়ববু "ভূমিকা অসিদা কুমগদৌগী শরুকপু দি তোকচরগে" হায়বদু য়োই। মরমদি নাট্য গ্রন্থকারশিংনা অসিগুম্বা ভূমিকাগী চরিত্রদা য়াম্না লৌনম চাওবা, চরিত্রহীন ওইনা ইশিল্লি।

**বিদুষক :—** নিংথৌগী বৃত্তি ফংদুনা লৈবা মাগী চরিত্র অদুনা হাস্যরসনা মপুং ওইবা, মহাক্তুবু বিদূষক চরিত্র কৌই। চরিত্র অসিগী ফীজেৎ-লাকচেৎ মওং মতৌ অমসুং মখল কয়াগী ভাব-ভঙ্গীদা হৈ-শিংবা উরগা রঙ্গমঞ্চদা, আসরদা য়েংলবশিংনা, মনুংদা ভাবনা থল্লবা নির্দ্দোষ কথাশিংবু তায়গা নোকনিংবদা মথংবা, অসিগুম্বা য়াম্না হৈ শিংবা হাস্যরসিক, রাজপুরুষকী চরিত্রবু নাটকচিংবদা বিদূষকী চরিত্র কৌই। নায়ক নায়িকাগী চরিত্রবু বিশ্লেষণ ( মচা-তাহনবা ) তৌবতনা বিদূষকী চরিত্রনি! অসিগুম্বা চরিত্রসিনা সামাজিকী রীতি নীতি অমদি স্বভাবত্তুবু

নিংথিনা অভিনয় তৌবা ঙম্বদি নোকপগী শরুক ময়েং তাহনা নাটকচিংবা অমদি অভিনয় তৌরিবা অদুদা চিংশিনবদো মপাঙ্গল কলহল্লি। বিদূষককী চরিত্রদা ইকাই ইকি লৈতবগী ভাবতা অভিনয় তৌবনা অভিনেতাগী মথৌনি, তৌইগুম্বসুং সামাজিকী য়াকাইনবদো মাংননবা, দোষনা থল্লবা ইকাই ইকি হুন্দোকপা অভিনয় অদুবুদি দরকার লৈতে। রাজ পুরুষকী মফমদা কুমলিবা হাস্য রসিকী চরিত্রবু নাটকনচিংবগী বিদূষক চরিত্রনি। রস পুম্নমকী ভূমিকাদা অভিনয় তৌবা ঙম্বা অদুগুম্বা অভিনেতাদনা বিদূষকী চরিত্রগী অভিনয় তৌবা মতিক চাবনি।

**মাগধ :—** চরিত্র অসিনা লীলা ইবা মতমদা লান তৌবা মতমদা অমদি নিংথৌ নত্রগা অথোইবা রাজ পুরুষশিংগী মমাংদা স্তুতিগান তৌবা নত্রগা পুক্লিং থৌগৎপা অকন অথোগী রাফম্বা থল্লবা সঙ্গীত মখল কয়াগী মওং মতৌগা লোইনবা ভাব ভঙ্গীগা লোইননা শকহল্লি, মথোয়দুবু মাগধগী চরিত্র কৌই।

**সূত :—** সূতগী মথৌগী পরিচয়দি তরুবা স্তুতিগানগী ঈশৈ শকপনি। নাট্য শাস্ত্রদা সূতসি নটগী মথৌ তৌববুসু হায়নৈ।

**বৈতালিক :—** চরিত্র অদুনা রাজণ্যবর্গগী সভাদা নিংথৌ নত্রগা থুঙ্গং লৈকংগী মঙ্গলগীদমক স্বস্তিবচন পাঠ তৌই। অসিগুম্বা পবিত্রচরিতপু নাট্য শাস্ত্রদা বৈতালিক কৌই।

**চেট :—** চরিত্র অদুনা সাধারণশিংদা থোইনা মরৌশং শিংবা হৈ শিংবা উৎলি, মহাকী অভিনয়গী হৌনবীদি বিদূষকী মতৌ-

গুম্মী, মখুবু চেট চরিত্র হায়না কৌই ; তৌইগুম্বসুং হাস্য অভিনয়গী মরক্তসু লৈদুনা মাগী অভিনয়দু তৌগদবনি। চেট চরিত্রদি অভিনয় লাইরিক্কী নায়ক নায়িকাগী মীচংদা লৈদুনা, মতিক চাবা জ্ঞান লৈবগী, অথোইবদি থবক, কাগিগী মশক্তা ওইবা থবক ঙাক্তা তৌই। মচাক্কী ৱাঙাং ৱাতা'শং তদুদা য়াম্না রস চেনবা, থুম্বা অমদি জ্ঞান ফংনবগী মশক ওইগদবনি, নত্রবদি চেট চরিত্রগী পরিচয় পীবদা মতিক চাদে। অসিদা নত্তনা খোংনেম্বা, লোনথোক্তবা, নাপংবা, লৈরোম্বা, খোং নাম্বা তেকপা, নপুংসক, নম্বোনবা অসিনচিংবা মখল য়াম্নবা হাস্যরসকী চরিত্র কয়ামুক নাটকতা উবা ফংঙি। হায়রিবা চরিত্রশিংদা য়াম্না Nature তাবা মওংদা অভিনয় তৌবা ঙম্নবদি ভাবকশিংনা নিংথিনা অত্থুম ময়েংঙি, নত্রবদি উত্তা ঘী হৈবগা অক্কানি।

**বিট :—** চরিত্র অসিদি গোষ্টী দৃশ্য কাব্যগী মরক্তদি য়াম্না লুনা তৌবনি, যিভেৎ লৈভেং তেংহিবগী মরমদা মুমা হৈ শিংঙি, তচুদি ৱগা অপাম সুংশিগকাদদি লৈতবনি, মহাক্তি মরৈ মরা চাওবনি, ৱাঙাং শঙাং হৈ শিংবনি অমসুং ঈশৈ জগোইনচিংবসু থর থরদি মহৈবনি, নাটরুচিংবদা অসিগুম্বা থবক তৌবা মীশকী পরিচয় ফংলিবা অদুবু বিট চরিত্র হায়না কৌই।

**দূত :—** নিংথৌগী থোইদোক্না থাজরবা তেংবাংবনি, অসিগুম্বা চরিত্র অসিনা নিংথৌগী মহুৎ শিনবা ওইনা থবক কয়া

তৌই, রাজ কার্য্যদা য়াম্না নিংখিনা পাংথোকপনি, অচুম্বা ঙাংবা, মখল কয়াগী সদ্ গুণনা তিনবা, য়াম্না চনিং তাবনা মাগী স্বভাব ওইবনি, অদুম্নদি ওইরগা মথৌনা লৈনা, মথৌনা লৈবগী থবক তৌবদা চিংনবা লৈতবনি। মতৌ অসিগুম্বা নীপাগী চরিত্রবু দূত হায়না কৌই। দূত অসি মখল অহুম থোকলি। মদুদি— নিসৃষ্টার্থ, মিতার্থ অমদি সন্দেশহারক অসিনি। দূত অদুনা নাকন অনিমক্কী মনুংগী রাকমশিং অদুগী ভাব থংদুনা, রাশিংগী পাউথুম পিদুনা মরৌশিং চাওবগী মতৌদা নিংথিজনা থবক পাংথোকপা ঙমলিবা, মহাক্তুবুনা নিসৃষ্টার্থ দূত হায়না কৌই; দূত অসিগী চরিত্রদা মরৌশিং চাওবগী মওং ওইহনবা দরকাররনি। মহাক্কী রাইহে অমদি পরিচয়গা লোইন-লোইননা থবক অদু পাংথোকপা ঙম্বা মহাক্তু-বুনা মিতার্থ দূত হায়না কৌই। অদুগা দূত অদুনা হায়খিবা তাকখিবা রাকমশিং অদুনা রা-লান ঙাংনবদা মতুমক চপ মান্ননা ঙাংশকুনা দূতকী থবক অদু তৌবা ঙমলিবা, মহাক্কী মমিংনা সন্দেশহারক দূত হায়না কৌই। দূত হায়রগা প্রহরী নত্রগা প্রতি-হারী অদুগুম্বা নত্তে, দূত হায়বসিদি সম্মানী ওইবা মীশকনি। খুদমদি— দুর্য্যোধনগী মকমদা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডব মডাগীদবক দূত ওইনা লেংঙি। মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ, নিসৃষ্টার্থ দূতনি।

**নর্ত্তক** ঃ— দেবতাগী নট মন্দিরদা জগোই শারিবা অদুবুসু নর্ত্তক হায়, অমনা সিনেমাদা য়ু থককমদা "থেই থেই" তৌদুনা জগোই শাবীশিং উৎলিবা অদুবুসু নর্ত্তক নত্রগা নর্ত্তকী হায়।

মোমোন নোকপনা স্বভাব ওইতুনা য়ামনা হৈনা শিংনা কীজেং-চাকচাদা অপাম মুংশিগী ঈপোম হোৎম্না জগোইতনা মথৌ ওইরবশিংদুসু নর্ত্তক হায়। অদুবু নর্ত্তক হায়রবদি, মরমচৎতা মরুবনি খংনৈ, মহাক অদুনা নর্ত্তক ওইরবদি মশা মশাগী চরিত্রগা অমদ মথৌদা লাইথোকপা লৈতনা মাই ওনশনবা দরকারনি।

প্রহায়ী নত্রগা প্রতিহারী :— খোংশংবা নত্রগা চৌকি-দারগী থবক তৌরিবা, মখোয় অদুবু প্রহরী নত্রগা প্রতিহারী হায়না কৌই। মখোয়শিং অসি নিংথৌ নত্রগা নিংথৌগী কম-নাইবশিংগী য়াথং পিবা থবকশিং অদু পাংথোকই তৌইগুমসুং দূতকি নত্তে, দূত হায়বা অসিনা প্রহরী নত্রগা প্রতিহারীগী থাক্কী য়াম্না হেন্না রাংবনি, চাংদম্নবা য়াদে।

নট অমদি নটী :— নাটকতা নট অমদি নটী চরিত্র লৈ, মখোয় পুন্নমক অদু নিংথৌ অমদি ইনাক খুনবশিংনা য়োক থাকই, জীবিকাগীদমক মখোয়না নিংথৌ নত্রগা ইনাকখুনবশিংগী মুমদা লৈতুনা থবক হৈ-শিংবা উৎতুনা শেল তাদ্রি, জগোই জৈশেনা মখোয়গীদি মথৌনি।

দণ্ডসহায় :— খোংমী লামী, * সামন্তনচিংবগী চরিত্রব

* সামন্ত নিংথৌ অমগী মখা পোনবা নিংথৌবুসু হায় নত্রগা প্রজাদশা নিংথৌগী অথোইবা লুচিংবা প্রজাবুসু সামন্ত হায়।

দগুসহায় মখোয়গী ভূমিকাদি নিংখিনা ভম্বা দরকারম্মি। তমম্রবর্দি মখোয়না অভিনয়দা যহৈ য়ানবা ওমদে। মখোয়না পাইরকী শোন শাবা, লান, থাংচিংথোকপা, শগোল থৌবা অসিনচিংবা থবক খুদিংমকত্তা নিংখিনা তমশিনবা দরকারনি।

---

# অভিনয়গা লোয়নবা রাফম খরদং।

নাট্য বিশারদ ওইবা সভ্যশিংগীদমক্তা অভিনয়গা লোয়নবা রাফম খরসি হায়জবা নত্তে। তমখৎলকলিবশিংগী চর্চ্চা তৌনবগীদমক নাটক্লচিংবা সংগঠন তৌবা, অভিনয় অমদি মতুগী শরুক ওইবা বিষয়শিংগী খরদং আলোচনা তৌজবনি। মখোয়না দর্শকশিংগীদমক নাটক্লচিংবা ইরিবা অকুদগী অভিনয় তৌরগা দর্শকশিংদা নুংঙাইবহু দান তৌজবনা মখোয়গী উদ্দেশ্যনি। দর্শকশিংনা, পাগলি, মতুদি পুক্লিংগী রুচি অমদি রস। নাট্যদা পেশা ওইরবশিংগীদমক নাটক অমদি অভিনয় তৌবনি, মসি লক্ষ্য তৌবিবা থাবিগনু। অভিনয় তৌরকপা: মতমদা লীলা অসিনা নুংঙাইত্রিবা কবিগীনো, কবিদা শোয়রবা ম্যানেজমেন্ট তৌবদরা, অভিনেতাশিংনা, শিনশিংদা কবি অকাইবা লৈরে, অসিনচিংবা

য়েংশিনবা ভাবনি। মথক্কসু হায়না পঙ্গথবা অদুনি, অফবা নাটক কয়াসু তৌরিবা মওং মতৌ অদু নিংথিনা খংবিদবনা নাটকী বিচার তৌবিদবনা থোওইনা য়েংবিদে।

নাটক করিনো, অভিনয় করিনো হায়বসি অমুক্তং খল্লদুনা য়েংলবদি খংবা ওমগনি মদুদি ; রঙ্গমঞ্চদা সুপা সুপী কয়ামরুম্না চরিত্রশিংগী মশকশিং অদু শাদুনা রাকম কয়ামরুম ঙাংশকপা, ঙাংনরিবা অদুগী মসুংদা plot শিং লৈবা অদুনি নাটক, অদুগা শারিবা চরিত্রশিং অদুগী হাব-ভাবকা লোইনবা নাটকী রাকমশিং অদু ঙাংন-শানরিবা মতৌ অদুনি অভিনয়না। নাটকশিং অদুগী চরিত্রশিং অদু মপুং ফাহনবা পাম্মী, লোনগী মাধুর্য্য পাম্মী, রাখলগী লংজিন কয়ামুক থোররুফম ওইবা পাম্মী, দর্শকশিংগী থম্মোইবু জয় তৌননবা রারী ওইবা পাম্মী, নত্রবদি করিগুম্বা চিংশিনবা অমত্তা লৈবা ওমদে। অসিগুম্বা ভাব অমদি গুণবু নাটরুচিংবা অদুদা লৈত্রবা, অদুগুম্বা নাটকশিংদো নাটক নত্তে, অঙাংশিংনা চুম্না শান্নজবগুম্বতনি ; সমাজদা ওৎপদনি।

নাটরুচিংবগী রারীশিং অদুদা অদুকী মতিক থম্মোই চিংশিন্নবা রারী ওইরবা, plot অদুসু অদুকী মতিক নিংথিবা হেনগৎনবা হোৎন্নবা অদু ওইরবদি ভাবুকী থম্মোইবু লাইনা জয় তৌবদি শোয়দবনি। নাটরুচিংবগী লাইরিক্তা সুংঙাইবা পোরুবা লারুম্নিবা অদুগুমসু উৎসাহ পোরুবগী মাইকৈদসু নিংথিনা য়েংবা ভাই। থোদোক্তা লোইননা অতোপ্পা থোথোক অমগা ঈরোইনহুন্দুনা

ফজবা হেনগৎচনবা অদুগা মখল কয়াগী চরিত্রগা লোইননা আদর্শ ভাবকা তিংহন্দুনা লৈগদবনি। নত্রবদি রসাজ্ঞ ভাবুকশিংগী পেঙ্গুবচ্থ ফংবা ঙমদে, হিরম অসিদা য়াম্না কুপ্না য়েংশিনবিগদবা ওই।

পুন্সীগী অরেপ্পা মশক অমদি রাফম; নায়কী চরিত্রদা অথোইবা চরিত্রনা লংহনবা, নায়ক অদুগী করিগুম্বা চরিত্র অমদসু শক্লাবা তারবশিংবু মুংশিহৈবা, প্রভুভক্তি, দেশ প্রেম অমদি মশাগী সন্মান ঙাক্লবগীদমক মথন্নাই থাবগী ঘটনা, অসিনচিংবনা থল্লবা, অদুম্বা play অদুদি মতম পুম্নমক্তা ইনৌদা নৌত্থনা অত্থম্মক লৈগনি।

নাটকপু পুত্থনা চৎপদি plot ননি, মত্থদা নিংথিজনা অভিনয় তৌদুনা ভাবুকী মমিৎতা পেলহল্লগা ভাবুকশিংনা মপুক পেঙ্গুত্থনা সত্যগী ভাব অদুবু চুপচগদৌবনি। নাটকতা plot অদু নিংথি-জদ্রবদি চাকা কায়রবা গাড়ীনা চেনবা য়াদবা অদুগুম্বনি, মরমদি plot ফজত্রবা নাটকতি নাটক নত্তে। অত্থম তৌরবদি অভিনয়গী Nature লৈতে, অদুগা play অদুগী চংলিবা রারী অত্থদসু নন্দবা নত্তে, রারী অত্থনা অদুকী মতিক ভাবরস পোকহল্লবগী পাঙ্গল শক্তি পিরিবমখৈ, অভিনেতা অভিনেত্রীশিংগী মপাঙ্গল থোকচবা ঙম্মী। মরম অসিনা অভিনয়গী লাইরিক লেংবা মরেংদা অসুকী মতিক হৈ-শিংবদি দরকাররনি, ভাবুকশিংগী পেম্নবগী

মাইকৈদা plot নচিংবগী আভাস অদুগী মরমদা নিংথিনা খনবস্মু তঙাইফদবনি।

রাকম অমনা অভিনয় পার্টিনা, অমদি যাত্রা পার্টিনা মীচং মীথাই নাইবদগী ক'রিস্মু লৈত্রবা পোচ', মতুনা সমাজদা থোইনস্মু কান্নরবাইদবা অভিনয় লাইরিকপুস্মু অফবনি লোই। য়াম্না ফবা অদুস্মু তাদুনা অদুম্মক লৈহল্লি মিৎচিনা য়েংনদে, নত্রগনা মাগী মাগী Sidefeeling দা side কী, Hall গী মসুংগী ওইবনা ইরকপা ওইরগনা মীশক মীগাই য়েংদুনা অভিনয় উৎনবগী খনবা, অসিনচিংবা তৌনবা কোঙ্গাংস্মু য়াওদবা নত্তে। অস্মুম্না তৌবনা নাট্য জগৎকী অমাংবদা নত্তনা সমাজগী সাহিত্যগী খোংজেন্দা খোংরাংদবা থোকহনগনি খল্লি।

---

# অভিনয়গা অভিনেতাগগী মরি লৈনবা।

রাকম কয়ামুক মখক্তা হায়জগ্রবস্মু অমুক হন্না হায়গ্রবি, মরমদি অভিনয় তৌবমকসিস্মু শখাং কনবা ডাই। মসিদা ইশাদা লাকপা য়ৈথাইবা কয়ামুক লাম্ব্রোকপা ডাই, কয়ামুক হোৎনবা

কনবতাই, অশেংবা হায়জরবদা Amatur জীবন ওইবতাই, থৌ অসিদা ইশাগী ওইজবা ভানবগদি সুকপক পক্লবা য়াদবনি। সাধনা তৌবা থোইনা দরকারনি। মৈতৈলোনগী অভিনয় তৌবগী সাধনাদা খোম্থোকী মখল কয়াগী সাধনা তৌবা তাই; মদুদি পৌরাণিক নাটকতা, ঐতিহাসিক নাটকতা ( হিন্দুগীনি ) মৈতৈ-গী তিগী পৌরণিক ( মোইরাং কংলৈরোন, মৈতৈ কংলৈরোন ) মৈতৈগী ঐতিহাসিক, মৈতৈগী সামাজিক নাটক, হায়রিবা নাটকী মখল মঙা অসিগী আবৃত্তি তোঙান তোঙানি খোম্থোকশিংগী। মদুগী খুদম থরদংদি :—

## পৌরাণিক ( হিন্দু )

১। লেংশিনবিরকসি দেব! আসল্লা ;
মতাং চারবা মতাংদা লেংবিরকপসি
রামগী থোইনা লাইবক ফরবনি
হায়না লৌজরি।
( রামনা বশিষ্ঠ দেবদা হায়জবনি। )

## ঐতিহাসিক ( হিন্দু )

২শুবা ধাই মা! গৌজিক তৌরিবসি করিনো ?
কারমল্লু: থংবা ওমত্রে।
মহারাণা অমদি সরদারশিংনা
করিগী অসুক বিদ্রোহ তৌরিবা ?

রাজ সভাগী থৌরমদা নিয়ম লৈত্রে।
প্রজাগী অরাবা করিগী গুইরিবা ?

(রাজ মুকুট)

## পৌরাণিক ( মোইরাং কংলৈরোন )

৩শুবা ইপু খোংলেন অঙম্বা লাল্লোই ফম্নাইবা,
ইপু নোংথোল নারৌশিংনা ফমথোন মাপন কাবা,
চংশিল্লকও ইপু অনিমক ; নফম্নাংদা কমলোলাও,
পানা খুদপ চারোলাও !

( ঐতিহাসিক মৈতৈ )

৪শুবা পুনবা ! সনাখ্বাবু পুনবা ননাই ঐগী ইতিক নত্রে,
দোলাই লেংজাওদা লেঙগদবনি
ননাই ঐ ইশামক য়াওনা দেলাইরেং ওইগদবনি,
চায়গনি অংগ্রেজ গভর্ণমেণ্টতা
খংহনগনি লৈবাক পুন্নমক্তা
যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাবা নত্তে,
অংগ্রেজ গভর্ণমেণ্টকী
প্রতিনিধি সুবেদার খেজেন্দ্রনা
চরণ পায়দুনা হায়জবদগী লেংখৎলকপনি।

( বীর টিকেন্দ্রজিৎ )

## সামাজিক ( মৈতৈগী )

শেত্ৰা চৌকিগী ৱাদি লায়বু লাইরি,
স্কুলগী প্লে গ্ৰাউণ্ডদা মীটীং তৌই হায়দুনা
স্কুলগী অথোরিটিনা সেক্সন ১৪৪ গী
৫ তিনবা য়াদবীত্ৰ চাল্লাইদুনা তানখাইরোইদ্ৰাও
লাঃপ্ৰা চংলগা লোৱাইদা তৌরুসিৱা ?
( অনি খোক্লা চিংখাইরে থম্মোই )

মথক্তা পিজৱিবা অভিনয়গী Category গী মতু· ইন্না tone খেন্নবা ঙাংবা তাই। মসিগীদমক আবৃত্তি অভ্যাস ওইবা তাই; নত্ৰবদি খোন্দা ( charaeter গী sound ) অদুবু নিংথিজনা বিকাশ তৌবা ঙমলোই। মতাং অসিদা পঞ্জ তৌনিংবা ৱাফম অমনা, মণিপুরদা অহানবা ৰঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌবসি বেঙ্গলী লোন্দগী ওৌবনি, বেঙ্গলী tone দা acting গী ঈচেল অসি অসুম অসুম্বক চেস্থৱকপনা কংলৈরোমচিংবা প্লেদদি tone অদু হায়জিল্লুবদি ঙমদে হায়ৰবু পৌৱাণিক ( হিন্দু ) সামাজিক প্লেদদি তত্তনা tone থা অদুদা হেক হেক থামরি। মৱম অসিনা সামাজিক play দা tone দা nature তাবা ৱাল্লপ্ৰা উই।

খুদম খৱদং :—

(ক) ইমাগী ইবুংঙোদো, অঙাং ঙইৱিবনিনে,
অদুবু করম্না মীরৈবাক অদুদা লৈৱিগবা ?

করম্না চারি থকলিগবা, তমিন্নরিবশিংগা
করমনা লোইনরমনি, মীতৈ মচাদি
ইচা মতোমদা মগুইরমগনি।

(খ) ইবেম্মা! ঐদি হয়েংদগীদি গোহাত্তিদা
চহি তরুক্তি লৈজরুবা তাবির,
মরক মরক্তা ছুটি সুংদিদা খোক্লকদবা মগাইরেদো।
মসিদা নিংতোনগী অহোংবা থম্মোই, করম্বা অমা লাক্তুনা
পাখংবু কাওবদদি কাওথোকপিগনুকো ইবেম্মা।

মথক্তী উচ্চরিবা খুদম অনিসিদা অতাম্বগী "ক" মমানা মচা লংফৈদা লৈখিবা অতুগীদমক রাজতুনা শোনজবনি। মসিদা স্বর অসি মহৌশাগী ওইবদগী খর হেন্না ফুকার তৌবা মশানা তাই, মচাগী প্রেম্না ফুনগৎপা চরমদগী ফুদোরকপা খোম্থাং অদো হেন্না শাৎকাইনবা হোৎনবদা লাক্তদোরিবা tone মতা অদুদনি, মৈতৈ tone, বেঙ্গলী tone হায়দুনা লাক্তদোরিবা! মসিদা হায়গী মৈতৈনা অভিনয় উৎলকপদা স্বভাব ওইরকপা বেঙ্গলী tone দা হেক হেক তৌগল্লি। হায়বদি tone মতাদো থারকপদা খনা ওদগী নিক্তক্তা থাদোক্লগা লোনগী বিকাশ তৌবদা সুংত্তাইবা অদু থাদোকপা ওমদে।

অনিশুবা খুদম "খ" সু লংফৈদা লাইরিক তম্বা চৎকদোরবা পাখং অমনা মাগী সুংশিনজবী কনাগুবী লৈশাবী অমদা সুংশিনা

বিদায় তৌজরি, মানা মাগী ওইনা থগৎরবী অদুবু, মহাক্কা কাইনবদা মীগী পুক্‌থিন খোন্দগী মাগী ওইবা কংজরোইদ্রা। হায়বাসিগী রাজবা মপাও অদু মেঙ্গুরি। মসিস্তু মাগী কাইরবা থম্মোইদগী কুদোরকপা খোম্থাংনি, মসিদা বেঙ্গলী tone দা কুদোরকবা নম্মী। অদুবু অমুক্তং খম্থদুনা য়েংবিরবদি tone অনি অসিগী থেন্নবা শকলোন অদুনা জাতি অনি অসিগী থম্মোইদা পানবা মপান অদো মায়দবনা মহৈ মহৈ নোকনিংবা, অঙকপা, অঙাওবরা খনফম থোকপনি। অদুবু অম্ভুম চৎনরকদগী কন্সিস্তু অকাইবা লৈতবগুমনা লাইথোক্লরি। অদুগা মসিগী কাই কাইদে হায়রবু হৌজিকস্তু হায়নরি মহল লম্মরা, "তৌ তৌরকলে মাগী থেটরগী (থিয়েটারগী) রাঙাং খোনদা মওংদা ঙাংবসে!"

মসিদা খংবা ঙম্বদি স্বভাবিক ওইবা রাকমদা ঙাংদে হায়-বসিনি মৈতৈগী সামাজিক গ্রে ফাও! মতৌ অম্ভুম্না বেঙ্গলী tone দা নম্না শিজিন্নবা অসিনা nature ডাবা রাঙাং খোন্দাদা য়াম্না অকাইবা থোকহল্লি। হৌজিক অসিদা মরু ওইনা বেঙ্গলী tone দা হেক হেক base তৌদুনা ঙাংগল্লিবদি,— শৃঙ্গার, বীর করুণরস অসিদসি, মসিদা মৈতৈগী ওইবা tone দা য়াম্না nature ডাবা য়াংখ্রে। হায়রগী বেঙ্গলী tone দা চৎথরকপা চাব-ভাব অদুদি অভিনয়গী রাঙাং অসি পুরা, নিল্লা নিল্লা চিংদুনা ঙাংনরম্বনি। উপাক্কী plate forme দা খোং অসি দং দং থিল্লগা উৎপা অভিনয় অদুনা clap কংনরম্বনি। মদুগী স্বভাব অদু খংথৎ

থংপা ওমদদুনা হৌজিক অসিদা খরমথৈদি লৈরি। মসিদংগা নিংথিনা reform তমা তৌবা মতম চারে।

**আবৃত্তি :—** মচাক চেন্দবা উর্চ্চরণদা আবৃত্তি আভ্যাস তৌবতাই। মথক্তা উৎচরিবা category শিংগী স্বরশিংবু আবৃত্তি তৌব তাই। অনেখা অমদি অরাংবা স্বরগী শিজিন্নরকপা মতমদা য়াম্না চ্যকশিনগদবা ওই। আবৃত্তি অভ্যাস তৌবা মতমদা, তাবদা য়াকপা অমদি খোনগাইদা খোস্থা থাবা হৌনদে। উচ্চারণগী শথেক অদো থুমহন্নবা লাক্লগনি, উচ্চারণদসু ভাবকী মথাই লৈরিবনি। শাওবগী আবৃত্তিদা খনাওগী খোন্থাং লুপ্লকপা তাবনি, মতুদা স্বরগী মপুং ওইব' তদু নিংথিজনবা লাক্লগনি, নত্রবদি over acting লাকতুনা "ফাং-কাং" লাওপ্রবদি ফজবা রাংপদা নত্তনা, দর্শকশিংগী নাকোংদা শিংজানা য়েংগুম থোকনি। অশেংবা উচ্চারণ নত্তনা আবৃত্তিগী কবিসু মমল লৈতবনি। আবৃত্তি তৌবা মতমদা অর্থ অমদি রসগী মাইকৈদা লক্ষ্য ইতৌ তৌদনা আবৃত্তি তৌরবা. অবৃত্তিগী অর্থ লৈতে। রস, অর্থ য়াওদবা আবৃত্তি অতুনা অভ্যাস ওইরবদা, স্বভাব অদুগী দোষনা করিগুম্বা অমগী আবৃত্তি তৌবা মতমদা তানিংদবা পোক্নি অমসুং মতুংদা মদুগী স্বভাব অদু সংশোধন তৌবা ওন্নকলোই। অসিগুম্বা আবৃত্তি অসিদা য়াম্না মতেং পাংগদবদি সংস্কৃত স্তবনচিংবা, শ্রীযুক্ত A. মীনকেতন সিংগী মেঘনাদ বধকাব্য, দি রেব অফ লিউক্রেসী, শ্রীযুক্ত হিজম অঙাহল সিংহগী খম্বা থোইবী শৈরেং,

O. ভোগেশ্বর সিংহগী নিংথৌরোল শৈরেং অতৈ অতৈ পোইত্রিগী লাইরিকশিং পাহুনা অভ্যাস তৌবা য়াম্না কান্নগনি নিংঙি। মসিদা রসকী অয়াম্বা শরুকস্থু চেন্নজবা লাইরিকনি। আবৃত্তি তৌহুনা অভ্যাস তৌবগা লোইন-লোইননা মতৌ করম্না স্বর থাদোক্কদগে হায়বহুস্থু ভমশিনহৌবা তাই।

**স্বর- প্রক্ষেপ ( Throwing of voice ) :—** অভিনয়বু তৌব৷ তাম্নবদি স্বর (খোন) থাদোকপগী হৈ-শিংবসি নিংথিনা তম্বা তাই। স্বর থাদোকপসি তমজ্রবদি অভিনয় উৎপা মতমদা দর্শকশিংগী মঞ্চমদগী মীচৈ চাবা তাই। স্বরগী মথক্তা নেৎহুনা ঐখোয়গী য়াহৈ-য়াতা অসি চৎলিবনি, হৈজ্রবদি খোঞ্জেল অহু দর্শকশিংগী মনাকোং য়ৌবা ঙমলোই, ঙাংলিবা য়াহু চিনবান্দা অহুম্মক লৈগনি, অহু ওইরবদি অভিনয় অদু মথরাই পাল্লোই। অহুগা শনজাওনা খোংবদোনা পংলাও লাওরবস্থু নাকোংদা শীংজানা ফুবগুম থোক্কনি, মহুনা অভিনয়দু অহুম্মক মাংনবগী মশক ওইগনি। স্বর অসি দীর্ঘদা (অরাংবদা) ঙাংবা মতমদা অয়াম্বা অভিনেতা-শিংনা ইপা পাথৎনা ঙাংবা উই। মসিদা খংলাও লাওরগা ঙাংবা হৌবস্থু কোঙ্গাইনি। মতৌ অম্বুম তৌবদা য়াঙাংগী তাংকক খুদিংগী অহানবা তাংকক্কী দম অহু খোনগাইদা অহুম্মক লুপাশিনখি, শ্রোতাশিংনা মমৈথংদদি ঙাংলিবদো তাবা ঙম্নক্তে অমস্থং অভিনেতা অহুগী ঙাংলিবহু হাথু-হাথু ঙাংলকপদা তারকই। মরম অসিনা ঙাংলিবা য়াঙাং খুদিংমক নিংথিনা ঙাংনবসি হোৎনবা

তাই, অদুম তৌরবদি অভিটরিয়মগী মী পুম্নমক্না নিংথিনা তাবা ফংগনি।

অসুম্ন অসুম ঙাংলকপদা বে-দম ওইদনবা, অশাংবা ছত্র (তাংকক) অমা ঙাংলমদাইদা চনিং য়োনা নিংশা অমা শানা চিংশনগৌরগা তপ্না তপ্না নিংশা অদু থাদোকপগা লোইননা ছত্র অদু লোইনা ঙাংবা তাই। ছত্র অদুনা য়াম্না শাংলবদি নত্রগা আবৃত্তি তৌরিবা অদুদা দম ওদু কুলাইবা লেইবক্তদোরবদি মরক মরক্তা হুরানলে য়াদা দম লৌশিন্নবা নিংশাশোর চিংশিনবা তাই। অসুম্না হুরানলান্নগী দম লেশিনবা অসি য়াম্না নিংথিনা অভ্যাস তৌবা দরকারনি। হুরান লোম্লাক্ল হৈশিংব তাই; নত্রবদি ফাখিগনি। হুরান লোম্ন চেতনা হুবা মহুদা দম অসি লৌশিনবা হোৎনবদা মশাগী শক্ত রাংপদগী শ্রেতা শিনা ফাগীবা তক্তনা থেংনৈ। মখোয়না আবৃত্তি তৌদুনা দম অদু লৌশিন্নবা হোৎনবদা মখোয়গী খনাওদগী খোনগাই থোরকই, অমুম্না খোনগাই পো-কক্লনবদা খোঙ্খাং চাদবা শব্দ লাকই। মতৌ অসুম্না আবৃত্তি তৌববু "গুণটানা" হায়না কৌই। নাতোল্লোমদদি নিংশা হোন্দনা ম্যারোমদা হোল্লবদি অসিগুম্বা গুণটানা অসি থোরকই। অসুম্না তৌবা মতৌ অসি থোক্তনবা আবৃত্তি তৌবা তাবনি।

আবৃত্তি, উচ্চারণ, অমসুং স্বর-প্রক্ষেপ তৌবা মতম্দা কন্না লক্ষ্য থমগদবা হায়বদো নিংথিনা ভাকপিগদবা ওষ্ঠ, শুক্লগী

উচ্চারণতনা অভিনয়গী মপাঙ্গল নরে। চরিত্রগী conception (খল্লবা পোক্কণ্ডাই) অমসুং মদুগা লোইনরিবা রস অদু শাৎকাই- হনবনা অভিনয়গী প্রাণনি, স্বরগী (খোনগী) তাংথক্লা মতেং পাংবনি। স্বর খুৎথাদা মনিং তম্মা অতেন অশাং, অনেম অয়াং ওম্বা অদুবু ফজবা স্বর কৌই, অসিগুম্বা স্বর অসি রস পুম্নমক্কী বিকাশ তৌবদা মতেং পাংভি। মতৌ অসিগুম্বা স্বরগা তান্নো- ইননা গলা তৈয়ারী তৌরগা মশাগী দম অদু মতিক চাবা হেনগৎলি।

**স্বর সংযম :—** স্বর তৈয়ারী তৌরবদা অভিনয়গী মতমদা স্বর সংযম ( voice control )গী অভ্যাস তৌগদবনি। অসিগুম্বা স্বর সংযম অসি করিনো হায়বদি, ঐখোয়গী খোন্থোক অসিবু অনেম অয়াং চাং অগদা ফাদোক ফাজিন তৌদুনা পিব্বুনি। অভিনয়গী মতমদা অভিনেতা খুদিংমকনা রাংনা লাওনা অভিনয় তৌরবা, অদু ওইরবদি অভিনয় অদু মশানা nature জাদবা অই। অভি- নেতা খুদিংমকনা মতৌ করম তৌরগা nature তাবা স্বরদা অভিনয় তৌগদবা, গলাগম্ভীর ওইদনা অনেম্বা স্বরদা উচ্চারণ তৌরবদি গলা অদো গ্যালারী য়োনা চৎপা ঙম্লোই। মরম অসিনা মহাক্না অনিংবা মতুং ইন্না স্বরবু গম্ভীর লৈনা অমদি রাংনা নেম্না থম্বা ওম্বা অদুবু স্বর সংযম কৌই। স্বর-সংযম অসি নিংথিনা অভ্যাস তৌবা তাই, নত্তনা অকাইবা স্বর অমদি ফীরে- পকা লোইননা অভিনয় তৌরবদি রসগু মপক তাকপদা য়োবা

শুমলোই। মসিগী মহৈনা অভিনয়গী nature রাৎপদা নত্তনা মখোয়গী খোঙ্থাং অদু দর্শকশিংগী নাকোং য়োদবা মতাংসু লাক্কবা নত্তে। আবৃত্তি, উচ্চারণ, স্বর-প্রক্ষেপ অসিনচিংবদা করিমত্তা লক্ষ্য তৌবা লৈতনা অভিনয় তৌবদা nature মাংখিদুনা অভিনয়গী মথরাই য়াওহল্লে। মরক অসিদা রাকম অমনা অভি-নেতাশিংগী মরক্তা কাংবু অনি অমুক থোকলি, মদুদি কাংবু অমনা nature অভিনয়গী, অদুগা কাংবু অমনা nature খংদে শাথেক মুংথেক্লা লোইনবা নটকী ভাবকা লোইনবা অভিনয় তৌবা। মসিগী লড়াইদা লোইনবা লৈতনা লৈরিবনি। মসিগী অচুম অরানগী রাকমশিং অসি অথং-অহৈশিংনা হৌজিক ফাওবা নৈনবা লোইদরি।

অদুবু মতাং অসিদা মত অমত্তং পঞ্জনিংবদি পৌরাণিক নাটক্তা blank verse তা প্রনয়ণ তৌবদা, অভিনয় তৌবা মতমদা লোল অদুগা লোইন-লোইননা অঙ্গ-প্রত্যঙ্গশিং লেং ওৎতুনা nature দগী খজিক্তং হায়দোকপা খোঙ্থাংদা অভিনয় তৌরবদা লোক্কদবা রাকমদি :— A. মীনকেতন সিংহগী "মেঘনাদ বধ" রূপান্তরদা রাবণনা মচাইবুংঙো ইন্দ্রজিৎ তুবগী পাওজম্মবা, শিবগী মনাই থোংশংবগী শকফম লৌদুনা লাকলিবদুদা হায়বা মপাও :—

"করি নংনা কিক্লবা, হায়দুম হায়রু থুনমক ;
অরা মুঙাই অনীমক নোংদম মাগী নোংদম্মি ;
করিমত্ত কিগনু, তাঙ্খো তাসি নপাওখোল।"

অদুগা মচা লৈত্রে তাবদা শাওরবা রাবণনা অমুক :—

"লালোই ভেল্লাং থুংস্নবা সনা লঙ্কা ওংনরায়
লানগী কিজোল তর হোং লেপ্লো ভেঙ্গোংস্নরিসা
লানগী কূম্ম তর উৎ কোক্লবগে মৈচাকসে
খাঁওমদনা খাঁওবা মুংপিনীওাই তাল্লবা ।"

রাবণগী অসিগুম্বা অভিনয় অসিদা হকচাংগী শাথেক, স্বরগী গম্ভীরতাগা লোইনবা স্বর ঈপোম থর শাম্নদুনা সামাজিকী nature দগী থর হায়গৎনা স্বর প্রক্ষেপ তৌদুনা খোম্থাংগী আভাস অদু নিং-থিনা লৈনবা স্বর সংযম তৌবা তাই। মসিদা art acting গী অকনবা মৈহৌ অনিমক পুনবগা লোইননা feeling অসিসু নিংথিনা লৈংম্নবা হোৎনবা তাই।

মসিদা হায়জনিংবা রাকমদি সামাজিক, পৌরাণিকী মতুং ইন্না, থেন্নবা অভিনয়গী শরুকশিং অদুবুদি মুন্না য়েংশিনবিবা তাবনি, অসিতনি। অদুনা অনিমক অসিগী লড়াইদা য়েৎনদুনা সামাজিকী মতৌগুম্না পৌরাণিক অভিনয়দা অভিনয় তৌবদা কাইদে হায়-রবদি লড়াইগী অরোইবদি লৈতবা তাই।

ফীজেৎ অমদি শক-চু শেম্বা :— অভিনয় তৌবদা ফীজেৎ লৈতেংবগী থবক অসি অদুক হান্না পংলু লুবা থবকপুদি নত্তে। নাটকুচিংবগী চরিত্র-পরিচয়দু খংলগা য়াম্না রাখল তৌদুনা কররি-গুম্বা দোষ অমতা লৈতনবা ফীজেৎ লৈতেং শক-চু শেম্বা তমগ-

দবনি ! অভিনেতা খুদিংমকনা অসিগুম্বা make-up তৌবা অ সদা থোইদোকনা চ্যেকশিনবা অমদি জ্ঞান তৌশিনবা দরকারনি ! অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা পার্ট চিনদা পুরবা তুংদা, রসভাব অমদি মফোংদোক অদু চুম্না অভিনয় তৌননবা অভ্যাস তৌই. মতৌ অদুগুমদুনা শক-চু শেম্বগী মাইকৈদসু চ্যেকশিন্না হোংনদ্রবদি অভিনয়গী নিংথিনা উৎনিংবগী আশাদু মহৈ য়াল্লাই। মশ মক্না করিংগুম্বা অশোইবা লৈতনা পোষাক শেৎচবা make up তৌবা তম্লবদি অভিনয় তৌবগী চরিত্রসু মাগী রাখলদা নিংথিনা শাগু-রক্কনা মতেং নিংথিনা প্যাংডি। ধ্যান ধারণা অদুক্কী মতিক কল্লগা অভিনয় তৌবা মতমদা থেইনা নিংথিজবা তেল্লি। মাই-মিৎতা দাগ লৈবা, মমিৎ নামা তাংলবশিংবু খংচন্দনবা হোৎনবা, অমরোমদা লাইবক্তা করিগুম্বা থাংকম লৈবা, কদায়দনা থজিক্তং মৈনা পোকপগী দাগ, অসিনচিংবাস দর্শকশিংগী মমাংদা থাইৎ-শেংবা মান্নবা করম্না শেম-শাগদবা, মদুগী হৈতিম্না। অভিনেতাশিংনা তমশিনগদবা ওই। অভিনেতাশিংনা মতোমদা শেমজবা হৈজদ্র-বদি make-up man থমদুনা শেম-শারবসু মশানা অহায়বগী মতুং ইন্না শেম শাদ্রবদি অভিনেতা অদুনা মপুং ফানা অভিনয় তৌবদা হৈনিংবা পোকতে। পার্ট অদু মশাগী ওইনা হেক থুংবদগী হৌনা make-up কী মরমদা রাখন তৌরবদি পার্ট অদুগী শক্তম, রসকী ধ্যান ধারণা নিংথিনা হেনগৎকনি।

মতৌ অসুম্না মতিক চাবা নাট্যজ্ঞান লৈরবা অভিনেতাশিংগীনা

মতিক চাবা পোষাক মশানা খনজরবস্থ মফৈ, তৌইগুম্বসুং মতিক চাদবা অভিনেতা অমদি অভিনেত্রীদদি অরাবনি, মদুনঠুম থোইনা দোষনী মশক ওইরকই। রক্ষক অমদি মীনাইসুপী শবীদুনা, মতিক ইচা চাদনা নিংথৌ অমদি রাণীগী পোষাক খনজিল্লুনা থম্মী। মখোয়গী ভূমিকাগী ধ্যান-ধারণা লৈতে, করম তৌরগা মাগী কঙবা ওইগদগে মসিদা মখল্লি। মতিক চারবা অধ্যক্ষনা য়েংশিনবিগদবনা, কনানা মশানা পাম্বা খনহনবদা মতিক চাবা অমসুং কনানা মাগী অপাম্বদুবু দমন তৌগদবা অসিনি।

অতোপ্পা রাক্ষম অমনা, তোঙান-তোঙানবা মতাংদা মীশক অমখক্তনা ভূমিকাদি অনিদা বুন্নবদি make-up অদু তোঙান তোঙাননা তৌবা তাই। মদুদা থোইনা খংদবা ঙমগনি, তৌবদদি মদুদা য়াম্না হৈনা শিংনা অরানবা লৈতনবদি হোৎনবা দরকাল্লি। সরঞ্জাম অমদি শিক্ষাগী গুণনা make-up না চুন্নবা অমসুং য়াম্না লান্দবা পোষাক সুম্বাক অদু ওইরবদি অভিনেতা অদুবু মশক হেক খংবা অরাইবা নত্তে। য়াম্না শক খংনরবা মীগী মক্ষাক্তা লেপলুরবসু মাবু মশক খংবা ঙমলোইদবনি। অদুগা বিষয় অম-তংগা লক্ষ্য তৌবিবা দরকার ওইরি মদুদি, মশক থিবা, লৈখোম লৈনাং তৈবা অমা শেগ-শাগদবা লৈরবা, অদু ওইরবদি কত্ত, হৌদি লৈখোম লৈনাং পংতৈ তৈশিনবা হৌনদে; দর্শকশিংনাং ক্ষুকচবা হেন্নবা করিস্ন খরাবা খংদনা অফংবা অমনা হেক্তা শেমজিনবদি

মত্তিক চাদে। "শেগাইবা অমোৎপা ফা শেৎতুনা মহাক চংলকপা" অসুম্না ইরম্বী হায়দুনা মনম নমথিবা শেগাইবা ফী অমা লেঙ্কা শেৎচিনগদবা নত্তে। অমনবা ফীগী মতৌ গুম্না রঙনা ফীরোনশিং অদু শংজিনগনি make-up না লৈখোম লৈনাং অদু মাল্লবা শেমগদবনি। অঙাওবা শাবদা "লোংফম্দা শরু চিক্তুনা লৈবা হায়রে" অশেংবদু মাল্লবা অশিবগী শরু পুশিল্লকুনা রঙ্গালয়দা থমদুনা, মদু অভিনেতা অদুনা চিক-চিকতুনা তৌবা, মদু হৌনদবনি। উ নত্রগা সুংনা শরুগী মশকুম্না শাদুনা শিজিন্নগদবা ওই।

Make up কী সুবিধাগীদমক artist শিংনা মচুশিং য়াম্লোক য়ানশিলগী 'মরমদা খরনং তমশিনবা দরকারনি, shade light কী বিষয়দসু খংজিনবা দরকারনি। করম্বা রঙনা কয়া য়ায়া য়ানফম থোকপা, করমনা shade light থোকলগা খুদোংচাবা লেনগদবা হায়বদু অভিনেতাশিংনা নিংথিনা খংজিনবা দরকারনি। মণিপুরদা স্বর্গীয় ঙাংবম উদ্ধব সিংহনা অয়াম্বা নাটক্কী চরিত্র কয়াগী Make-up তৌবদা দর্শকশিংগী পুক্নিং হুবা ওমখি অমসুং অপেনবা ওইখি। মরম অসিদগী উক্ত ঙাংবম উদ্ধব সিংহনা নাট্য জগৎতা মমিং চৎপা ওমখি। মমাংলৈদা চহি চহিগী ওইনা লৈকাই লৈকাইদা চাঁদা তৌদুনা থিয়েটার উৎনরম্মী, মদুদা ফীজেৎ make up কী মরমদা ওম্লোক ওম্লোকপা গোণ্ড-গোল থোক্লবা য়াওই। 'খাইনরিবা' চাঁদা অদু পার্ট অচৌবা মচাগী মতুং ইন্না

খাইবনি, লীলা তৌগদবা মুমিন্তা ওস্নোকপা খৎন-চৈনবা মোকপা য়াওই। করিগীনো হংনবদদি ড্রেসকী মরমদা ওইরমলে, অভি-নয়গী দমক ড্রেশিংরুমদা ড্রেসকী উপু পুশিল্লকলগা হাংদোক-পমক্কদা নীপা অহুম মরিনা মশা মশানা পাম্বা পোষাক ফাদো পাক পাক লৌখরে; মক্ক ওইবা নায়কতুগী পোষাক ফংহৌত্রে, মতুগী অপাম পামদগী লাওনবদা পুম্নাং লাংখ্রে। মথাক অদুদি চুম্নগী সৈনিক শাবনি, কোনশিখিবনা নিংথৌগী। রাদু অস্লুম অস্লুম চাওনরক্লে— "ঐদি লুপা ১০ চাঁদা পীরগা চমোৎনবা পোষাক অসি শেংকদৌরিববু করিগীনো? ঐদি কনানা করি শেংকদবা অদু অদা খংদে, শেন্দা চাবা পোষাক শেংকনি। য়ুমদগীদি কনাগী ইতু-ইচা ইমা-ইতৈমা শাগৈ হৌত্বনা ঐবুভা য়েংবা লাক্কোববো ক্মোইগী মমাংদা ঐনা খুমোৎননা লেপকদৌবা? মাই ঐ সুকন্তম ওস্মোই অমুক লুপা ১০ অমা চাঁদা তৌ হায়রবস্থ তৌগে, পোষাক্তি থাবা ওস্মোই।" মাদি বশিষ্ঠ মুনি শাগদবনি অদুগা রাম শাবগী পোষাক কোন্দুনা ফমলে। মহাক্কো অভিনেতা নত্তে, অঙাও অফৈগী রাখল্লি। য়াম্না চোকশিনগদবনি, ওন্নরবস্থ মাথা গরম তৌফরোই। অভিনয় তৌরবদি সভ্য, শিক্ষিত, চাওখৎপা কাংবুগী মরক্তা চংশিনবা ভাই।

Make-up অসিদা অতোপ্পা হৈ-শিংজনগদবা অমগা লৈরি। মতুদি দরকারগী মতুং ইন্না থুনা হোংদোক হোংজিন তৌবা অসিনি। রাফম অসিদা খংবদি; মসিদি য়াম্না লুরবা অভ্যাস অমদি চংভি।

অভিনেতাশিংগী মসুংদা থুনা কী হোংদোক হোংজিন তৌবগী অভ্যাস অমদি কৌশল খংজিনবদি দরকারনি। মতম্ম পুম্নমক্তা নাটক্কী অভিনেতা খুদিংমক্কী মসি দরকার ওইদ্রবস্থু কনাগুম্বদদি দরকার ওইগনি, মত্থু য়ম্না হৈ-শিংবা ভাবতা থুনা হোংদোক হোংজিন তৌবা অসি অভ্যাস তৌগদবা ওই। পূংশম শম্না চায়রবদা অভিনেতাশিংনা মাগৈকে অশোমদস্থু বুপ্না অভ্যাস তৌবনা। অভিনয়গী মথন্নায় শাপ্পদা মতেং পাংই।

---

# অভিনয়গী মখল অমসুং ভাবশিংগী মওং।

অভিনয়গী মরমদা ম্রাকম খন্নদং হায়জরে, হৌজিক অমুক ভাব-প্রসঙ্গগী মরমদা আলোচনা খন্নদং তৌজগে। নাটকনচিংবগী লাইরিক্তা পীরিবা নায়ক নায়িকা অমদি অতৈ মখলগী মুপা মুপীগী চরিত্রশিং ইথুনা লৈরিবা অতুগী ভূমিকাদা কুমথুনা শেম শাথুনা রঙ্গমঞ্চ অমদি আসরদা মতুগী হাব-ভাব অমদি লোল, চরিত্রশিং অথুনা তৌরিবা থবকশিং অতুব ফোংদোক্লগনি মতুগী মখিং অভিনয় কৌই। অতুগা অমুকস্থু অস্থুম্নস্থু হায়বা য়াই,

ইরিবা নটকী রারী অদুগী লোল-সুং অদু অভ্যাস তৌদুনা কীজেৎ লৈতেং তৌদুনা make-up নচিংবা তৌরগা রসনচিংবত্ত ফোং-দোকই, মদুগী অরাইবা অর্থনা অভিনয় হায়রিবসিনি। অভিধানগী মতত। অভিনয়গী অর্থদি; শেম শাবা, মতৌ মওং মান্না তম্বা; তুম্মবেশ, লৈতেংবা অসিনচিংবনি। অমর কোষনা হায়রি,— চোংবা খোৎপা, হকচাংগী শাথেক, অরা-অনাগী, হরাওবগী, ভাব উৎপন্নী মতৌনচিংবা উৎপনা সুংগী ভাব ফোংদোকপা, অসিগুম্বা শেংলকা থবকশিং অসি উৎপবু অশেংবা অভিনয় হায়। ভাবরসপু ফোং-দোকনা অভিনয় তৌবা হায়বসি খোইনা তরাই তরাইবা থবক্তি নত্তে, অ'সগুম্বা শক্তি অসি তানশিন্নবা ঐখোয়না কন্না হোৎনব্বা তারনি. ভাবরসকা লোইনবা অভিনয় অসি মখল মরি থোকই। মদুদি আঙ্গিক, বাচিক, আহার্য্য অমদি সাত্ত্বিক। * সাত্বিক অভিনয়দি অসুকী মতিক ভাবপূর্ণ ওইগ্রে অমসুং অসুকী মতিক ভাব ধারা ওইগ্রে মদুদি মদু ফোংদোক্রবগীদমক অমুক মথল নিপান থোক্লা সাত্বিক অভিনয়দা শাইগ্রে, মদুদি,— স্তম্ভ, স্বেদ, রোমাঞ্চ, স্বরভঙ্গ, বেপথু, বৈবর্ণ্য, অশ্রু অমদি প্রলয়।

আঙ্গিক অভিনয় :— য়াম্না নিংথিনা হৈরবা অভিনেতা ওইরবদদা অঙ্গিক অভিনয়দা চংখোম্না উৎপা তম্মী। আঙ্গিক

* "ভবেদভিনয়োহবস্থানুকারঃ স চতুর্ব্বিধঃ।
আঙ্গিকো বাচিকশ্চৈর্ব মাহার্য্যঃ সাত্বিকস্তথা।"
(সাহিত্য দর্পণ)

অভিনয় করিবু কৌবগে হায়রবদি— অভিনয়গী মওমদা হকচাংগা মরি লৈননা মশাগী শাথেক অমদি মখুৎ মশা হাই হুমদুনা ভাব-শিং অদুবু ফোংদোকইবা, রা ঙাংদনা পীগুমগী মওং অমদি মশানা ইঙ্গিত ফোংদোকইবা ভাব, অভিনয় অদুদা রা ঙাংবগী মহুৎতা হকচাংগী শাওং শাথেক্লা হেন্না মমল লৈহনবা, হাব-ভাবকী হৈ-শিংবনা অভিনয় অদুগী ফজবা হেনগৎহনবা, অদুবু আঙ্গিক অভিনয় হায়না কৌই। কনাবু তাম্বোকপা কনাবু মুনখিদুনা মখুৎ হুৎতুনা কৌবা, কনাবু হাল্লোক্লবা ঈঙ্গিত তৌবা, খাংঙমদ্রবা অনাবগী চৈনানা খাংঙমদনা লম্বীদা চৎপা, খুদোনবী খিনবা, মথৌনা উৎতুনা মপাম্বোম তিংবা, মমিৎ কুপ্ত না হৈ-শিংবা উৎপা অসিনচিংবা অঙ্গ প্রত্যঙ্গগী লেং-ওৎপনা, তৌরিবা অভিনয় পুম্নমক অদুবু আঙ্গিক অভিনয় হায়না কৌই। য়াম্না অভ্যাস তৌবা অমসুং হেন্না খংজিনবা নত্তনদি অসিগুম্বা আঙ্গিক অভিনয় অসিদা মতিক চাবা উত্তুনা মিংচৎ তানবা ঙমদে। শাথেকী মতৌশিংদো চপ চাবা nature তাবা ঙমদনা আঙ্গিক অভিনয় তৌরগা ভাবুকশিংদা অপেনবা পীবা ঙমদে. মতুনা থোইনতুম থোইদৌ শাওগৎপতুম হেল্লি। অচৌবা অপাকপা মিংশেল অমদা আঙ্গিক অভিনয় তৌননবা শাওং শাথেক অভ্যাস তৌগদবা ওই।

**বাচিক অভিনয় :—** বাচিক অভিনয় হায়বদি নাটরুচিং-বগী ভাব অদুবু রা ঙাংবনা মরম ওইদুনা অভিনয় অদুগী পরিচয় পীবা অদুবুনি বাচিক অভিনয় হায়রিবা। সাধারণগী মীশিংনা

লম্বীদা লমঙ্গাওদা বা ঙাংবদা, য়ুমদা মমা মপা মচিন মৌপা, শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাংগা লোইনবগী ভাবতা ৱারী শাবা, অমগা অমগগী মৱক্তা স্বাভাবিক ওইবা ৱাঙাংশিং ঙাংনবা, হাব-ভাবযুক্ত ওইবা অময়ুং রস চেনবা অদুগুম্বা ৱাশিংনা ফোংদোকইবা অভিনয় অদুবু বাচিক অভিনয় কোই। নাটকী মপুং ফানবা শরুকশিংদি বাচিক অভিনয়নি। রসজ্ঞ অভিনেতা নত্রবা, অদুগা সংসারগী মীওই কয়াগী চরিত্রগী মরিদা য়াম্না নিংথিনা খংত্রবা, নাট্য শাস্ত্রগী রস মাপনগী রীতি মতম্ নিংথিনা দখল তৌত্রবা; অদু ওইরবদি বাচিক অভিনেতা ওইবদা নিংথিজবা ঙমদে। বাচিক অভিনেতা ওইরবদি কণ্ঠস্বর নিংথিনা তৈয়ারী তৌবা তাই, কম্মা স্বর থাদোক্নবা ঙাংলবসু গলাগী, অদুম্মক নিংথিনা কজনা লৈননবা স্বর সাধনা তৌবা দরকারনি। ৱাহৈ নিংথিজনা মপুং ফাহনবনা অদুগুম্বা অভিনয় অদুগী পরিচয়নি, বাচিক অভিনয় হৈরবা হায়রবদি, মহাক অদুদা অম্মুম্বা প্রচার অমা তৌবা পাম্মী মহুদি স্বর সাধনাদনা মহাক্না বাচিক অভিনয়গী হৈ-শিংলবনি, হায়না ভাক্নদবনি অদুগা লোইননা মাগী নিংলিবদো বিকাশ তৌবা ঙমগদবনি। স্বর সাধনা অদো ঠিক ওইদ্রবদি বাচিক অভিনয়গী মপুং ফাবা ঙমগনি হায়বসি চিংনবা পোকই; শুরুগী স্বর সাধনা তৌবদনসু ওইদ্রি, মহু বিকাশ তৌরবরা তৌদ্রিবরা হায়বসি মুন্না পরীক্ষা তৌদুনা য়েংবতাই। খনাওদা স্বর ফাজিন্নগা নোকপদা খংনোক নোকথোকপদা খোম্থোক্কী মতৌ অদু ঠিক ওইবরা,

য়াম্না শাওনা ভাংথোরকপদা থনাওগী স্বর অতু করম্বা অবস্থাদা লৈবা, অশোক অপনগী চৈনাখোনগী লোইনবা য়া-ভাংদা খোম্থোক অদুদা কয়া য়াম্না চৈফু পাল্লবা, অসিনচিংবসি অভ্যাস তৌবা লৈতনা অভিনয় তৌরুরবদি নোকনবগী মশক্তা মওইগনি, শাও-দোরকপদা ফাগিদা তাই, অরা অনাগী চৈনাখোল উৎপদা অভাং মচা তাদুনা তোকই। বাচিক অভিনয়গী খোম্থোকতা রস মাপনগী জ্ঞানবু ফংনগদবনি। রস মাপনগী পরিচয়দি মতুংদা নৈনজরককে।

**আহর্য্য অভিনয়ঃ—** আহর্য্য অভিনয়সু অভিনেতা খুদিং-মক্তা য়াম্না চাওবা দায়িত্ব লৈরিবনি। আহার্য্য অভিনয় কদাইবু কৌবগে হায়রবদি, নাটকচিংবগী মতুংদা দরকার ওইরিবা পোৎ পুম্নমকপু, পাইবা নত্রগা লোইনতুনা অভিনয় তৌবা অদুবু আহর্য্য অভিনয় হায়না কৌই। অভিনেতা শিংনা পোষাক শেৎলবা তুংদা মশাদা আহর্য্য অভিনয় তৌবদা দরকার ওইবা পোৎশিং য়ানশিল্লি, হাপচিল্লি, পাইবনচিংবা তৌই। সাড়ী, কনেক, ফৈজোম পাজমা, খোংউপ, বোই, খদাংকোক্ত, শম, শঙ্খ, চক্র, গদা, তা, থাংশাং লীরুং, পিস্তল, নোংমৈ, চৈশু অসিনচিংবা ড্রেসিংরুমদা লৈরিবা পুম্নমক আহর্য্য অভিনয়গীদমক থৌরাং তৌদুনা থমলিবনি। অভিনেতা অমদি অভিনেত্রীশিংনা দরকারগী মতুং ইন্না পুম্নমক অসি অভিনয়গী মতমদা শিজিন্নৈ, মতম অদুদা মহাক্কুবু আহর্য্য অভিনয় কৌই। অভিনেতাশিংনা দরকার লৈবা পোৎপু মশাদা

য়ানশিনবা নত্রগা পাইতুনা রঙ্গমঞ্চ অমদি আসয়দা চংবা কাও-য়বদি। অভিনয় অদুগী অঙ্গহানি ওইগনি হায়বসি তত্তুনা নিংশিং-জুনা লৈবিগদবনি। হায়রিবসিগী মতেং পাংবিনবা ড্রেস ম্যানেজর, painter নচিংবা লৈদি লৈ হায়ববু, মখোয়দদা নন্দুনা লৈগদবদি নত্তে।

ইং শোক ১৯৪৮ অদুরাইদনি, ইশানকনা মসিগী খুদোং থিবা থেংনজখিবা, মতমদু ঐহাক খুন্দ্রাকপম village দা S. S. M. E. school গী Asstt. teacher অমা ওইনা লৈজ-রিবৈদা, স্বরসতী পূজাগী উপলক্ষদা "দেবলা দেবী" Play উৎলি। ইশানকনা আলাউদ্দীনগী ভূমিকাদা কুমজে। কমলাগী ভূমিকাদা কুমলিবীনা লমদম অদুদগীনি, মহাক অদু অদুকহাক্লা নাট্যজ্ঞান লৈবীদি নত্তে ; "খিজির খাগী মাংননবা শিনবী মহারাজ করুণ সিংহগী সহধর্ম্মীনি, মপুরোইবনা আত্মা ঘাতী অমা ওইনা থরাই থাগ্রবদা, সাম্রাট আলাউদ্দীনগীদা লোনম তৌতুনা লৈরি-বীনি, রানী কমলা।" ভূমিকা অসিদা কুমলিবী অভিনেত্রীনা মাগী আহর্য্য অভিনয়দা চিঠি চে অমা পুতুনা চংলকপা কাওরম্রে, মশানসু অদুক হাক্লা অভিনয়গী হাব-ভাব থংজদবীগা ওইবনে, মখুত্তা চিঠি চে পাইরকই, পাইরক্তে থংদনা "জহাঁপনা চে অসিদা সহি তৌবিয়ু" হায়গদৌরে, মতুমক হায়দোরকলবদি, য়া লাওনা নোকপগা লোইননা লীলাগী অঙ্গহানী ওইগ্রবা! অদুগা চে অসিদা সহি তৌদবা থোকলে, লীলা অদুগী মতুংগী plot

অদুদি পুমকাই কাইগদৌরি। মতুংগী রাখনদা ঐ ঙাওরে, অসুম খল্লুরগা অভিনেত্রী অদুদদি থোইনা অমুক শাওরুদরে। ম্যানেজ-মেন্ট তৌবিরিবা কাংবুদা রাক্লৌরে, মরমদি মহাক অসি অভি-নয়গী জ্ঞান পুংসু শুক্রিবীনি হায়রসি মখোয়সু মথংরিবা ঙাক্কনি। মেনখৎনবা উপায় খল্লে, "কমলা নং ঙহাক্তা ঙাইরমখো, থংনবা কা অসিদা নংগী চে অমা লৈথোরবদো ঐ লৌবিরুগে, ঐ মতুদা পা-খোৎপা করিমত্তা তৌরকল্লোই, নঙোন্দা অদুম্মক পীগে," অসুন্না ঐনা মমুংদা চংলগা চেজেং অমা লৌরুরগা কমলাগী ভূমিকাদা কুমলিরী অদুদা পীদুনা অদুগুম্বা আহর্য্য অভিনয় অদুবু মপুং ফাহল্লি।

মরম অসিনা আহর্ষ্য অভিনয়দা থৌশাদবদি তশেংনা অভিনয়গী অঙ্গহীন ওইহনবদা নত্তনা দর্শকশিংগী মখোই থিরক্লবা ওইহল্লি। য়ামনা মূর্খতা ওইরনি হায়না মশাবু মশানা তাকচ-নিংঙাই ওইরা মতৌন্নি। মরম অসিনা অভিনেতা অদুনা মশাগী দায়িত্ব মশক খংদবা, মহাক অদুদি অভিনেতা নত্তে। রঙ্গালয়বু হিংহনবা অভিনয়গী সরঞ্জামশিংদমক অভিনেতাগী দায়িত্ব ( Actors' responsibility for his own requirements during the play ) অভিনয়গী মতমদা অভিনেতাশিংগী মা-মাগী দরকার লৈবা মপোৎ মচৈশিংগী মশামক্তা দায়িত্বনি, অতৈগী নত্তে। ইথৌ থোওইদনা কমদুনা লৈথোকক্লবদি, মতম চানা মশাগী দরকার ওইরা পোৎশিং অদু কংদদুনা অভিনয়গী মশক থিরক্লবা

ওইগনি। তশেংনা হায়রবদি আহর্য্য (লীলাদা য়াওবা পোৎচৈ ফিরোল্লচিংবা) লায়বসি অভিনয়দদি ওন্থোকনা মরু ওইপ্রবা পোৎনি। মরমদি—রাম, বশিষ্ঠ - রাবণ, অমদি মন্ত্রি চুৎ-নচিংবা পৌরাণিক শ্রেণী পাত্রশিং সীতা, কৌশল্যা মন্থরা নচিংবী পাত্রীশিং শুন্না মানা মনা শেৎলি-চারিনা ফিজেৎ লৈতেংশিং অমদি মথৎতা পাইফম থাকপা—থাং, তা গদা, লৈ, লৈগী পোলা নচিংবা অতৈগী মতেংনা মা-মানা কুমলিবা ভূমিকা অদুগী তৌফম থোকপশিং পাংথোকলিবনি নত্রবদি শঙাফম থোকতে।

আহর্য্য হায়বসিদা চুম্না মফি মরোল খুৎজু-খুৎলাইগী রাদসু নত্তে, মশাগী পেন্ট তৌবা অদুসু আহর্য্য অভিনয়গী মসুং চল্লি কুমলি-কুমলিবা ভূমিকাগী মতুং ইন্না শক শেম্বা অদুবু পেন্ট তৌবা হায়না কৌই। হায়রিবা পেন্ট তৌবা অসিসিদমক অহৈবা Painter অমা দরকার লৈই. কনাগুম্বা অভিনেতা অমনা হৌনবী মতুং ইন্না তৌফম থোকপা পেন্টনচিংবা তৌদবদা উৎলিবা নাটক্কী ফজবা রাংশি, তশেংবদি য়েংবা ইয়া য়াদবা হায়বদুমক ওইগনি।

রামগী কর্লিং অমুবা, দশরথকী অঙৌবা কর্লিং অসুম্না মুনি-ঋষিবিশিংগী হাপফম থোকপা কর্লিং হাপ্পা তারকই, অওইবমক—মাগী মাগী কুমলিবা ভূমিকাগী জুৎ চাবা য়েংদুনা ফিজেৎ লৈতেংবা তৌদ্রবদি লীলাদা অঙহানি ওই।

সুক্রমক্তবু ব্যাসদেব শাবিবদুনা মথমাংগী মকোক হাপত্রবা, নারদ শাবনা দুর্য্যোধন শাবগী পোশাক শেৎলকপা, ভীম শাবনা পিত্তল পাটদুনা চংলকলবা রাম – কৃষ্ণনা নোংমৈ পাইদুনা চংলক্লগা কংশ হাৎলরবা, অসুম ভৌরবদবু কদাইদগী অভিনয়গী মাধুর্য্য লাকবা।

অদুগা লীলাদা অসুম্ব আহর্য্যগী মতাংদা তম্নাং অশোয়বা অমদি মথোং চাদবনা দর্শকশিংদা মিৎ নাকলি, মদুনা কলাগী জগৎতা মশক থিহল্লি। কৃষ্ণ শাবনা কোট হাপ্লদা দর্শকশিংদা থম্মোই শোকনা খুংঙাইতবা পোকখিবগী রাকম নৈ—মদুদি ঐনা ইজবা "কংনৈ অচৌপানবা" হায়বা লীলাদা কৃষ্ণ মকোই হাপ্তুনা ষ্টেজদা কুমখি,—লীলা শাম্নবনা খুড়াইরোমগী ড্রামা পার্টিনি, ড্রামা ফেষ্টিভেল, মণিপুর সরকারনা শিন্নাংদুনা ভৌখিবা অদুদা শাম্নবনি।

অসুম্না শোয়খিবদগী হায়গত্রা, য়াওইদবদগীনিবু হায়গত্রা আহর্য্যগী মতাংদা চেকশিন্নবনা ইভৎ-ভৎতনা লীলঃ উৎপদা চোম্না নংবা হায়বসিদি নৈপাক্তা থুম্না থারগা রাকমনি। অসি মত্তবা লীলা কীজেৎকমদা মরাং মরাং ভৌবদগী মথা মথানা লীলা থোকপদা চংগদবা থাং, টা, ছুরি য়াওত্রগা লীলা উৎপদা ভৌকম থংঙকবা।

ওইগনি, ভাবুকী মীনোকী থুবাক মখোন্দা মমাই হাইগৎপা ওমদনা ইকাইবা ফংগনি। মমাংঙৈদা "নব্যনাট্য মন্দির" কৌবা রঙ্গমন্দির অমা শিংজমৈ বাজার মনাক্তা লৈরম্মী। শ্রীযুক্ত হরাইবম নীলমনি সিংহ রূপমহলগী বিখ্যাত অভিনেতনা লেংবা "বসন্তবিমলা" play দা সুরেন্ডাক্তরবু কাবা লাকপদা ডারুগা বাবু শাবনা পিস্তল কাপ্পদা নোংমৈ মরুগী হিদাক হাপ্পা কাওরক্তুনা কাপ্পা রাজ্রবদা অভিনেতা ঙজুনা থকৎখিত্তুনা ম'চম্মা "থং" হায়না লাওরক্তুনা ভাবুকনা অঙকপা থুবাক থুডুনা নোকনবনা Hall অদু পুমনিন নিনখি।

মরম অ'সনা Actur থুদিংমকনা আহর্য্য অভিনয়গী মরমদা য়াম্না চ্যেকশিনবিগদবা ওই, নত্রবদি অভিনয়দা অঙ্গহীন ওইগনি।

**সাত্বিক অভিনয়।** সাত্বিক অভিনয় কদাইবু কৌবা? মতুদি থম্মোয়সুংদা থল্লিবা পুক্লিংগী ভাব পুন্নমকপু ফোংদোকপনি, অসিগুম্বা ভাবনা মরু ওইনা মতেং লৌডুনা উৎলিবা অভিনয় অদুবু সাত্বিক কৌই। থম্মোইসুংদা কয়া য়াম্বা ভাবধারাগী ঈচেন অদো চেল্লবা? মদু অভিনয়দা মতৌ করম্না বিকাশ তৌগদগে হায়বদো নিংথিনা তমগদবা ওই। পুক্লিংদা নুংঙাইতবা, অরাবা, নুংঙাইবা কাওরগা য়শানা মদু পুন্নমক মতম পুন্নমক্তা থংবা ওম্মী। সংসারিকপু ওল্লকপগী মতুং ইন্না মীওইবগী স্বাভাবিকী অবস্থাদা থংলকলিবা অদু মহৌশানা রারী রাতাই শা-নত্তুনা ফোংদোক্লে। তৌইগুম্বসুং অভিনেতাশিংনা মপুক্লিংদদি

ইনুং মুংঙাইনা, অভিনয় উৎপা অছুম মচংঙি, অছুম ওইনমক মতম অছুদা মহাক্না অরাবা অমা উৎননবগী অভিনয় তৌবা তারে, মপুক্লিংদা হরাওজরবসু মাগী পুক্লিংদা মদু লোৎশিন্দুনা থম্লগা অরাবগী অভিনয়দু অদুম্মক মউৎলি, দর্শকশিংনা অসিগুম্বা মহাক্কী অরাবগী অভিনয়বু উবদা অচুম্বা ওইরবোই নিংদুনা মিৎলুদগী পি শিন্থৈজে। খোম্থোক, মাইথোংগী মওং অমদি মখুৎ-মশাগী তৌথোরকপা থবকশিং অদুগা লোইননা অসিগুম্বা ভাবশিং অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না সাধনা তৌরবা অভিনেতাদনা নিংথিনা পাংথোকপা ঙম্মী। থম্মোইনুংগী ভাবপু প্রকাশ তৌবা মতমদা, অসিগুম্বা সাত্বিক অভিনয় তৌবদা মথবাক, মমাই, মচিনবান অদু গরম কাহনা মমাই মমিৎ ইঙাং ঙাংখৎলি। অদুক্কী মতিক পুক্লিংদা পাম্লগা, অভিনয়দসু অদুক্কী মতিক নিংথিজনা উৎলিবা শাথেক-শারুল অমদি খুৎ শাহ Nature ভাবা ঙম্মী। যোগ সাধনা নিংথিনা হৈরবা মীনা মশা মসো থেকনিংবা, ওইনিংবা মওংদা ইলাট লাইনা তৌবা ঙম্-ঙম্না সিদ্ধ অভিনেতাশিংনা এমমক্কদা আসরদা সাত্বিক অভিনয় তৌই; মতম অদুদা মহাক্কী তৌজরকপা সাধনানা, মশা পুম্নমক অদু ঈ-শাগৎহন্নুনা গরম কাবা ঙম্মী, মপি অম অম শিম্ব্রা ঙম্মী। মক্ক অমুদি আসরগী Dressing Room দা চংশিল্লক্লগা কাওবদা ঈ অদু পাক নেমথরা ঙম্মে, মতম থরুদং চংঙি। অদুংবা অভিনয়গী সাধনাদি যোগ সাধনাগা খেন্নদে হায়রবসি মতম পুম্নমক্কা কাওরোদ্রবনি। সাত্বিক অভিনয়দু নিংথিনা

হৈরবা, অমদি ভাবরসকী জ্ঞান লৈরবা, মপুক্লিং চংবা অসিগুম্বা সা'ত্বক অভিনয়বু উৎপা ঙম্লবা, বিষয় প্রসঙ্গকী অভিনেতা ওইবদা লাইনা থোকনি।

অদুগা অরুবা অমনা হান্নানা কোমিকী পর্টতুদা বুম্নুরবা হায়বদি হস্যংসতদা চংশিল্লুরবদি মহাক্না সাত্বিক অভিনয় মপুং ফানা উৎপদা সুবিধা ফংবদা য়াই। সাত্বিক অভিনয়গী দায়িত্ব খংলবা অভিনেতানা য়াম্না চেকশিনবা অমসুং নিংথিনা হোৎ-নরগতদা অভিনয় তৌবা ঙম্বনি। রঙ্গমঞ্চ অমদি আসরদা অয়াম্বা অভিনেতানা অভিনয় তৌবা মতমদা মহৈ মহৈ নাতৈ ইচা চাদনা মরি ইলৈ লৈনদনা খজে কথা তৌদুনা মতম মাংহনবা উই। অসিগুম্বা অভ্যা'স অসি অকবা নত্তে অমসুং অসিগুম্বা মরালগী মহৈনা অভিনেতাদুগী মপুক্লিং অদু Change তৌদুনা অভিনয় অদুদা অকাইবা পি। সাত্বিক অভিনয়গী মসুংদা করি-গুম্বা চালাকী অমদি করিগুম্বা ফৈরেংনবা য়াকম অমা তৌবদি ফত্তবনি। মপুক্লিংদা ক্লেপ কংননবনি থম্না থম্না সাত্বিক অভিনয় তৌবনসু মহাক্না ভাবুকতগী ক্লেপাপিং অদু কংবা ঙম্বা নত্তে, মতুনা হেন্ন-হেন্নদুম মাগী অপাম্বদো লাপথোকখি, সাত্বিক অভিনয়দা মতিক চানা উৎপা ঙমদ্রবদি, মতিক চাবা মনা কংবগী আশাদি লাপ্পা থম্বা তাই তম্বগী লোইবা ল্লাইবা নত্তে! হোৎনবনা মরম ওইদুনা অয়িন কল্লুগা নিংথিনা হৈবা ঙমগদবনি। সাত্বিক অভিনয়দি মীনা তৌবা উৎগা মতুং ইন্দুনা তৌবদনা ওইরোই,

অভিনয় অসিদি থম্মোইমসুংগী পোংনি। অমনা তৌথোরকপদা পকচবা অদু অমদি ফাগী তাদুনা তোকপনি; মশাগী থমুংদগী থোরকপা রাখলগী, ভাবকী; ঈছৌ অদু মাগী ওইবা য়াবা ভাবতা বিকাশ তৌগদবা ওই।

মথক্তসু পশ্চত্রে, সাত্বিক অভিনয়দি মথল নিপাল শুই হায়না, মদু কয়ি কয়িনো হায়বদুসু। মহাক্না অভিনয়বু ওমবা পায়বদি, মহাক্না সাত্বিক অভিনয়বু নিংথিনা তগত্রবদি মীনা মশক খংবিয়বা অভিনেতা অমা ওইবা ওমদে। সাত্বিক অভিনয়দা কাঁচা ওইনা লৈয়বদা নাটকী অকবা ভূমিকাদা অভিনয় তৌবা ওইথোক্তবনি। সাত্বিক অভিনয়দি থম্মোইমসুংগী অভিনয়নি। অসিগুম্বা থম্মোইদা অতোপ্পা ভাব অমনা থুক্কাৎতুনা লৈয়বা, নত্রগা মুংঙাইতবা অমনা চাক্তুনা লৈয়বদি অভিনয় অদুগী ভাব ধারা অদু থম্মোইমসুংদা মফম ফংদে, অভিনয়গী মতমদা নিংথিজনা বিকাশ তৌবা ওমদে। মরম অসিনা অভিনয়গী মুশিংতা থম্মোই শোকপা করিগুম্বা থোথোক অমা থোক্তুনা মদুগী মমি অদুনা ভাহল্লগা অভিনয় তৌদনবা কমা হোৎনবসু দয়কায়নি। সাত্বিক অভিনয়দা মানসিককী থবকনা প্রকাশ তৌননবগী মতম মথল নিপানগী অভিনয় লৈয়িবদু মথাদা মথং মথং পিয়কলি।

**তত্ত্ব অভিনয়।** চপ লেপ্তুনা শুকলেং লেংদবা ভাবতা য়েংত্তুনা লৈবা, রা-লান করিমত্তা ওাংদনা তুমিন্না লৈবা ভাবতা লৈবা, ইখং খংহোদনা অওকপা য়াকম অমা তাবগা লোইননা

সুংবংবা ভাব অমনা মুখীগুম চপ লেপ্লা, রজমখদা অমদি আসরদা অসিগুম্বা ভাবকী অভিনয়বু "স্তম্ভ" অভিনয় হায়না কৌই। অমুম্বা; অভিনেতা অমুনা হরাও হরাওনা কবিগুম্বা মহাক্কী অনিংবা থবক অমা পাংথোকনবগী চৎপদা ইথং থংহৌদনা কনাগুম্বা অমনা পাও অমা পুডুনা লাকই, লীম্না চিক্লুনা শিবগী, মুমথক্কগী তাদুনা শিবগী, মসিদা অভিনেতা অমুনা চপ লেপ্লুনা "স্তম্ভ" অভিনয় তৌনবা তাপ্পা কংভি। থংহৌদনা অসিগুম্বা ভাব লাক্লুনা "স্তম্ভ" অভিনয় তৌবা অসি য়াম্না লুবা থবকনি। মসিগী ভাব অসি তানশিল্লবগী হোৎনবা দরকারনি। শাওনিংলম্বদগী হরাওবদা চপ লেপ্পী, চয়াওরম্বদগী অকিবদসু চপ লেপ্পী৹ নোকপা৹ কপ্পা অসিনাচংবা রস অমদগী অতোপ্পা বিরোধী রস অমদা হেক ওনবদা চপ লেপ্লুনা "স্তম্ভ" অভিনয়গী মতেং লৌই। ভাব-রস অমদা অভিনয় তৌনা তৌনা থংহৌদনা অতোপ্পা ভাবধারনা শমনা অভিনেতা অমুদা হেক য়ৈবদা স্তম্ভ অভিনয়গী শক্তিনা মমাই মমিত্তা থম্মোই-সুংগী অমুগুম্বা ভাব অমু হোৎনবা দরকারনি। অভিনেতাগী হায়না পারিচয় পিনিংলবদি স্তম্ভ অভিনয়সু Success ওইনবা হোৎনবা তাই।

স্বেদ অভিনয়। স্বেদ অভিনয় কদাইবু কৌবগে, অহানবদা স্বেদ হায়বা সংস্কৃত শব্দ অসিগী অর্থদি 'ঙমাং' হায়বনি। নাটকী থবরুচিংবা নোংদা অভিনেতাশিংনা ঙমাং থোকপগুম্বা, অভিনয়দা মতুগী ভাবতা, শাথেক শাওংগী হৈশিংবনা দর্শকশিংদা থংহনবা অমুসু স্বেদ অভিনয় কৌই! ওনাং থাদা শামনবনা অভিনেতাশিংনা

মহৌশানা হুমাং শোই, মতুদা স্বেদ অভিনয় তৌবদা খুদোং চাই; তৌইগুম্বসু নিংথম থাদা হুমাং মরিক অমতা থোকউ মাদবা মতম অদুদা স্বেদ অভিনয় উৎপদি অভিনয়গী চিংকম লৈনিং-ঙাইনি ! কনা কনাগুম্বা অভিনেতানা নিংথম থাদকাও অভিনয় তৌবদা হুমাং তাই। স্বেদ অভিনয় উৎপা তারবদি অভিনেতা-শিংগী হৈ-শিংবা মাগী শাথেক শাওনা চারবা ওইরবাই নিংনা উৎরবা অভ্যাস তৌবা তাবনি। তশেংনা হুমাং থোকহনবা ঙমত্রবকাও, ঈশিং মরিক মরিকনা মশাদা চাইশিনবুনা মশাগী কীজিনা হুমাং তৈথোকপগী মতৌ উৎপা তাই; রুমাল অমনা লুথম মুংথমগী; ওকশম, খুদাংগী ফুরিৎ তাথৎতুনা হুমাং তৈ-থোকপগী মতৌ উৎপরভিংবনা দর্শকশিংদা হুমাং শোবগী মতৌ উহননবা হোৎনবতাই। নাটকী রাকম অমদি ভাবকী মতোংগা লোইননা স্বেদ অভিনয়গী থবকশিং অদু চুশিন্নরিবমখৈ ফজবা হেনগনি; দর্শকশিংনসু শিল্পীগী শিল্পগী হৈ-শিংবা অদু উরগা অপেনবা ওইগনি।

রোমাঞ্চ অভিনয়। অম্রিগুম্বা রোমাঞ্চ অভিনয় তৌবা মতমদা থম্মোইমুংদা অকনবা ভাবকী ঈহৌ অমা লৈহনবা তাই, নাটক লেংলমলিবা অদুগী হরাওবা, অকীবা, অঙকপা ভাব অসি নাটিংবা অভিনয় তৌবা মতমদা, অদ্ভুত ভাব পোক্নুনা মচু চুম্নুনা অভিনেতা অদুনা উৎলিবা অভিনয় অদুবু রোমাঞ্চ অভিনয় (মুকচুংবা) কৌই। পুক্নিং হকচাং লৈতাবা মতমদা হরাওবা লাকই; পুক্নিং তথক তথকপদা অকীবা যাওই; থম্মোইনা

লেপ্লবদা ভক্তি লাকই ; মাগী য়াংবী য়াতাই শাবদা অমদি ওইরিবা মওং মতৌদা তু চুংডি। প্রকৃত ভাবকী ভাবুক ওইবা অভিনেতা-শিংনা পল্লাই হকচাং য়াওনা পুম্নমক অসিবু দর্শকশিংগী মমাংদা উৎতুনা তংশংবা সাত্বিক অভিনয়গী পরিচয়বু পিদুনা, মপানগী শাওং শাথেকনা অভিনয় তৌবক্তবু রোমাঞ্চ অভিনয় কৌই। সাত্বিক অভিনয়না শেল্লকপা রোমাঞ্চ অভিনয়সি Stander লৈবা অভিনেতা ওইদ্রবদি অভিনয় তৌবদা ওইথোকতে। ভাবকী ঈহুন্না অভিনেতাশিংগী শ্যদা য়াওরবদি, মতুমক দর্শকশিংগী মশাদস্মু ফাওই। হয়াওবা, অকীবা, অমদি অয়া-অনংব-নচিংবশিংদু অভিনেতাশিংনা অদুকী মতিক Nature ফানা উৎপা ওমলিবা অদুকী মতিক দর্শকশিংনস্মু থুংডাইবা, অকীবা, অরা অনাগী ঈহুল মফাওগনি। মতম পুম্বদা য়াকম অসিগী লক্ষ্যদা অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা পুক্লিং চংগনি।

**স্বরভঙ্গ নত্রগা বৈস্বর্য্য অভিনয়।** অভিনয় অসি হৌজিক ফাওবদা ওম্ভোকনা লূনা থোকলি, অসিগুম্বা অসিগী শক্তিদি থম্মোইনুংদগী থোরকপা। য়াহৈ কয়াগা লোইননা অভিনেতাশিংগী খোম্ভোকপু মশক ওম্ভোকপা ভাবনা শেম্বনি। কণ্ঠস্বরগী অসিগুম্বা মশক ওম্ভোকপা ভাব অসি শেম্বদা স্বর মওং কাইবা ভাব ওইহনবা অদুবু বৈশর্য্য নত্রগা স্বরভঙ্গ অভিনয় কৌই। ভক্তিগী অকনবা ঈহৌ নত্রগা য়ায়া হেন্না অরাবগী ঈথকাবগী য়াওাং ওাংবদা অসিগুম্বা স্বরভঙ্গ (খোনফম কাইবা) খোনফম অসি তাবা ঙংথি, হায়বদি হিক-হিক লাওনা থুংঙাইডবা ভাবকী

রাকম ভাংবদা খরগী ঈহৌ লাক্লুনা নিংথিনা রা ভাংনবগী হোৎনবদা চিন্দা হায়গুমদবা মতৌ লাকপা, মসিদা খোনকম কাইবগী মতৌ উৎপা অমস্তুং অভিনয়গী মতমদা ভক্তি ভাব নত্রগা অরাবগী ঈথক হৌবনা মরম ওইবা, মতৌ অদু উৎনবা অভিনেতাগী স্বর অদু কাইবা মতৌবু কোংদোকই; মক্তু স্বরভঙ্গ নত্রগা বৈম্বর্য্য অভিনয় কৌই। থম্মোইস্তুংদা কপ্লুনা খোনকম কাইনা অদুগুম্বা অভিনতা অদুনা তশেংবা মতৌদা অরাবা অমদি ভক্তিগী মতৌবু কোংদোক্লগা দর্শকশিংগী পুক্লিংবু লাইনা জয় তৌবা ঙম্মী; মতম অদুদা সহাক্কী সাত্বিক অভিনয় অদু সিদ্ধ ওইরে, বিষয় অসিদা কবিস্তু চিংনবা লৈতে। করম্বা খরগদা রা ভাংবা মতমদা স্বরভঙ্গ ওইবা ঙমগদবা হাইবদু মথাদা মদুগী খুদম অমা পীজরি। মদুদি রাজরবী মমা অমনা মতৌমদা পোকচবা মচা অমা লৈথিল্লবদা:—

> "মালেদো ইমাদে করিবু ওইসিগে;—
> নংতবু খুমিৎ থাঙম য়েংজবা,
> নং লৈল্লবদা করম তৌহৌগদগে, কনা
> য়েংদুনা লৈহৌগনি। ইচাশা ইমা কৌবদো
> খুংশিবনিদা, ভারমোইদো মপোকসিমগী,
> নংগী অরা-লৈহুনদুনা ইমাদি কারনি
> মপোকসিমা, ইমাগী কীজিগী লম নংবু
> হুবিগল্লে মতম লাইরেবীনা।"

মথক্কী শেবা লৈথোক্ষকপগী রাহৈম্বিনা স্বরভঙ্গী মতৌদ

হায়বা ভাই! হায়বা ওয়বদি অভিনয় অমুম্মু কজরে অদুগা রসপুস্নু ফজহনবা ওয়লে। মতং অসিদা পল্লনিংবদি সাত্বিক অভিনয়দগী খোরকপা অভিনয় খুদিংমক অভিনে-তাশিংগী মকমদা শক্কবনি হায়বসি খনজুনা য়াম্না নিংথিনা ঙোৎগনি।

**বেপথু অভিনয়।** সাত্বিক অভিনয়গী মমুং চনবা বেপথু অভিনয়দি খোইদাকনা শক্কবা অভিনয়নি। বেপথু শব্দগী অর্থনা নিকপা হায়বনি। মীওইগী মহোশাগী ওইবা মতৌদা হেন্না কীবা নত্রগা হেন্না নুংঙাইবগী অমুরাগনা খুত্তম চল্লবা মতমদা মশা অদো নিকপা অদুগুম্না, অভিনয়গী মতমদা রঙ্গমঞ্চ নত্রগা আসরদা অশাওবা অমদি অকীবা অমদি নুংশি-নুংওনগী অভিনয় উৎপদা মশাত্নু নিক্কুনা দর্শকশিংগী মমাংদা লেপ্পী, অসুম্না ফোংদোকলিবা, নিকলিবা মতৌ অদুবু বেপথু অভিনয় কৌই। য়াম্না নিংথিনা খল্লদবা অভিনেতানা বেপথু অভিনয় উৎপদা মিংচৎ ফংবা ওয়দে। য়াম্না নুংঙাইরকপা মতমদা খুবাক খুত্তনা. কনাগী মঙকশমদা কোন্নুনা মশাদা ইন্দুনা লোক্কুনা ঙাথু-থেংথুবা, অমদি মমাংদা লৈরম্বা কনাগী মনজন্দা খুবাকনা থাবা অসিনচিংবা নুংঙাইবগী ঈথক কাবা মতৌ উৎপা, মতম অদুদা মথক্ল অমগী মশা নিক্লকপা অদুবুস্নু বেপথু অভিনয় কৌই। শাওরক্লবদা মশা পুম্বা হুম্মাং কাংঙি, মতম অদুদা মী অদুগী মম্না ক্রক ক্রক চিক্কুনা মথুৎ মশা প্রোক প্রোক থেকই, খুত্তম চিংঙি, ঙংঙি অমদি য়াইয়োক্লবা মী অদুফাওবদা ঙংঙি; মথন্তগী মকোকী মশম ফাওবা য়োইজবা

হায়বা অদু হেক য়েৌই ; মরাইবক্তা খুত্নুম্না শুজৈ, উখোঁদফাও মরাইবক শুজিল্লি, অসিগুমবা থোওং কয়া তৌই। মাগা মাই-য়োক্লক্লনা ওাংন-ওাংনরুরগা শাওবা অদুক্কী মতিক হেনগৎলি, অদুক্কী মতিক নিকপা হেল্লি, অশাওবনা খুদ্মাংলিবা অসিনা, অসুম্না নিকলিবা অসিবু বেপথু অভিনয় হায়না কৌই। মতৌ অসুম্না য়াম্না কীরবসু নিকই, অপাম-মুংশি মৈওম্নরবসু নিকই ; রারবা অমদি উৎসাহ লৈত্রবসু মশা নিকই ; অসিগুম্বা অনিকপগী মতৌ অসি অভিনয়দা উৎপা অদুবু বেপথু অভিনয় কৌই। অশাওনা, অকীবা অমদি মুংওাইবা, অনুরাগ (অপাম-মুংশি মৈওম্নবা) অসিনচিংবা লৈরবদা হকচাংদা অনিকপা অমা পোক্লকইবা পুম্নমক অসিবু পুক্লিং চংনা তম্বা দরকারনি। হায়রিবা নিকপগী ভাবনচিংবা অসি হকচাংদা করম্বা মওংদা পুথোক্লগা ফজবা হেনগদগে, মতৌ মানগদগে, মসিগী মতৌশিং অসি হম্না হম্না অভ্যাস লৈরগা নিংথিনা মহৈ য়ানগনি।

**বৈবর্ণ্য অভিনয়।** বৈবর্ণ্য অভিনয়গী অর্থদি অভিনয়গী মতমদা হকচাংগী মহৌশাগী ওইবা কুচু ওনববুনি। নিংথিনা হোৎনবা অভিনেতা নত্রবদি অসিগুম্বা অভিনয় অসি তৌবা ওইথোক্তে। বৈবর্ণ্য অভিনয় অসি নাকল অমরোগদা অসুক্কী মতিক লুবা অদুগী মতিক অতোপ্পা নাকনদা মাগী ঈ-থৌ অসি অভিনয় তৌবা মতমদা অভিনেতাগী মপাঙ্গলগী শক্তি নিংথিনা লৈবা দরক রনি য়াম্না ভাব পুম্নমক থংলবা অভিনেতাশিংদনা মসিগী অভিনয় অসি নিংথিনা উৎপা ঙম্মী। মীওইবনা হেম্না অরা-অনংগী

উন নংলবদি মশাগী কুচু মকশিল্লি, অদুগা করিগুম্বা ময়াই কাবা অমদসু কুচু ওল্লি. শাওরগা মমিৎ মমাই ওাংঙি, কীরবসু কুচু অদু তাইকেৎ তাই। তৌইগুম্বসুং হকচাংগী মহৌশাগী কুচুবু অসিগুম্না ওন্থোক্কুনা অভিনয় উৎপদা চা-নবা ওইনা উৎপা ঙমদ্রবদি, ফীজেৎ চাকশেংতা, অভিনয়গী ভাব অদুগী রাফমদা, থোদোক্কী মওং মতৌদা - মসুং বলা-কৌশলগী মতেংনা অভিনেতা-শিংনা শেমদুনা দর্শকশিংগী মমাংদা হৈরবা অভিনেতানা অভিনয় ক্ষেত্রদা তশেংবা ধটনাগী মতৌ অসি উৎতুনা কুচু তাইবা ঙম্মী। অকীবদা শাওবদা, হরাওবদা মীশিংনা কুচু ওল্লি, তৌইগুম্বসুং মাই-মিৎতা মচু তৈদুনা অভিনয়দা কুচু ওন্নবা হোৎনবদি য়াম্না অরুবনি অমসুং ওইথোক্কবনি। শেৎলি-চারিবা পোছাক্কা, অভিনয়দা, রাঙাং শাঙাংদা থোদোক্কী চেল্লিবা ঈচেন্দা অভিনেতাগী কুচু ওনহলন্নবা লাক্লগদবনি, অদুদি নত্তুনা অভিনেতা-দুগী মাই-মিৎতা মচু তৈরুবনা নিংথিরোই। বৈবর্ণ্য অভিনয়গী তাকুপ্পা মতৌবু অভিনেতাশিংনা খংননবা হোৎনবা তাই, অদু ওইরবদি ভাবক অভিনেতা ওইবগী লাইবক ফবদু তানশিনবা ঙমগনি।

অশ্রু অভিনয়। করিগুম্বা ভাব অমনা থোনা ফবা অমদি ফিংগৎপা মতমদা মিৎতগী ঈশিং তারকই, মদুবু মিৎকী পি হায়না কৌই অমসুং অভিনয়গী Stage নত্রগা আসরদা অভিনেতাগী মমিৎতগী মপি তাবা অদুবু অশ্রু অভিনয় হায়না কৌই। অসিগুম্বা পি শিন্থবা অসি য়াম্না শাওরবসু তাবা ঙম্মী নত্রগা

অৱাবদা, নুংঙাইবদা, থৌনা ফগৎপদা অমদি প্রেম ভক্তিগী ভাৱ লাকপদসু তাবা ঙম্মী। ভাবুক অভিনেতা ওইরবদি ভাৱাবেশনা লাকহৎলদুনা কৰিঙম্বা ভক্তি ৰসাত্মক অমদি বীর-ৰসাত্মকী ভূমিকাদা কুমদুনা অভিনয় তৌবা মতমদা মশাগী মমিংতগী মপি শিন্থদুনা দর্শকশিংগী মমাংদা উৎপা ঙম্মী, মদুদা দর্শকশিংনসু ভাবাবেশতা তাওজদুনা মমিৎতগী মপি শিন্থে; মতম অদুদা অভিনেতা অদুগী অভিনয়সু মহৈ য়াম্লি। প্রেম, ভক্তি, অৱাবা, নুংঙাইবা অমদি মথৌনাগী মতৌদা পি শিন্থৰিবগদি মমল য়াম্বনি অমদি কাম্বা মিৎকী পিনি। সাত্বিক অভিনয়দগী পোকপা অসিগুম্বা অশ্রু অভিনয় তৌবদা অভিনেতা অদুগী মমিৎতা পি শিন্থৰবা, মশাদা মতু চুংজরবদি, মতম অদুদা খংবা ঙমলে, মদুদি অভিনয়গী মতমদা অভিনেতা অদুগী ভাব অদু অভাব ওইরে; দর্শকশিংগী মিয়েংদা অসিগুম্বা অভিনয় অসিবু মমল য়াম্বা অভিনয়নি হায়না লৌবা ঙমদে। শন্না হায়ৰবদা অশ্রু অভিনয় তৌৰবদি অথোই অথোইবা ভাবকী অমদি ৰস-চেনবা ভূমিকাদা মিত্তগী পি দরকার ওই! ভগবদ্বিশ্বাসী অভিনেতা ওইৰবদি মিত্তা পি তাবা ঙমদে, মিত্তবু পি তাৰবদি অশ্রু অভিনয়বু মপুং ফাহনবা অভিনয়দা উৎপা ঙমদে। মসি হায় হায়দুনা কৰিগুম্বা উপায় অমনা মিত্তগী পি তাহন্নবা তৌবদি চুমদে, হায়বদি—কমলা মকুন চিংবা কাপশিন্দুনা। অভিনেতানিংনা থম্মোইনুংদা কপ্পা নত্তনা পি চিংথোক্লবদি ভাবতা ঙাওজরিবা দর্শকশিংগী মমিৎতগী মপি তাহনবগী মতিক নত্তে। ধর্ম্মবু থাজবা

অমদি থম্মোই পানবা মীশক নত্রবদি অসিগুম্বা ভূমিকাদা অভিনয় তৌবসি লুনা থোকই। সাত্বিক অভিনয়গী মওং মতৌ পুম্বা অভিনেতাশিংদা নিংথিনা খংহল্লবদি অভিনয় তৌবদা মিৎতগী পি-তা-নবগী খরদং ওইরবসু মতেং পাংবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না তৌশিন্নবা মওংদা অভিনয় উৎপা তম্বা ফত্তে। অভিনেতা অদুনা অদুকী মতিক অচম্বা থম্মোই অমদি ভগবদভক্ত ওইহ্রিবা অদুকী মতিক অভিনয়গী মনুং হুনজিনবা অথোৎপদো খংবা ঙমদে, অভিনয়গী শক্তিদুসু তানশিনবা ঙমদে। নাটকচিংবা কলাশিল্পগী ভাবতা, রসতা খংজিন্নবগী শক্তি পোকত্রবা, ভগবদভক্তি লৈত্রবা অদু ওইরবদি অভিনয়গী থবক্তসু সিদ্ধি ফংবা ঙাম্লাই।

প্রলয় অভিনয়। প্রলয় অভিনয়গী মশক মওংনা, মাংবা তাকপা অদুগা প্রলয়গী অর্থনা শিবা নত্রগা য়াম্বা। সংসারিকী অরা মুত্তাই পুম্বা খাংহুনা খাংঙমত্রবা মানসিকী চৈনানা খাংঙমত্রবা মীদুগী নিংশিংবা ঙম্বগী য়াখল মাংবা নত্রগা করিগুম্বা অকনবা চৈফু অমনা ফুদা শিবা অদুবু প্রলয় কৌই। অভিনয় ক্ষেত্রদসু মতৌ অদুগুম্না রঙ্গমঞ্চ নত্রগা আসরদা অভিনেতাশিংনা প্রলয় অভিনয় উৎলি, হায়বদি চা-ননা শিবা হেক মালহলনবা নত্রগা য়াম্বগী মতৌদু উৎলি, মদুবু প্রলয় অভিনয় কৌই। খুৎলাইগী চৈথানা থাবদা শিবগী মতৌ উৎপা অদুসু প্রলয় অভিনয় কৌই, অদুগা প্রেমভক্তিগী ভাবাবেশদা য়াম্বা অদুসু প্রলয় অভিনয় কৌই। শ্রীচৈতন্যদেব, পরমহংস অসিনচিংবগী ভূমিকাদা কুম্বদা মখোয়গী অশেংবা মতৌ অদুগুম্না য়াম্বনচিংবা অদু উৎপা

ওমজ্রবদি দর্শকশিংগী মমিৎতা অভিনয় অদুনা অপেনবা পিবা ও:ন্নাই। থোইনদুম দর্শকশিংবু শুগন্নাংপা ওমদদুনা কপকদবগী মতুৎতা নোকপতনা পূমনিন নিনগনি অগসুং মসিগা লোয়ননা অভিনয় অদুগী গুরুত্ব অদু মাংগনি, অভিনেতা অদুবুস্থ িন্দা তৌনিংঙাই ওইগনি। দর্শকশিংবু পুক্নিং চিংশিনবা ওস্বগী ক্ষমতা লৈতবা. Heart শোনবা অভিনেতাশিংনা অসিগুম্বা ভূমিকাদা কুমবদি মতিক শুকচা চাদবনি। সাত্বিক অভিনয়গী মনুংচনবা অসিগুম্বা প্রলয় অভিনয়বু অশেংবা ভাবতা উংননবগীদমক অভি- নেতাশিংনা য়াম্না চেকশিনগদবা ওই! হাৎপগী মতাংদা শিবা. ভাবাবেশকী রাম্থবা অসিনচিংবগী ভাব ধারা অসিনচিংবসি অভিনেতাশিংনা য়াম্না চনিংতানা তমজ্রবদি, তশেংনা নাট্যশিক্ষক- শিংগী হৌনবীশিং অদুবু মপুং ফাহনবা ওমলোই। নাট্যশিক্ষকী মমাংদা হন্না হন্না Promt তৌদুনা অভিনেতাশিংনা মশাগী অরানবদু চুমথেক্লাবদি অভিনয়দা অরানবা য়াওদবা নিংথিজবা অভিনয় উবা ফংগনি। রাম্থরমদাই মতমদা হকচাংগী মওংমতৌ করম তৌবা, মাই-মিংকী ভাবনা করম্না লৈগনি, মতৌ করম্না রাম্থবগী মতৌ উৎপা, মিৎয়েং অদু কয়ামুক লেংদনা লৈবা দরকার, খুৎ অনি অদু করম্বা মতৌদা থগগদবা, অসিনচিংবা অকুপ্পা মতৌ মওংশিং অসি মতিক চানা অভ্যাস তৌদুনা তম্বা দরকারনি, করিগুম্বা থৃৎলাই অমনা থাবদা নত্ত্রগা নোংমৈগুলীনা পানবদা অভিনেতাশিংনা অশিবগী অভিনয় উৎলি; তৌইগুম্বসুং শোকপা মতমদা অমদি শিরমদাই মমাংদা মতৌ করম্না মাগী

Life struggle দা অভিনেতা অদুগী মখুৎ মশা, মশাগী মওং মতৌ, করম তৌগদৌবা অসিনচিংবা করম্বা উৎপা, করম্বা থুংলাইনা শোকপদ করম্বা মক্ষমদা পাল্লবদি কয়া কুইনা হিংফম থোকপা অসি-নচিংবগী অভিনয় য়াওরকপদা অকুপ্পা অমগী মওং মতৌ করিগুম্বা অমত্তা হিসাব তৌদ্রবদি দর্শকশিংগী মিৎয়েং অমদি মপূক্কিংবু কাবদি ওইথোক্কবনি। অভিনেত্তা অদুনা শিরমদাইগী অভিনয় উৎলমদাইদা য়াম্না রা-লান ঙাংহল্লি, কনাগুম্বা Writer না মদুদা অভিনয় অদুবু ময়েং তাহল্লি! প্রলয় অভিনয়গীদমক ঙাংকম-হায়ফম থোকপা রাশিং অদু ঙাংহল্লগা অভিনয় অদু তৌদ্রবদি অভিনয়গী মাধুর্য্য লৈতে, মদুনদুম অভিনেতা অদুগী প্রলয় অভিনয় অদুবু য়ৈথাইবা অথিবা মওং লাকই। অভিনেতাবু রাস্থরমদাইগী মমাংদা অদুম্না লৈহনবা ফগনি হায়বা হিসাব তৌদুনা প্রলয় অভিনয় তৌগদবা ওই। রাস্থরুবদগী জ্ঞান লাক্লবদা মহাক্না য়াম্না খন্থনা অভিনয় উৎপা তাই; তপ্পা তপ্পা মিৎ পাংথোকপা, অরাবা ভাব উৎপা অতোপ্পা অভিনেতা অমগী মশদা ঙাথদুনা চৎপা অদুদসু হাইরং হাইরং তৌবা অসিনচিংবা মপানগী ওইবা মতৌ মওংশিং অদুনা রায়া Nature তাবা মতৌদা অমদি হৈ-শিংবগা লোইননা অভিনয় তৌবা তাই।

রাস্থরুবা অদুদগী হৌগৎলকপদা হাথু হাথুনা হেক হৌগৎ-কদবা নত্তে; তপ্পা তপ্পা মিকপ থোকলকপগী মতৌগুম্না হৌগৎ-কনি, অশোনবা মিৎয়েংনা য়েংবা তাই, মতুংদা তপ্পা তপ্পা য়া ঙাংগদবনি। মতৌ অসুম তৌনা শকতম অমত্তদা ঙর হৌজোক

হোঙ্খিন খিংবা মওংদা, তুত্নুনা লৈরুবগী মতিক, রাস্থবা ফজরক-পদস্থ অভিনেতা অত্নুনা য়াম্না রাবা মওং মতৌ উৎকদবনি। অশেংবা দর্শকশিংনা অসিগুম্বা কৃপশিনবা থবক অসিবু উবদা মুংঙাইবা হেনগৈ। সাত্ত্বিক অভিনয় অসি য়াম্না নিংখিনা তমশিন্নবদি মসিগী মন্নুংচনবা অভিনয় তৌবদা ফজহনবা ঙমদে। প্রলয় অভিনয়বু অভিনেতা অত্নুনা নিংখিজনা মহৈ য়াল্লবদি মগাকী অনিংবা মতুং ইন্না অনোকপা, নাপংবা, অপংবা অসেনচিংবা অঙাও-বগী মতৌ ওইবা ভূমিকাদা অভিনয় তৌবদা লাতনা থোকই। অঙাওবা ভাবকী অভিনয়বু তম্বা তারবদি সাত্ত্বিক অভিনয়গী মন্নুং চনবা স্তম্ভ অভিনয়নচিংবা অভিনয় মখল নিপালগী অভি-নয়স্থু হৈত্নুনা রস পুম্বগী রসিক ওইবদা লাইনা থোকই।

অভিনয়গী মরু ওইবা রাফমগী নৈনবা লোইজববদা গমুক হন্না রসকী রাফমগী মরিদা খরদং আলোচনা তৌজগে ভাবনা মুম্ফম ওইরগা রস পোকই, রসতি অভিনয়গী আত্মাগী মশকনি। রস মখল মাপন শুই, মদুদি—আদ নত্রগা শৃঙ্গার, বীর, করুণ, অদ্ভুত, হাস্য, ভয়ানক, বীভৎস, রৌদ্র, অমদি শান্তরস। হায়-রিবা রসশিং অসিগী অকুপ্পা খংননবা জত্ন তানশিনবা তারবদি ভাবকী লক্ষণশিংস্থু খংজিনবা দরকাররনি। হায়রিবা ভাব আসস্থু মরি থোক্না অমুকস্থু খাইরি, মত্নুদি বিভাব, অনুভব, ব্যভিচারি অমদি স্থায়িভাব। মখাদা ভাবশিংগী লক্ষণনচিংবা পীজরি—

**বিভাব ভাব।** অশাওবা, অরাবা, পুক্নিং থোগৎপা, ময়াই কাখৎপা অসিনচিংবা স্থায়িভাবকী মরমশিংবু বিভাব কৌই।

নটক্রচিংবা দৃশ্যকাব্যদা রস চুপ্পবগীদমক বর্ণন তৌরিবা অদুবু ভাব কৌই, হায়রবদি অভিনেতানা মরম অদুদগী নোকপা, ৱাবা পুক্লিং থোগৎপা অসিনচিংবা স্থায়িভাব পৃন্নমক থোরকই, নাটকী অমদি দৃশ্যকাব্যগী অসিগুম্বগী মরম ওইরবা অসিবু বিভাব কৌই। মদুদি, নাটক্রচিংবদা নায়কী নোকপা, পুক্লিং থোগৎপা অসিন-চিংবা পোৎচৎপা মরমাদ নায়িকানি, মরম অসিনা নায়িকাসিমক বিভাবনি। বিভাব মথক্ত অনি ওই। মদুদি আলম্বন অমদি উদ্দীপন। মাগান্দা তাংদুনা অভিনয় তৌরগা অভিনয়গী রস শেম্না, শৃঙ্গারনচিংবা রস মাপন্না মকমদা আশ্রয় তৌরগা থোকপ হায়বদি নাটক্রচিংবগী নায়ক নায়িকাশিংনা মগোন্দা তাংদুনা রস শেম্বা. অদুবু আলম্বন বিভাব কৌই। মচা নত্রগা মাগী ওইবশিংবু অশি-অনা থোক্লগা করুণ রস শেম্মী, অসিগুম্বা মচা অমদি মাগী ওইবা শিংদুমক করুণ রসগী আলম্বন বিভাবনি, অমুক্কা নায়িকাগী অরাবদা নায়কা বিলাপ তৌরবদি (তেংথাবা) নায়িকাদুমক করুণ রসগী আলম্বন বিভাবনি।

উদ্দীপন বিভাবকী মশকনা নাটক্রচিংবগী অদুগুম্বা ভাব তৌরিবা থোওংনা মরম ওইদুনা, নায়ক নায়িকাবু শৃঙ্গারনচিংবা রস মাপনদা চংশিনহল্লিংবা, অদুগুম্বা ভাব অদুনা শৃঙ্গারনচিংববু মথোই কাহন্দুনা, রসবু মপুং কাহন্দুনা ঙৈথক হৌহল্লিবা, অদু-গুম্বা ভাবদুবু উদ্দীপন বিভাব কৌই। মদুদি মপুং ফাবা পূর্ণিমাগী থা থোরকপা উরগা নায়িকা অদুনা মাগী ওইবা নায়কপু

নিংশিংলকই, অদুগুম্বা অপুং কারবা থাবল মঙান্দা মাগী ওইবদুগা ৱারী শাণখি, মদুবু থা অদু উরগা নিংশিংলকই, অরুম অসিনা পূর্ণিমাগী থা অদু উদ্দীপন বিভাবনি।

অনুভাব-ভাব। নাটকতা নায়ক নায়িকা নত্ত্রগা অতৈ কনা-গুম্বা অভিনেতানা অভিনয় তৌবদা, নাটককী রস সম্পূর্ণ শাওং শাথেক্কী পীরিবা অতৌনা দর্শকশিংদা রস ভাব অদু নিংথিজনা চুপকনবা ঙম্মী। থম্মোইনুংদা ভাব রস অদু নিংথিনা তিনশিনবা ঙম্নবদদা মপান্দা মদুবু ফোংদোকপা ঙম্মী, থম্মোইনুংদা হৌরিবা ভাব অদু শাওং শাথেক্না মদু থংহল্লি। শৃঙ্গারনচিংবা রস মাপনবু ফোংদোকপদা পীশুম থেকপা, খুৎ-শা লেংবা, চৎথোক চৎশিন তৌবা খা চিকপা, মিৎতো পি চজুম চজুম তাবা, চিনবানগী মওং, কোনবিবা, আশীর্ব্বাদ, চুপ্পা অসিনচিংবা হকচাংগী মতৌ মওংশিং অসি দর্শকশিংগী মমাংদা তৌই, মদুবু অনুভাব-ভাব কৌই। অনুভাব হায়বসি মখল অনি ওই মদুদি—অঙ্গজা, স্বভাবজা।

ভাব অদুবু হকচাংনা লেং-খোৎতুনা উৎপা অদুবুনা অঙ্গজা ভাব কৌই, হায়বদি অদুগুম্বা ভাব অদুদা উৎলিবা অভিনেতা অদুনা কনাগী মতুংদা চেনবা, থুনা চৎপা, কৱিগুম্বা অরাংবা মকম অমদগী চোংথবা, অসিগুম্বা মতৌ মওং অসিনা উৎপা অভিনয়বু অঙ্গজা ভাবকা লোইনবা অভিনয় কৌই। হকচাংদগী থোকহনবা মওং মতৌনা ফোংদোক্লিবা অদুবু অঙ্গজা ভাব হায়-

বনি। অদুগা স্বভাবজা ভাবকী মতৌনা—অভিনেতা অদুনা মাগী পার্ট অদু নিংশিনা ফারবা মতমদা, মহাক্না মথাই য়াওনা অভিনয় তৌবদা অভিনেতা অদুনা মশাগী ফাওবা থংজদবা ভাবতা মাগী মহুৎ-মশা মমাই মমিৎ লেংখোৎপা ঙম্মি, অসিগুম্বা মশানা পোকচবা মওং মতৌশিংবু স্বভাবজা-ভাব কৌই। অসিগুম্বা মওং মতৌ অসিদি অভ্যাস তৌক্নবগী দরকার ওইদে, মখোয়শিং অসিদি অভিনেতাগী মশা মশাদগী অদুম্মক থোকচবা প্রতিভাগী পরিচয়নি।

ব্যভিচারী-ভাব নত্রগা সঞ্চারী ভাব। ব্যভিচারী নত্রগা সঞ্চারী ভাবতা ভাব কুম্বরাহুমদোই শুবগী মতৌ ফংই! শৃঙ্গার নচিংবা রস মাপন অসি হেনগৎনবগী মরমগীদমক রসশিং অসিগা লোইনবা ভাবশিং অসি লৈগনি। মতুঙদি পীশুম খোইবা, থজাইদা খুৎ থমদুনা চিন্তা তৌদুনা নিংশিংবগী মতৌ উৎপা, নীতি শাস্ত্রগা লোইননা থবক তৌবা, রাখল, বুদ্ধি, জ্ঞান অমদি পুক্নিংগী পরিচয় পিবা, চান্নবা মরূপকীদমক থনবদা নিকপা, তোম্বা, শিনা ঙাংবা, মশাদা হুমাং তাবা, ককচিনবা ভাব, অসিনচিংবা থবক্তা নায়ক নায়িকানা উৎলিবা পুম্নমক অদো ব্যভিচারী ভাবকী মসুং চনবনি। তোইনা তোইনা লোংখাং কুপ্নদা, বস্ত্র তাবদা, থংহৌদবা করিগুম্বা মখোন অমদা পাথৎপা পোকলিবা, মমাই মমিৎতা পাথৎলিবা অদুগী মতৌ উরিবা, অসিগুম্বা থৌদোক অসিদা অকীবা ভাবতা অভিনেতাশিংবা

অকীবগী মতৌশিংদো কোংদোকই, মরুপুরস্থ ব্যভিচারী ভাবকী মরুং চল্লি।

কবিগুম্বা চুমদবা থবক তৌরুনা চিংনবা লাকপা, তন্নাং তশোয়বা যাওনা ইকাইবা পোকপা, ইকাইবা অসিদগী অভিনেতা অদুগী ভাব অদুনা মাইখোংদা কুপশিন্দুনা মপূক্লিং অদু ওন্দুনা, মখোংগী খোংশানা লৈপাক্তা খোংপা, মমাই শাইগৎনিংদবা, অসিগুম্বা ভাবকী মতৌশিং অসবুস্থ ব্যভিচারী ভাবকী মরুং চল্লি।

মানা নিংলবা অদু মহৈ য়াল্লবদা সুংঙাইবা, কনাগুম্বগী মতিক মগুণ লৈবগী রা তারগা খাংঙমদবা ভাব লকপা, মরুগীদমক মপুক্লিংদা ৱাবা, মদুগীদমক্তা মুন্না থনবা ভাব উৎপা, পুন্নমক অসিবুস্থ ব্যভিচারী ভাব কোই। জ্ঞানশক্তি ফোংদোকপা, অনুতাপকী শক্তি কনবনা অরাবা, পুক্নুংগী চরাংবা ভাব, অরাম খোরাবনা চ-তৎনরবা, চপয়ুনা খনবা (চন্ত), যুক্তিতর্কগী মীমাংসা (য়াম্না মুন্না নৈনরগা তাবা রারেপ) আসনাচংবা পুন্নমক অসি ব্যভিচারী ভাবকী মতৌনি।

ব্যভিচারী ভাব নত্রগা সঞ্চারী ভাবকী মরুংদা লৈবা ভাব কুন্থরাহুমদোই অদুগী মামংশং অদু মফম অসিদা পঙ্গৈ—১। কম্না শাওবা, ২। অঙকপা, ৩। পুক্লিং ককপা, ৪। মীশেল খাংবা, ৫। মং মংবা, ৬। তহ্না তহাবা, ৭। পুক্নুং তোম্বা, ৮। হকচাং ৱাবা, ৯। ময়াই কাবা, ১০। ককচিনবা, ১১। বিচার

১২। রাখল, ১৩। চোকথবা, ১৪। পুক্নিং লৈতাদবা, ১৫। নিংবা থুংবা, ১৬। পুক্নিং য়াবা, ১৭। কল্লকপা, ১৮। হর্ষাওবা, ১৯। ইকাইবা, ২০। মীপাইবা, ২১। অনাবা, ২২। অচুম্ব-থংবা, ২৩। নিংশিংবা, ২৪। চিংনবা, ২৫। বুদ্ধি চোইবা, ২৬। শাইওমদবা, ২৭। ঈশুন থুপচিনবা, ২৮। তুম্বা, (To sleep), ২৯। খাংওমদবা, ৩০। অতনবা, ৩১। শিবা (To die), ৩২। নাপন অমসুং ৩৩। শারৈ চৌবা * কুন্তরাহু দোই অসিনি। শিক্ষার্থীশিংনা হৌজিক আসদা অসুক য়াম্বা বিষয়শিং অসিগী মরমদা খোইদোকনা নৈনবগী দরকার ওইদে মোটা-মুটি ওইনা ব্যভিচারী নত্রগা সঞ্চারী ভাবকী পরিচয় অদুক পিজবতনি, মসিনা মরম ওইদুনা অতৈ ভাবশিংগী জ্ঞানবু খংজিনবগা লোইন-লোইননা মশাগী ওইবা হোৎননবগী-দমক্তনি!

**স্থায়িভাব।** স্থায়িভাবমক্তা রসগী প্রধান অঙ্গগী মশক্নি! অভিনয়গীদমক রস মাপনগী স্থায়িভাব মাপন লৈ। করম্বা রসকীনা করম্বা স্থায়িভাবনো হায়বদু নিংথিনা য়েংশিনবিগদবা

---

* "বিশেষাদভিমুখ্যেন চরন্তো ব্যভিচারিণঃ।
স্থায়িন্যুন্মনিমগ্না স্ত্রয়োস্ত্রিংশচ্চ তদ্ভিদা।" (ইতি দর্পনাৎ)

বিভাব অনুভাবতগী হেনগৎনা রসকী মশাবু নোইখংহল্লিবা অদুবু ব্যভিচারী কৌই, মহাকসিদি স্থায়িভাবতা অমুক ফাওই, অমুকসু লুপখি, মহাক্তী মখল কুন্তরাহুনদোই তুই।

ভই। পুক্নিংগী মতুংইন্না রস পোকই, মতুগী ভাবনচিংবা হৌফম অদুগী বিচার তৌবদি থোইনা অরুবনি। স্থায়িভাব মাপন অদুগী মমিংদি, রতি (নুংশি নুংঙাওন), হাস (নোকপা), শোক (অৱাবা), ক্রোধ (অশাওবা), উৎসাহ (থৌনা ফবা), জুগুপ্সা (তুক্কচবা), বিস্ময় (অঙকপা), শম (থেম্বা), হায়রিবা স্থায়িভাব মাপন অসি করম করম্বা রসনা মতুংইনবা হায়বদু মথাদা ইরি।

**রতি ভাব।** রতি নত্রগা পোইদোক হেন্দোকনা নুংশি নুংঙম্বা (অনুরাগ), আদি নত্রগা শৃঙ্গার রসকী স্থায়িভাবনি। নায়ক নত্রগা নায়িকাগী মরক্ত অদুগুম্বা নুংশি-নুংঙাওনগী ভাব অদু পোক্নবা অমসুং অসিগুম্বা নুংশি-নুংঙাওনদুগী ফোংদোকলিবা মওং মতৌ অদুবু কোংলকই, অদুবু রতিভাব কৌই। দুষ্মন্ত অমদি শকুন্তলা অনিমক অহানবা উনবমতদা অসিগুম্বা রতি ভাব অসি পোকখি। মরম অসিনা মখোয় অনিমক অমনা অমগী শৃঙ্গার রসকী রতিভাবনি।

**হাসভাব।** হাসভাব, হাস্যরসকী (নোকপগী) স্থায়িভাবনি। হাস্যরসকী অভিনেতানা পোষাকচিংবগী মতেংনা থংদে, অদুগা থোক্লিবা থৌথোকী রাঙাং রাতানা থংদে, নত্রগা মশক ওন্থোকপা অমা উৎতুনা দর্শকশিংদা নুংঙাইবা অমা পি অমসুং অভিনয়গী মতমদা অভিনেতা অদুগী মমাই মমিত্তা ইমুংদা নুংঙাইবা অমা উবা ফংই; মসিবু হাস্যরসকী স্থায়িভাব হায়। হাসভাব

অসিদা ঐখোয়না মখল অহুম থোকনা লৈবা উই, মদুদি উত্তম, মধ্যম অমদি অধম হায়বা স্থায়িভাব অহুমনি। মিৎক্যে হাইক্কেৎতং য়েংনা চিনবান হায়ক্কেৎতং কাংনা নোকপা মনোকতুবু উত্তম হাসভাব কৌই, চিনবান কাংলগা মখোন থোক্কনা য়াত্তোনশিং উনা নোকপা মনোককনা মধ্যম হাসভাব কৌই। অঙ্গুগা ফমফম অদু নত্রগা লৈরিবা মফম অদু সেগাক কাইনা ফাক ফাক নোকপগা লোয়ননা মশা মউ থোক থোক নোয়া নোকলিবা মনোকতুনা অধম হাসভাব কৌই। অসিগুম্বা হাস ভাবশিং অসি হাস্যরসকী স্থায়িভাবনি।

শোকভাব। শোকভাব অসি করুণ রসদগী থোকপনি। মরম অসিনা অসিগুম্বা শোকভাব অসি করুণ রসকী স্থায়িভাবনি। কনাগুম্বা চ'য়বা মরূপ নত্রগা লুনা তৌজবা পোৎ অমা খাদোকপা তাবা, নৎত্রগা মদু মাংখিবা, মরম অদুদগী থম্মোইদা নুংঙাইতবা অরাবা পোকই, মদুগীদমক অরাবা ফোংদোকই, মদুবু করুণ রসকী স্থায়িভাবকী শোকভাব হায়না কৌই। অভিনেতাশিংনা করুণ রসকী অসিগুম্বা স্থায়িভাব অসিবু অরাবা খাংনা তমশিনগদবা ওই।

ক্রোধভাব। পুক্নিংদা থৎনবিংবা হিংসাগী ভাব পোকতুনা মদুগীদমক পাংথোকানিংবগী রাখল ফোংদোকলকই, কনাগুম্বা মীশকনা থোইদোক্লা অফবা রাখনগী মাইয়োক্তম্ব অশাওবা ফোংদোকই, মদুবু ক্রোধভাব হায়না কৌই, অসিগুম্বা অশাওবা-মৈ

অমদি শাওনিংবগী রাখল অসি রৌদ্ররসকী স্থায়িভাবনি। অভিনেতাশিংনা অসিগুম্বা ক্রোধভাবকী (শাওনিংবা) মতৌবু উৎপদা থোইনা পি-শুম শুকপগী মতৌনা দর্শকশিংগী মমাংদা অভিনয় তৌই!

**উৎসাহ-ভাব।** বীররসকী স্থায়িভাবতি উৎসাহ ভাবনি। পুক্নিং থোগৎনিংঙাই ওইবা অচেৎপগা লোইনবা থৌরাংবু অভিনেতাশিংনা মদুগী মতৌ মওং অমদি ভাবশিংবু ফোংদোকলিবা তাদুবু উৎসাহ ভাব কৌই। পুক্নিংগী অচেৎপা রাখল্লা কনাগুম্বা অমগী মমাংদা পাম্বোম তিংবা নত্রগা নাপন উৎপা, কনাগী মাইয়োক্তা করিগুম্বা শাওনিংবগী রাখল পোকপা, য়েক্নবগী মাইয়োক্তা লেপতুনা "ওমলে হাৎকে নত্রগা শিখ্রগে" হায়দুনা ইফিং ফিংনা উৎলিবা, গতৌ অমুম্না তৌবসিবু বীররসকী স্থায়িভাব কৌই। থুরল্লা অমদি গম্ভীর ওইবা খোনফম্না বীররসকী অভিনয়দা থোইদোকনা মতেং পাংঙি। খোম্থোক সদুনা নাটৈচাবা ওইদ্রবদি স্থায়িভাবকী অভিনয় তৌবা মতমদা অভিনেতাশিংগী রাঙাং খোন্দা অদু নিংথিজরা ওমদে।

**ভয়ভাব।** মীপাইবা; পা-খৎপা, কীবা, চিংনবা অসিনচিংবা অসিবু করিগুম্বা অভিনয়দা অভিনেতানা উৎপদা ভয়ভাব উৎপা দরকার ওইরকই। ভয়ভাবসি ভয়ানক রসকী স্থায়িভাবনি। কনানা কনাবু মাংনবা তৌরবা মাই হায়বগী মুংঙাইতবা অমা লোকহল্লি, অসিগুম্বা মুংঙাইতবা অসিনা মগাই মমিত্তা ভাব

অদুগী মতৌ উৎলি, মপুক্কিংদা চৈফু অমা পান্দুনা মশা অদু চুম্না লৈবা ওমদে, মদুবু ভয়ভাব কৌই। য়েক্কবনা আক্রমণ তৌরকতুনা, অমনা মুংশা মপী ফুইনা গোন্দুনা চেল্লি। মতম অদুদা ঐখোয়না খংবা ওন্মী মদুদি, মহাক অদু কীদুনা চেল্লিবনি। অভিনেতাশিংনা দরকারগী মতুংইন্না ভয়-ভাবকী অভিনয় তৌবদা য়াম্না খূদোং চাই, তৌইগুমসুং য়াম্না হৈ-শিংনা Nature তানা ভয়ভাব অসিবু অভিনয় তৌবা দরকারনি। দর্শকশিংগী মাই-খোদা মমাই অদু থম্বা লৈতনা অভিনেতা অদুনা মাগী মিৎয়েং অদু মইকৈ অমদা লৈগদবনি, দর্শকশিংগী মাইথোংলোমদগী বরাবর ওইনা মতোপ্পা মাইকৈদা মমাই অদু থমগনি, হায়বদি য়েক্কবশিংনা মাইকৈ অদোমদা মঙোন্দা আক্রমণ তৌরক্কনি নিংবা মাইকৈশিং অদুদা মহাকী মিৎয়েং অদু ওন্না ওন্না য়েংদুনা লৈগ-দবনি। মসিবু তৌবা লৈতবা, অমদি মসিদা শেরান্নরবা, Nature তানা অভিনয় অদু উংপা ওম্মোই, ভয়ানক রসকী স্থায়িভাব, ভয়ভাবপু মদুদা নিংখিনা খংহনবা ওল্লোই।

**জুগুপ্সা-ভাব।** জুগুপ্সা-ভাবকী অর্থদি তুকচবা, য়েংনিংদবা রা ভাংনিংদবা অমদি চৈবা অসিনচিংবনি। পুক্কিংদা তুকচবা অমদ চৈনিংবা করিগুম্বা মাশক্কা অম্মদি পোৎশক্কা থোইনা য়েংনিংদব ভাব পোকই, মহুবু জুগুপ্সা ভাব হায়না কৌই। বীভৎস রসকী স্থায়িভাবতি জুগুপ্সা ভাবনি। কনাগুম্বা অভি-নেতা অমনা অভিনয় মদুদা মতোপ্পা অমনা শেংলকইবা মক্কি

মরোলগী তুকচবা মতৌ উৎতুনা চৈরি, অসিগুম্বা চৈশা অসিনক বিভৎস রসকী জুগুপ্সা। স্থাবনি, জুগুপ্সা ভাব ফোংদোকপদি পাকা ওইনা খোলা ওইনা ঙাংবা দরকারনি।

**বিস্ময় ভাব।** থোকলিবা থৌদোক পুম্নমক অদু মিৎনা য়েংঙমদবা, অদুগুম্বা ঘটনা অদু উবা নত্রগা তাবদা পুক্লিংদা সুংবংবা অমদি ইঙক ঙকপা ভাব পোকপা, অদুগুম্বা পোৎ অদুবু বিস্ময় ভাব কৌই। বিস্ময় ভাবতি অদ্ভুতরসকী স্থায়িভাবনি। সঙ্করাচার্য্য নাটকতা ঈশিংদা হৌরিবা থম্না খেল্লোং অমমমদা খোংনা নেৎতুনা চৎপদা খোংকম থৃদিংগী থম্বাল অগমম শাৎলি। মসি তাবদা অঙকপা পোকই, অঙাং ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা কালিবু দমন তৌবগী রা তাবদা নন্দ যশোদানা ইঙক ঙকখিদুনা রা ঙাংখিদে, অসিগুম্বা ভাবশিংবু অভিনয় তৌবা মতমদা অভিনেতা-শিংনা ফোংদোকপা তারবদি, অদ্ভুতরসকী স্থায়িভাবনচিংবা অসি নিংথিজনা থংননবা হোৎনবা তাই। অসিগুম্বা রসকী স্থায়ি-ভাব অসি নিংথিজনা থংজিল্লবদি, অভিনেতাশিংগী রসজ্ঞান অদুদা অয়ানবা য়াম্না লাকনি। মরম অসিনা রসজ্ঞান পুম্নমক অসি নিংথিনা তানশিনগদবা ওই।

**শম-ভাব।** পুক্লিংদা তপথবা রাখল থনদুনা সুংঙাইজবা ভাব পোকপা অদুগী মমিংবু শমভাব কৌই। পুক্লিংগী অদুগুম্বা পেন্দবা ইচম চম্ব। ভাব অমদা তাওজবা অদুবু অকাই-অতোই চামা লাকতুনসু লাম্থোকতুনা চৎপা, মহাজ্ঞানী ওইবনা মরম

ওইদুনা সংসারগী ঐশ্বর্য্য অমদি অনিত্যতাশিংবু কাওথোকত্তুনা ত্যাগকী মাইকৈদা চিংদুনা চৎপা, অসিগুম্বা সুখভাব অসিগী মমিং শমভাব কৌই। শান্তিরসকী ভূমিকাদা অভিনয় তৌবদি অরাইবা থবক নত্তে। রস অসিগী স্থায়িভাব ওইরিবা শম-ভাব অসিবু নিংথিনা খংজিন্দনা অভিনয় মতমদা খজিক্কং লানগ্র-বদি রস অমসুং ভাবপু পুংহুন হুন্দোকনা অভিনয় তৌবদি শোয়দে। অরানবা লৈবা অভিনয়দি অভিনেতা মশামকনা কাওবা সুংঙাইজবা ওমদে, দর্শকশিংসু অহু মঙাই। মহাভারত কাব্যদি শান্তরসনা প্রধান্নি, শমভাব তানশিন্নবগীদমক অভিনেতাশিংনা মহাভারতপু য়াম্না নিংথিনা পাঠ তৌবদি কান্নগব্রা নিংঙৈজে।

নাটককী ভাবকী আলোচনা তৌজবা মতাং অসিদা লোইজরে, মতুং অসিদা রসতত্বগী আলোচনা অমুক তৌজগে। রস ধাতুগী অর্থদি মহাও হায়বনি, কাব্য শাস্ত্রগী মচিবুসু রস হায়না কৌই।



# রসকি ৱাফম

করিগুম্বা রস অমনা ঐখোয়গী দরকাৱনি। অসিগুম্বা দরকার ওইৱিবা রস অদুনা জীবগী চা-খিবা পোৎ অদুগী মচি ওইবা শরুকনি, লৈপাক্লগী হোবা পাম্বীশিংগী জীবন ওইৱিবদি লৈপাক্কী সারাংশ ওইবা অদুনি, রসসু মতৌ অদুগুম্না শব্দ, অর্থ অমদি ভাবযুক্ত ওইবা কাব্য শাস্ত্রগী মচি ওইবা সুমধুর ওইবা শরুকতু বুনি হারনা থংনগনি অমসুং কাব্য রসমকনা নাট্য শাস্ত্রগী জীবনগী মশকনি। চাবদা রস য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমদে, কাব্যরস য়াওদনা নাট্য শাস্ত্রসু নিংথিনা মপুং মরৈ ফাবা ঙমদে। কাব্যরসকা রসজ্ঞান্না থম্মোইদা চেল্লিবা ভাবতা অঙকপা ফংলবা আনন্দ অমা শেম্মী। অসিগুম্বা হায়ঙমদ্রবা স্বর্গগী আনন্দ অসিবু অভিনেতাশিংদা অদুগী আত্মজ্ঞান্না মথন্তা থম্মোইসুংদা চুপচবা ঙম্নবা, অদু ওইরবদি, অদুগুম্বা রস অদু অতোপ্পদা য়েন্থোকপা, পিথোকপদা মাগী শক্তি অদু মপুং ফাবা ঙম্মী। রসকী পোকফম অমদি লৈফম অদু মশানা অনুভব (খন্নবা) তৌনবা শক্তি অদো মীদুদা নিংথিনা লৈরবতদা দর্শকশিংগী মমাংদা মদুগী আকার বিকার (মতৌ মওং) অদু উৎপদা লাইনা থোকই। রসনা কাব্য অমদি নাটক্কী আত্মনি। অসিগুম্বা আত্মাগী তৃপ্তি সাধন তৌবদা অভিনেতা শিংগী মপুক্তা ব্রহ্মানন্দ দরকার ওই, মশাগী ধ্যান দরকারনি, ব্রহ্মবু আকর্ষণ তৌননবা শক্তি তানশিনবা দরকারনি। কাব্য

শাস্ত্রদা মখল মাপনগী রস উই, মদুদি :—শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর ভয়ানক, বীভৎস, অদ্ভুত অমদি শান্তিরস। কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হায়, হায়রিবা রসশিং অসি নত্তবা রস অমা লৈরি, মদুদি বাসল্য রসনি। বাসল্যরসতি করুণ রসকী মনুং চল্লি হায়দুনা রস অসিবু স্বতন্ত্ররস অমনি হায়বদা হায়-গদবে। করুণ রস থংলগা বাসল্য রসকী অভিনয় তৌবগী শক্তি দি লৈরে অদুম্বু দি ওইরবদা মকম অসিদা রস মাপনগী মূলরসকী রাফমদমক কনখৎচরে। রস মাপন অসিবু মশানা খুদম চনবা ওয়বদি, খুদম চনবা ওমলিবা মহাক অদুনা অতো-প্পবু খুদম চনবদি থোইদোক্লা অরুবগী রাকম ওইদে।

শৃঙ্গাররস নত্রগা আদিরস। রস মাপনগী মনুংদা শৃঙ্গার নত্রগা আদিরসনা প্রধান রসনি হায়নৈ, কাব্য নত্রগা নাট্য শাস্ত্রদসু মাবু লৌখংনৈ। নায়ক নায়িকাগী অনুরাগ নত্রগা রতিগী বিষয়দা ওইবা ভাবপু শৃঙ্গাররস নত্রগা আদিরস হায়না কৌই! চন্নজবা চান্নজবীগী মশকপু উবদা পাখং-লৈশাবী শিংনা শৃঙ্গার রসকী ভাব কোংদোকই. অদুনি শৃঙ্গাররসকী অভিনয়সু। শৃঙ্গার রসকী ভুমিকাগী মী খনবদা য়াম্না রাখল তৌগ-দবনি। রস অসিগী অভিনয় তৌননবা পাত্র-পত্রীবু হেক উবমক্তদা মশক মতৌদা পুক্কিং পেনবা শককমসু ওইগদবনি। অভিনয় তৌবা মতমদা মথোয়না মিৎচি হুনা য়েংবা, ইকাইবা, চাং তৌশিন্নবা খৎনবা, চারুবা অসিনচিংবা অসি তৌগনি।

নায়ক নায়িকাগী মরক্তা শক উননিংবগী থৌরাংবা হেনগৎলকপনা শৃঙ্গার রসকী অভিনয়গী মতৌনি।

**হাস্যরস।** রস পুম্নমকপু মহাক্না নিংথিনা খংলবা, অদু ওইরবদি মহাক অদুনা হাস্যরস অসি অভিনয় তৌবদা লাইনা ওন্নী। রস অসিগী স্থাযিভাবকী লক্ষণশিংবু নিংথিনা খংলগা হাস্য রসকী অভিনয় উৎপগী জ্ঞান তানশিনবা ওন্নী। হাস্য রসকী অভিনয়দা অভিনেতাদুনা যাম্না মরোঁশিং শিংবা দবকাব ওই। অভিনেতা অদুনা বিদুষকচিংবা ভূমিকাদা অভিনয় তৌবদা মহাক্কী নোকনিংবা শক ওন্থোকপগী মতৌ মওং, অমদি শেমশাবা অমসুং নোকনিংবগী থোদৌ অদুনা হাস্যরসপু শেম্মী। হান্নস্ত পাম্প্র নোকখেবনা হাস্যরসকী স্থায়িভাবনি। অভিনেতা অদুগী নোকনিংবা মতৌ ওইবা ভাব অমদি ফীজেৎ-চাবচা অদু উবদা দর্শকশিংগী মরক্তী অননা হেক নোকথোরকপা অদুবু হাস্যরসকা আলম্বন ভাব (ইহুন হৌফম) কৌই, অদুগা মদুগী হোৎনরিবা অমদি রাঙাংগী হৈশিংবনা রস ভাব অদুবু অমুক্কা হেন্না মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা উজ্বল ভাবতা শাৎকাইরকপা মতৌ অদুবু হাস্যরসকী উদ্দীপন ভাব (ইহুন হৌগৎহনবা) হায়না কৌই।

হাস্যরসকী অভিনেতাগী মাইথোংদা মশাগী পোকপদগী য়াওকররকপা শকফম অমা লৈবা দরকারনি। মদুনা মাবু চুম্না হেক্তা উবদা অসিগুম্বা শ্রেণীগী অভিনেতানি হায়বা হেক্লা মথংভি। অসিগুম্বা শ্রেণীগী অভিনেতাগী মমাই মমিৎ শাওং শাদানা

তৌরকপা অমদা হেক্তা হাসরসপু ফোংদাকপা মক্তুমক হাসরসকী অনুভাব (ইত্থন খুদম) কোই। হাস্যরসকী অভিনেতানা অদুকী মতিক পাকা শিল্পী ওইবা দরকাররনি মদুদি, রঙ্গমঞ্চ নত্রগা আসরদা রা-লান করিমত্তা ওাংদ্রবসু দর্শকশিংনা হেক্ত নোকনিংবা পোকপা দরকারনি, রঙ্গমঞ্চ নত্রগা আসরদা থোকলিবা মী-মওা-তরাগী মসু দা মহাক য়াওরবসু হাস্যরসকী উপনায়ক মাবু দর্শকশিংনা মশক হেক্তা খংগদবনি, অসিগুম্বা রসকী অভিনেতানা খুদম তৌবগী বিকাশ অমদি ইঙ্গিতকী হাব-ভাবপু থোইদোক হেন্দোক্না অভ্যাস তৌগদবনি। রস অসিগী বিকাশ শক্তিশিং অদু অদুকী মতিক Nature তাবা অমদি খুংলোইবা ওইরবদি, হাস্যরসকী অভিনয় অদু ফজনা নিংথিজনা উৎপা ঙম্মী। হাস্যরসকী অভিনেতাবু করি করিগুম্বা মতমদা, বিশেষ ওইবা করিগুম্বা চরিত্রগী মফমদা হাস্যরসকী করিগুম্বা রাহৈ হায়হল্লি। মহাক্তি পুক্না তৌজফম্নি, গুরুজন ওইবনি, মাবু উবদা সম্মান উৎপা নত্তনা অতৈ করিসু ওাংনবগী উপায় লৈতবনি, নাটককী অসিগুম্বা চরিত্রগী মফমদা হাস্যরসকী অভিনেতা অদুদা নোক্নবগী ইঙ্গিতসু কবি মত্তা। লৈতবনি, নাটকী অসিগুম্বা চরিত্রগী মফমদা হাস্যরসকী অভিনেতা অদুদা নোক্নবগী ইঙ্গিতসু করিমত্তা লৈতে। অভিনেতাগী তুমিন্না লৈবা গাম্ভীর্য্য অদুদা দর্শকশিংনা মুংদদা মনোকই, অদুগা অভিনয় অদুগী মহৈ য়ানবগী মতৌং নিংথিনা পাংভি। দর্শকশিংবু করিগুম্বা উপায় অমনা নোকহল্লবদি, অভিনেতা অদুগী ধারনা অদু

অকবা নত্তে ! হাস্যরসকী অভিনেতানা লৌশিং চাওগনি অমসুং হাস্য রসকা লোয়নবা ভাবশিং ফোংদোকপতনা মহাক্কী ভোগদবা মথৌনি। হাস্য রসভি অথুম্বতা ওইহনগনি, ভাবা য়াদবনা অমদি নাতৈ চাদবা রাঙাংনা ওইহনফদে।

**করুণ রস।** করিগুম্বা য়াম্না লুনা ভোজবা পোৎ অমা কাইথ্রবা, মাংথ্রবা অমদি পাম্মুরবা পোৎ অমা মাংথোকথ্রবা নত্রগা সুংশিজরবা শিথ্রবদা পুক্লিংদা অরাবা পোকপা, অরাবগী উম্ভন লাকপা, পাম্মুবদু মাংবদা থাংভমদবা অরাবগী মতৌ ওইবা ভাবনা মপুক্লিংবু খুদুম চনবা, অদুবু করুণ রস হায়না কৌই। অরাবনা করুণরসকী স্থায়িভাবনি। মাগীদমক রাগিবা, অদুগুম্বা মীশক অমদি পোৎ অদুনা করুণরসকী আলম্বন বিভাব কৌই। অরাবনা লাও-খাংবা, মথবাক্তা খুদুম্না শুবা, মকোক্তা মখুৎ হাপ্তুনা কপ্পা; রারদুনা লাইদা তাইনবা, লৈপাক্তা রাম্বদুনা ভুবা অসি-নচিংবা থৌওংশিং অসিবু করুণরসকী অনুভাব লক্ষণনি। রাখিবনা রা-লান ঙাংদবা, হুমাং শোবা, কুচু তাইবা, অনুতাব ভোবা, মথাই চাকপা, রাম্বা অসিনচিংবসি অভিনয়গী মতমদা ফোং-দোকপদা হায়রিগা মতৌ মওং অসিনা মরম ওইদুনা গমাই পোল্লা মগিৎতা মপি শিম্বদুনা অতোপ্পগী মপুক্লিংবু জয় ভোনবা হোৎনৈ ! সংসারগী অরাবগী থৌদোক খুদংদা মশাগী মিৎতগী পি পিদৈ। মহাক্কী সুংভাইতবগী চৈনা ফাওরগা সুংদা শকফম অদু ফাওরগা অভিনেতা অদুনা অভিনয়গী মতমদা মদু ফোংদোকপা গুম্মী।

মপা লৈজদ্রবা মচনমুপী অপিখক অদুবু মমানা কয়া-মতিক লুনা চান্না তৌপ্রবা—ঙসিদি অদুগুম্বী মমা অদুনা তাইবংপান ঙসি থাদোক্কনা চৎপ্রে। শিরমদাইগী মতমদা মমানা মচানুপী অদুগী খংবদা লানবা ঙমদবা হায়বদুমক ওই-প্রবা! মচা মুংশিবগী প্রেম! বাসৎল্য রসকী অয়োবী পন্থেংদা "ইমাগী ইবেম্মা নংবু করম তৌগৌদোবা ইমানা লৈত্রবদা।" মসিদা করং তম'দ অনা লাইকন্নরিবা পূম্নমক্না কপ্পবা—করুণ রসগী শকতমনি।

পুন্সি অসিমক অরেম্বনি খল্লকপা থম্মোই কাইরবা মুংনাংনবা কপ্ন-সাওনবা অদুদগী মমা অদুনা তাইবং মালং থাদুনা চৎপ্রবদা মচা, মুপীমচা অদুনা লপাক্তা প্রো-প্রো খোৎতুনা কপচবা অদুমক করুণ রসনি।

অস্মুম্না লৌসি—লাম্ফমদা মাগী মিৎমাংমক্তদা মচা শিখ্রে, মদুগী অরাবা অদু করম্না ফোংদোক্কনি? মচা—মথাইদগী হেন্না মুংশিজবনি, অদুগুম্বা মচাদু মমাংমক্তদা য়েক্লবনা হাৎপ্রে।

মতাং অসিদা কপচগনি মুং হিক্লনা; থোইনদি পাখৎলোই, মরমদি মহাকস্থু বীরনি, লাম্ফমদা চংলিবনি, মহাকস্থু থাং শৎলি। মরম অসিনা মতাং অসিদা মুংহিকনা অরাবা উৎকনি, মমিৎতা পিগী ইরা চেনগনি, তৌইগুম্বস্থুং তুংগী মহাকী তৌকম থোকপা লৈরিবশিং অদুগী নিংশিংনা থৌনা হাপ্লগা, করুণ রসতগী ভয়ঙ্কররসতা চংশিন্দুনা অকীবগী শক পাল লৌবতাই।

মরমদি খেরুবনা মচা হাংখিবা অদুগী মথৌনা করবা মপাগী থম্মোইদা 'লাকচৈদা' হায়বদুগী অশাও মৈথি হৌরকপনা লম্মন খুমনিংবগী রাখলদা চংশিন্দুনা হিংসা পোকপনা অকীবগী শক্তম লৌবনি। মতাং অদুদা মাগী মথরাই অদুবু করিমতা পাম্মুরক্তবা 'শিরে চংলে' হায়বা রাখন্দগী খুৎলাই পাইদুনা য়েরুবা তম্না হোৎ-চিল্লি, মদুমক করুণ রসগী শক্তমনি।

করুণ রস অসি খ্বাইদগী লুবা রসনি, রস মাপনগী মমুংদা হেন্না লুবা রসনি।

অসিগুম্ব করুণ রসকী অভিনয় উৎপা মতমদা অভিনেতা শিংনা থে ইদোকনা চনিং তানা রাখন খননা অভিনয় উৎনবা হোৎনবা তাই। মরমদি রস অসি অসুক্কী মতিক অরুবনি, উৎলিবা লীলাগী' অয়েবী থাক্তা করুণ রসনা দশকিশিংগী থম্মোইদা অপেনবা পীবগী মতিক ভাবপু পাকথোক চাওথোক-হনবা ঙম্মীবনি।

করুণ রস হায়বা অসি তোঙান তোঙানবা ফীভম, অমদি থৌদোক রাথোক কয়াদগীস্থু থোরকই, অদুনা মখাগী পান্দম অসিমস্থু উৎচরি।

করুণ রসকী অতোপ্পা পান্দম অমনা সাবিত্রীগী ভূমিকাদা কুমশিবীদুনা— সত্যবান্না শিরবদা উৎপা করুণ, কয়াগী মতিক লুপ্পবা! রাজকুমারী সাবিত্রীনা কয়াগী মতিকমমৈদা মাগী তোগ-দবা মথৌদা মমাই ওনশিন্দুনা বীর রসকী শক পান কৌরকপা মাগী থম্মোই কাইরবা মতৌনা ভাবক্তা পিগী ইরা চেহল্লি, থম্মোই-

সুংদা করুণরসকী অমনবু য়োকখৎতুনা থম্বদি দর্শকশিংদা রসপু য়েংহোকপা মতমদা অভিনেতা অদুনা নিংথিনা মহৈ য়ানবা ওন্নী। য়াম্না নিংথিনা করুণ রসপু অভিনয় তৌবা ওমন্নবেদি, কনাগুম্বা অভিনেতানা first class কী অভিনেতানি হায়হনবা ওয়দে।

রৌদ্ররস। অশাওবনা রৌদ্ররসকী স্থায়িভাবনি। শাও-ননবা রস অদু পুরিংদা লৈবদগী তৌরকপা থবকশিংদগী মাগী মমিংতা উরকইবা অদুমক রৌদ্ররস কৌই। ঐখোন্দা কনাগুম্বনা মাংনবা তৌরবা অদুগুম্বা য়েক্লবগী মতমদা থোনা কনা অশাও-বদু উৎলি, অদুগুম্বা য়েক্লবা অমদি মাংনবা তৌরবা অদুমক রৌদ্র রসকী আলম্বন বিভাবনি। অদুগুম্বা য়েক্লবা অদুগী অদুগুম্বা হোৎনরকপা অদুবু উদ্দীপন বিভাব হায়না কৌই, য়েক্লববু লাকশিন্নবগী রাখনদা অশাওবনা খুদুম চন্দুনা কিংগৎপা হেনগৎ-লকতুনা, মতুগীদমক মমাই মমিৎনা অমদি মখোং নখুৎনা তো-খোন্নকইবা মতৌ পুম্নমক অদুনা রৌদ্ররস অভিনয়গী মতেং পাংবনি। বীররস অমদি রৌদ্ররসকী অভিনয় তৌবদা মওং অমত্তদা তৌদে, বিষয় অসিদা য়াম্না চেংশিন্না লক্ষ্য থম্বা রগ্তিক চাবনি। 'রৌদ্ররসকী অভিনয়দা কন্নব', মাংনবা তৌনিংবগী অভি-নয় তৌগনি। বীররস অমদি বীররসকী স্থায়িভাব অমসুং রৌদ্ররস অমদি রৌদ্ররসকী স্থায়িভাবপু য়াম্না নিংথিজনা পাশিন খোৎচিন্দুনা ইতোমতনা অভিনয়বা হোৎনগনি। রৌদ্ররসকী অভিনয় তৌবদা থোইদোকনা চেকশিনবা দরকায়নি। অভি-নেতা অদুনা মথন্তনা অশাওবদু কোংদোকতুনা মানা তৌথোরকপা

থৌদৌশিংবু ফোংদোকপা. মতুমকপু রৌদ্ররসকী অভিনয় কৌই। অদুগা কনাগুম্বা অময়গী মমাংদা অভিনেতা অদুনা মথৌনা কবদু ফোংদোকপা অদুবু বীররসকী অভিনয় কৌই, মসিদনি নিংশিং-গদবা রাকম হায়বসু।

**বীররস।** ভাব প্রসঙ্গ অদু হায়বদা পুক্লিং থৌগৎপা ভাবনা বীররসকী স্থায়িভাবনি। লান, দেশপ্রেম, দান, দয়া, ধর্ম্ম অসিমচিংবা বিষয়দা উৎসাহ পীনিংবা অদুগুম্বা ভাবনা পুক্লিংদা কয়া ফাওরকতুনা শক্তিশালী ওইরকপা, অসিগুম্বা উৎসাহ ভাব অসিবু নাট্যশাস্ত্রদা বীররস হায়না কৌই। বীররস অসি মথক মরি থোকনা থাইরি, মতুদি :—দানবীর, ধর্ম্মবীর, দয়াবীর, অমসুং যুদ্ধবীর, মরি অসিনি। হায়রিবা রস মরি অসিগী গুণাগুণ-শিংবু খংবদি বীররসকী অশেংবা মশক নিংথিনা খংগনি।

**দানবীর রস।** মশানা করিমত্তা চিংনবা লৈতনা. দানগী মহত্বগী রস অদু ফোংদোকতুনা য়াইফ-মুংঙাইগী ভোগ চাদুনা লৈবদু পামশিল্লুবা লৈতনা নিস্কাম ব্রত (অপাম্বা লৈতবা) তেরবা কনানা কনাগুম্বদা মাগী লৈজরিবা পুম্বা দান তৌরিবা, মতুম ওইবা দাতাদুমক দানবীর হায়না কৌই। মাগী শেল-থুম্মা উপায় তৌদুনা অদুগুম্বা শেল থুম অপুম্বদু পাম্মুবা লৈতনা অতোপ্পনা লৌথিনবা অধিকার পিবা মহাকতুবুসু দানবীরনি; নাটকত্তা অসিগুম্ব' চরিত্রবু দানবীর হায়না কৌই। হায়রিবা অসিগী স্থায়িভাবতি থৌজাননি, দানবীর দাতা কর্ণ পনবা য়াই।

**ধর্ম্মবীর-রস।** কনাগুম্বা সত্যসন্ধ মহাপুরুষনা মাগী সত্য প্রতিজ্ঞা (অয়েপ্পা য়াথকপা) অমসুং ধর্ম্মগীদমক মপুন্সীবু কয়িস্ থৈজনা থল্লি, য়াথকথিবা অদুগী অচুম্বদুদা অত্যাচার তৌরবা, ওৎল-রবা ফাওবদা মহাক্না মহাকী সুখভোগ, ফুরা দালানবু থাদোক্লনা বনবাস তৌদুনা ৱানা লেপ্লি, লিশিং অমা অরা-অনা কংলবসু মাগী অনুরাগ অমদি উসাহ ভাবপু থক কাইবা তৌদে, অভিনয়না অসিগুম্বা অসিবু কোংদোকপা ভাবরস অদুবু বীর রসকী ধর্ম্মবীর রসকৌই। মহাভারতকী যুধিষ্ঠীরবু ঐখোয়না ধর্ম্মবীর হায়নিংঙি। ধর্ম্মবু গুরুবগীদমক মহাক্না বনবাসী ওইখি, অরা-অনা কয়াগা মাইয়োক য়াথি, থোইদোকনা মা-দ নত্তনা মাগী পরিবার ফাওনা অসিগুম্বা অরাবসিদা নোকনা খাংলম্মী। ধর্ম্মবু মাগী অনুরাগদুনা মাংহনবা ঙমহনদে; অনুরাগমক্না ধর্ম্ম-বীর রসকী স্থায়িভাবনি।

**দয়াবীর রস।** মশামকী মপুন্সী মাংজকাওবা মহাক্না কয়িমত্তা পামুবা থৈজনা দানগী মহত্ত্বু অদুম্মক মউৎপা, মাগী থোক্তনা য়েক্লবা ওইরফাওবদা মহাক্না মাবু আশ্রয় পিদুনা মশাগী মথাই কাত্তবা দান তৌথোকপা গুম্বা, অসিগুম্বা থবক অসি তৌজরগা মহাক্না সুংঙাইজবা অমদি উৎসাহ পোকচবা, মসিবু নাটকত্তা অসিগুম্বা চরিত্রবু, বীররসকী দয়াবীর রস চরিত্র কৌই। সুংঙাইজবনা মসিগী স্থায়ি ভাবনি। নোকনা নোকনা থোনা ফনা আত্মদান তৌবনা দয়াবীরগী লংলবা দৃষ্টান্তনি। খুনু থরং-লাবগী মশক ওইরবা দেবতাগী অয়াম্বা কোক্লবগী মহারাজ শিবিনা

মশাগী শদোংপিরম্মী, মহাক্না অসিগুম্বা লংলবা দৃষ্টান্তদি উৎলম্মী হায়বগীদমক শিবিরাজবু দয়াবীর কৌনরি। অসিগুম্বা রস অসিগী অভিনয় তৌবা মতমদা অভিনেতাগী মাই মিৎতা অচেৎপা শক্তম অমদি থৌজাননৈবা, অসিনচিংবা কোংদোকনি।

যুদ্ধবীর রস। কনাগুম্বা মুংশিজবা অমবু উদ্ধার তৌনিংবা নত্রগা মাংগ্রবা মরৈবাকপু উদ্ধার তৌনিংবগী রাখনদা লান শোরনিংবগী উৎসাহ উৎপা, মত্তুগীদমক মথাইবু পোম্বা ওইদুনা চৎপা, হেক ফংদ্রিবফাওবা হল্লক্তবা, মহাক্তুবু যুদ্ধবীরনি।হায়রিবা হিরম অসিগী অভিনয় মতমদা য়েরুবু মরু ফংনা মাংহন্নবা অচেৎপা রাশকনা মহু উৎকনি। পুক্রিং থৌগৎপনা যুদ্ধবীর রসকী স্থায়ি ভাবনি। লাইনা শোরুবা লান অমা উৎপনা যুদ্ধবীর রসকী গুরুত্বু ঙাকপা ঙম্মোই, থবক মহৈ য়াম্নিংবগী ভাব অদু নিংথিনা উৎতুনা অসিগুম্বা লানগী থবক অসি পাংথোক্নবা হোৎনবতাই। পুক্রিং থৌগৎপগী ঈহুল অদু নিংথিনা উৎপা ঙমদ্রবদি বীর রসকী থবকশিং অদু ফজনা শাৎতোকপা ঙম্লোই, যুদ্ধবীরগী উদ্দেস্যতুস্থু খংহনবা ঙম্মোই। লানগী মতমদা মাগী চান্নবা মীশকী উদ্ধার, অমদি মাংগ্রবা রাজ্যগী উদ্ধারগী ভাব অদু কোংদোক্তুনা য়াম্না উৎসাহগা লোইননা লাল তৌবনা রস অসিগী রীতিনি। অরানবা য়াওরবদি যুদ্ধবীর রসপু নিংথিজনা অভিনয় তৌবা ঙম্লোই। খুদম পল্লগনা রাণাপ্রতাপমকনি।

ভয়ানক রস। 'খংহৌদনা' করিগুম্বা অমা উবদা পুক্নিংদা 'পাখৎতুনা' 'অকীবা' 'পোকপা' অদুবু ভয়ানকরস 'হায়, 'মুপী

নত্রগা নীপা অনিমক্কী চরিত্রদা ভয়ানক রস উবা কংডি। অকীবনা ভয়ানক রসকী স্থায়ি ভাবনি। কীরগা কুচু ওল্লকই; খোন কাইবা, হুমাং কাংবা, তু-চুংবা, শিবকাওবা থোকপা য়াই। রস অসিগী কোংদোকনবদা, নাটক্কা নায়ক্কী চরিত্রদা অয়ম্বগী মতৌগুম্বা পাংদবা স্বভাব অমা লহল্লী! থোইনা মপুকচেল চাওবনা স্বভাব ওইবগী চরিত্রদা ভয়ানক রস পুথোকহনবদি মতিক চাদে। কনাগী মতিক-মখোনা উবদা কনানা কবম্বা কীধুনা চেনগদবা নত্রগা লোৎতুনা লৈগদবা হায়বসি অভিনয়গী মতমদা নিংথিনা উৎননবা মুম্বা তম-শিনগদবা ওই। অদুগা মপুকচেল তপ্পা মীনা খুদক্কা অকীবা উরবদা মহাক্ক করি অবস্থাদা মতৌ কবম্বা লৈবা, কীবদা মতৌ কবম্বা জ্ঞান মাংবা, অসিনচিংবা মুম্বা তমহুনা সংসারগী চরিত্রশিংদা লক্ষ্য থম্বা ভাবনি। হোৎনবা অমদি পান্দমফম লাকপদনা কুপ্পবা খোওং কয়াদা খংজিনবা ওম্মীবনি, মতুদগী অভিনেতা অভিনেত্রী-শিংনা জ্ঞান কয়া থোকলকলিবনি। অকীবা অৎওবা মতৌশিং অসি হৈশা ইশানা তত্তুনা অভ্যাস তৌবা তাই,অভিনয়দা রসপু নিংথিনা উৎপা ঙম্লবদি অভিনেতাগুগী উৎলিবা ভাবশিং অদু নিংথিজবা ওম্মী, মশামক্কসু মুংঙাইজবা ওম্মী।

**বীভৎস রস।** করিগুম্বা মরম অমদগী মহাক্কী থম্মোইদা তুকচবা পোকপা নত্রগা হঙ্গোইবা তুকচবা করিগুম্বা পোৎ অমা উরুবদগী হঙ্গোইবা পোকপা অদুবু বীভৎস রস কৌই। তুকচনবা পোৎতি, হলচংলবা অপুম্বা শত্রুম, নমথিবা, অপুম-অশা, ঙ্গ অসিনচিংবা অসি বীভৎস রসকী আলম্বন বিভাবনি, শত্রুমচিংবা

করিগুম্বা পোৎ অমা লংথোক্কুনা থম্বদা হম্নচিংবা চংবত্নদা তুক্কচবা পোকইবা অদুনা উদ্দীপন বিভাবনি অদুগা তুক্কচবা পোৎশিং অদু, উবদা তুক্কচত্নুনা, মনাতোন শুক্কৎপা, মতিন শিৎপা, মমাই লৈথোকপা অসনচিংবা হকচাংগী থোওং কয়ামরুম উরকই মশু বীভৎস রসকী অনুভাব কৌই। তুক্কচবা নত্রগা হঙ্গোইবনা স্থায়িভাবনি। তুক্কচকম ওইবা পোৎ থর উরগা, মুংদগী ভাব কয়ামরুম উৎলি অমসুং অসিগুম্বা ভাবশিংদগী হকচাংদগী শাওং শাথেক কয়া পোরকপদি শোইদবনি, অভিনেতাশিংনা মতুগী ভাবশিং সংস রগী ঘটনাগা চুনবশিংদু অভ্যাস তৌশিনবিত্নুনা অভিনয়গী খোইহি থাকাপগনি; অতোপ্পা অভিনেতা অমগী মতৌ তমত্নুনা অভিনয় উৎপা হায়বসি খুদোংথিনিংঙাইনি, ভাবকা লোইননা বীভৎস রসকী অভিনয় উৎলবদতা প্রকৃত জ্ঞান তানশিনবা ঙমগনি।

**অদ্ভূত রস।** অঙকপা থৌদোক্কা শুংক্ষংত্নুনা উৎথোরকলিবা ভাব, নত্রগা করিগুম্বা অঙকপা থৌদোক অমদি থৌওংশিংবু থম্মোইদা থল্লরগা অঙকপা ভাব অমা পোক্লকই, নাট্য শাস্ত্রদা মতুবু অদ্ভূত রস হায়না কৌই, অঙকপনা অদ্ভূত রসকী স্থায়ি ভাবনি। ওইথোকতবা থর উবদা, পুক্লিংদা অঙকপা ভাব অমা পোকপা অদুনা আলম্বন বিভাব কৌই, ঙক্লিংঙাই ওইবা বিষয়গী মতিক মগুণ অদুনা মসিগী উদ্দীপন বিভাবনি, অদুগা উদ্দীপনদু উবদা, তাবদা মিৎ কুপ্পুনা য়েংবা, মুখীগুগ লেংদবা, ঙকচানবা হমাং কাংবা, মতু চুংবা মখোন কাইরা তক্কিং তক্কিং তৌবা, চাদৌনা য়েংবা, মমিৎ লাওথোকপা অসিনচিংবা কয়া তৌরকই

মতুনা অনুভাবনি। রাখল তৌবা, ঙাইঙমদবা, হৱাওবা অসিনচিংবা অসিনা ব্যভিচারি ভাবনি। অসিগুম্বা ভাবশিং অসিদা তোংদুনা মতাং মতাং চাবদা অভিনয় তৌগদবা ওই।

**শান্ত রস।** অথোইবা তত্ত্বজ্ঞানবু ফংদুনা অদুগুম্বা সংসারগী ওইবা ইয়ুম ইকৈ ইচা ইশুনচিংবা ঐগী হেক লৈরিবা পরিবার শাগে নাতৈনা অন্তিমগী মতমদা করিসু ইতেং পাংবিরোই, লৈরিবা জীব পুন্নমক অমাংবা নাইবা মক্তনি খন্দুনা শান্তি ভাব (তপথবা রাখন) অমনা থম্মোইমুংদা সুংঙাইজবা ফংদুনা লৈথোকই, অদুগুম্বা ভাবকী মাধুর্য্যনা পুক্লিংবু ধীরতা ওইজনুনা তপথবদা মথংবা অদুবু শান্তরস হায়না কৌই। তপথবমকনা শান্তরসকী স্থায়িভাবনি। অসিগুম্বা শান্তরস অসিবু চৌনবী কাইদনা অভিনয় তৌরবদি, খরদংদি মফম অদু শান্তিদা লৈবসু দরকারনি। অসিগুম্বা জ্ঞান অসি তমশিন্নবগীদমক সংসারগী তত্ত্বশিং খিবা দরকারনি, মতুনা শান্তরসগী আলম্বন বিভাব কৌই; ভগবদ্ভক্তি তৌজনুনা, তীর্থ তীর্থদা কোইনা চৎতুনা সাধু সঙ্গ তৌবা মখোয় অসিনা উদ্দীপন বিভাবনি; অদুগা ভগবানগী আরাধনাদা লুপ্তুনা লৈবা, থম্মোইমুংগী ভাব অদুনা মতু-চুংজবা, মপি তাবা অসিনচিংবা উরিবশিং অদুবু অনুভাব অদুগা নিংশিংবা, অচুম্বা খংবা, হরাওবা, অসিনচিংবা অসিনা ব্যভিচারী ভাবনি। জ্ঞান লৈরগা মিংচৎ ফংনবগী রাখন্দা মাগী তৌরিবা পুন্নমক অমদ চরিত্র খুদিংমক ওইদবা, মাগী চরিত্র অদুদা নিস্কাম ভাব (মহৈ নিদবা) অদুদদা মরৈবা, মাগী চরিত্রদুদা ঈশ্বর-চিন্তা ওইবা বিষয় চাওহনবা

উপদেশ অসিমক মকংবা, মতুং শান্ত রসকী থোরম কোই। শান্তরসকী চরিত্রদা নাপন হায়সিমা শুকয়াও য়াওবা য়াদে, ঈশ্বরবু খাজবা, ধর্ম্ম কর্ম্মগীদা মহোৎনবা, প্রমাণ অমা হায়রবদা শ্রীচৈতন্যদেব, বুদ্ধদেব, শ্রীশ্রীঠাকুর রামকৃষ্ণ অসিচিংবা মধুর শান্ত-রসকী চরিত্রনি; অসিগুম্বা চরিত্রগী অভিনয় তৌবা তারবদি, মশক মতৌদা কন্দুক কল্লাকপনদি ওইবা য়াদে; স্বাভাবিকত্ব অচম্বনা ওইবা মশাগী মশক মতৌদস্থ অইংবা মীনা চরিত্র অসিগী পরিচয়বু উৎকনি। নাপন অমদি লমহেনবগী শকফম মাল্লবদি, চরিত্র অসিগী মমিকাওবা তাবা ওগদে। চরিত্রগী অভিনয় অতুদা অসিগুম্বা দোষশিং অসি লৈরবদি, অভিনয়দা শান্তরস ফোংদোকপা ওগদে, মতৌ মওং শংদবা অভিনয় অমা মতুনদুম থোকনি। মরম অসিনা শান্ত-রসকী ভুমিকাদা কুমহনগদবা মীশক্তি অরাংবা নত্তে।

নাট্যশাস্ত্রগী মরু ওইবা রস মাপনগী আলোচনা মকম অসিদা লোইরে। অভিনয় শিক্ষার্থী শংনা রসকী মতাংদা নিংখিনা নৈনহুনা অভিনয়গী মপুং ফাহনগনি।

# ৱাফম খরা অমুককা

নায়কী ( Hero ) ভূমিকাদা কুমহনবনা অভিনয় তৌবা ভাবদা তঙাইফদবা মগুণ খরা চংবা য়াদে। মশক মতৌ ( Stage Suiting appearance ) অদুগা খোনজেল খোন্দা ( Voice ) অসিনি। অনি অসি ঈশ্বরনা পিরকপা পোৎশকনি ; তশেংনা হায়রবদা মশাগী ওইবা মশক মতৌ অমদি মখোজেল হায়বসি ওন্থোকপা য়াদে। মখোন ইনৌ নৌবা অদুবু হোৎনবা কুমহনবা য়াদে, অদুগা পিশক পিকপা নীপা অদুবু য়াংহনবা ওয়দে ; মরম অসিনা চুং-ফীয়ান চাবা মশকমতৌ নিংথিবা মীশকনা নায়কী ভূমিকাদা কুমহনবা দরকারনি।

নায়কী ভূমিকাদা অভিনয় তৌবা তাবদি খোইদা পংরাং রাংগলবশু কায়দে অদুগা থিকনেশ্শু কজদে, হায়বদি নীপা অদুনা হেক্না রাংলনবা ওইরবদি য়েংবদা মিংনাবা হেনগনি। মরম অসিনা মা মরক ওইনা তৌবা, মথকী হায়জরিবা চুং-ফীয়ান চাবা হায়বা মৈতৈগী হাম্নবা অমা লৈরিবা মীশকুনা ওইগনি। খোনজেল খোনজাশু মধুর চেনবা অমদি গাম্ভীর্য্য নিংথিনা লৈবা পাঙী। খোনজেল অদুবা বে-সুর ওইরবদি অভিনয় তৌবদা পেনবা ওম্মোই ভাবুকনা। নিংথিজবা উচ্চারণ অমসুং সুংশিবা খোনজেল খোন্দালা নিংথিনা আবৃত্তি তৌরবতদা সাধারণ ভাবুকশিংগী মপুক্রিং চিংশিনখাদবনি, নত্রবদি মতিক লৈতে। ৱাফম অমা পাক্রবদা, খোনজেল সুংশিনরবা কনাগুম্বা

নীপা অমা গায়ক ওইনিংবগী অদুক মওঙঅমবসু পেনহলদি য়ানা থোকই মীবু। অভিনয় তৌবদসু মতুমকনি, মতিক চাবা স্বর দৈতনা নায়ক ওইনা কুম্বদি অদুক মতৌবা চায়বচু তাচুনা তোকই। মশক মতৌ মথোনজেল অমি চপ মান্নবা অদুগদা, অসিগুম্বা ভূমিকা অসিগী মতিক চাবনি।

অদুগা য়াফম অমনা, মমাংঙৈদা অভিনেতাশিংনা অভিনয় তৌবদা ভাবুকলোমদা তুং ওস্থোকপা অসি ব্যবহার থোক্কে হায়দুনা শুকওন ওস্থোক্তনবা লাকৈ, মরম অদুদগী Stage দগী চংখিবা কাওবা লে ংজং চংবা ওইনা চৎনবন্সী। তৌষ্ণুমসুং মসিমক্তি অয়ানবনি, অভিনেতাগী কয়ি কয়িগুম্বা মতমদা তুং ওস্থোক্তবা য়াদবা মতম লাকই। থনবিসু, রঙমঞ্চগী কয়িগুম্বা দৃশ্য অমদা নায়ক নায়িকাগী কয়িগুম্বা চরিত্র অমদা ঊশিংদা চোংথবা তারে, কয়মা চোংথগনি ? ইমুংদা চংশিনবা, লৈ হেকপনচিংবদা তুং ওস্থোক ওনশিন তৌবা তাবা অসিনচিংবা য়াম্না দরকার ওইবা মতম লাকই। মতাং অসিদা অভিনেতাশিংনা রঙমঞ্চদা থোক্তুনা অভিনয় তৌবা মতমদা থনবিগদবদি, কয়মা Nature তাগদগে, হায়বা অদুদনি, দর্শকশিংগী মমাংদা ওস্থোক ওনশিন মাং-তুংগী অভিনয় অতুমকনা দর্শকশিংনা পেনবিনবনি, হায়বা অসিমদি মতম পুম্বদা থনবিগনি।

আঙ্গিক অভিনয়গী মরমদা মথক্তসু হায়না থর হায়জগে; অহুগী মসুংদা মরুওইনা শাওং শাথেকৌ মরমদা অয়াবনি, দৃষ্টি (য়েংবা) অভিনয়দি পনজখিগ্রি, অহাংবা য়িংবেং ( Vacant look ) হায়রা

অসিন্থু আঙ্গিক অভিনয়গী মসুংদদি চন্নি, অদুবু মসিগী মরমদা খরদং পঞ্জগে। অহাংবা মিৎয়েং, অরাংবা মিৎয়েং, অনিসিনি। লোংদোনগী দেবতাশিংবু কৌরবা, রাখল মুন্না তৌবা, অসিনচিংবদা অরাংবা মিৎয়েং শিজরৈ। অহাংবা মিৎয়েংদি মতম পুম্বদা শিজিন্নগদবনি, ভাবুকশিংবু কোইয়েং য়েংহনা অভিনয় তৌগদবা নত্তে, মতুদি য়ান্না চোপ্পবা অভিনয়নি। যাত্রাগী কাংবুনা মথাং-ঙৈদা, হৌজিক্তসু কনা কনানা ভাবুকশিংদা ওনশিন্দুনা ফাগি তৌশিনবা য়াওই। মতুমকনা সভ্যতা অমা পুরকপগী মতৌনি নত্তে। অমুক্কা অতোপ্পা রাকম অমনা, নাটক সম্প্রদায় শেমগৎ-পদা ( Organization of dramatice club ) হায়না অমত্তি মতুংদা ; মসিমকনা কারবার তৌরগদবনি হায়বা ভাব অসিমদি তশেংনা পুমথা থাদোকপিগদবা ওই, নাট্য কলাগী চাওখৎননবনি হায়বসিনা মুখ্য উদ্দেশ্য ওইবনা তঙাইকদবনি। নাট্য সম্প্রদায়দা অদুক্কী মতিক শিক্ষিত ওইবা মীওইনা তিল্লবদি ( Combination of educated men ) অদুক্কী মতিক ফবা হেল্লি। শিক্ষিত ওইবা মীপা অমখক্তগী নাটক্কী লোন, ভাব অমদি সৌন্দর্য্য অমসুং নাট্য কলাগী খোংথাং খুদিংগী ফগৎহন্নবা হোৎনবা কংবা অদুগুম্না, অশিক্ষিত অমদগী কংবা য়ানা থোকনি, কয়ি করিগুম্বা মফমদা অমা অনি ওইবা অশিক্ষিত অভিনেতাগী মরক্তা অঙকপা শক্তিগী ( divine gift ) প্রভাব উবা ফংই। মসিমু মশাগী ওইবা শক্তি অমগী রাকমদনি, মহাক্না সাধারনগী ওইবা নিয়মশিং খংজিন্না খোৎচিনবদি য়ানা থোকই।

অভিনেতাশিংনা লেপ্পগী মীরেপ (Posture of standing) কাওবা তমশিনগদবা ওই। মঞ্চকী অভিনয় তৌরগ থোকপদা কয়াম তৌনা লেপকদবা হায়বদু খংজিনগদবা ওই। নাটক চাদবা মওংদা মবুক ইথোক্তুনা লেপ্পগা মওকশম ইপৈ পৈথোক্তুনা অত্রগা থোংকম অনি চপ তিংনা লেপ্তুনা প্যারেড ( Parade ) কী মতৌদা, কষ্টৈবলগী মতোংগুম্বা থোংকম কয়া নেত্তুনা অভিনয় তৌবা চুমদে। থোক থোকননা লেপ্তুনা উগী হংলাইগুম্বা লেপ্পবশু য়াদে; ময়াম অসিনা মীরেপকী ময়মদা য়াম্না চোক-শিন্না য়েংশিনবা ভাবনি, মতিক মথোনা লৈবা মীশকনা মতৌ করম্না লেপকদবা, অহল ওইরবা অদুনা শোক্ষ্ণকলবা মশা মতৌ কয়মনা ভাকশেন্দুনা লেপফম থোকপা, হায়বা অদিনচিংবা সিংথিনা বিচার তৌবদি তঙাইফদবনি। কনা কনাগুম্বা অমুক অভিনয় তৌবদা মমিং অদু ইথক থকনা মাগী Co-actor অদুদগি য়েংদনা অভিনয়গী ভাব অদুবু খংজিনহনবদু নত্তনা মাইকৈ অমদা য়েংদুনা লৈথোকই। অসিগুম্বা অভ্যাস অসি থাদোকদবনি। ইংরাজী রাজাই শার্লবা মহাক্কী মাইকৈদা মমিং অদু য়েংদবগী মওং করম্বা লৈরবা? Co-actor অদুগা রাজী রাজাই শাবগী ভাবতা লেপকনি, মদুগী ভাব ভঙ্গীশু উৎপত্তাগ; মত্রমদি মশাগী ভূমিকাদা অভিনয় তৌবদু কদৌডৈদা কঙ্গরোই। লেপ্পগী পাও-শাথেকী ময়মদা শীয়জগদবা হায়বদু, ইরাই লাইনা, মহৌ-শাগী ওইবা, 'অমসুং রসকী' মতোংগা চায়বা স্বাভাবিক ভাবতা লেপ্তুনা অভিনয় তৌবনা থোইদোকপা মিয়মনি।

চুম্নদগী লেপ্পনমক তমগদবা নত্তে, চংলকপা অমদি থোকখিবা (entrance and exit) অসিদা মতম অয়াম্বদা অভিনেতাশিংনা খুদোংথিবনা-নম্মী। চরিত্র চরিত্রগী মতুং ইন্না অভিনেতাশিংনা চংথোক চংশিন তৌবদা রুচিসঙ্গত ওইবা দরকার ওইবা অদু-গুম্না অমুক চংথোক-চংশিন তৌবগী মাইকৈদসু লক্ষ্য থম্বা দরকাররুনি। থুনা চংলকদবা, লোম্না চংলকদবা, তপ্না লেম্না চংলকদবা অসিনচিংবাসি নিংথিনা খন্দুনা ভূমিকাদুগী হিসাব তৌদুনা অভিনয় তৌবা দরকাররনি। নাটকতা লাইরিক অদুদা চংশিনবা অমদি থোকখিবা ইদুনা লৈরি, মদুগী মতুংইন্না চংগদবনি, হায়না কোম্থনা চংশিনবা থোক্লবদি অভিনয়গী নিংথিবদু ঙাকপা ঙমদে। নাটকতুগী উদ্দেশ্যবু খংনা চংশিনবা অমদি থোকখিবগী বিধি অদু নাম্থোকহনবা চুমদে।

অভিনয় তৌনা তৌনা মঞ্চং অদদা লৈবা চুংদে। অদুম্না মঞ্চং অমদা লৈরবদি রাম্বাগী মতুং ইন্না মথৌ পাম্ব থোকপগী থবক কাওথোকখিদুনা অভিনয় অদু নিংথিহনবা ঙমলোই। পোষাক শেংচিনবা লোইরবা মতুংদা অভিনয়গী মতমদা চংথোক-চংশিন তৌগদৌবা অদুগী মরমদা নিংথিনা রাখল তৌবা দরকাররনি। অভিনয়গী মতমদা চেম্বরকইবা রারী অদুগী মখাইগুহম্মৌবা, করম্না মতাংদা রঙ্গ-ক্ষদা অমদি আসরদা চংশিনগদবা অদিগী মরমদা কম্নিসু রাখল তৌবা লৈতবা, মতাং ইচা-চাদনা নোক্ন থেক্না লৈথোকপা, নত্রগা দায়িত্ব লৈতবগী মতৌগুম্না তুমদুনা লৈথোকপা, অসিগুম্বা অভ্যাসশিং অসি অকবা নত্তে। অসিগুম্বা দোষশিং

অসি থাদোকপা ওমত্রবদি উন্নতিগী আশাসু ওইথোক্তবনি। রঙ্গমঞ্চ অমদি আসরদা অভিনয়গীদমক অভিনেতাশিংনা হায়রিবা দোষশিং অসি ভংহাইফদনা থাদোকপা তাই।

রঙ্গমঞ্চদা অভিনয় তৌবদা নিংথনা মিংচং তানশিন্নবা অহুকী মতিক, অভিনয়গী মতমদা পুক্লিং-হকচাং য়াওনা মশাগী তৌকম থোকপশিংহুদা রাখল তৌবা দরকার ওই। অভিনয় তৌবসি-মকনা দরকারনি হায়না পুক্লিংদা খল্লুনা, সংসারগী অরা-মুংওাইপুম্বা কাওতুনা মতম চানা কীজেৎকমদা লাক্কুনা নিংথিজনা চরিত্রগী মতুংইন্না পোষাকশিং লৈভেংলবদা, মশাগী ওইবা ইষ্টদেববু অমুক-হং স্মরণ তৌজবগী অভ্যাস তৌবদি থোইদোকনা অকবনি। অভিনয় তৌরিবগী মমাংদা অভিনেতাশিংনা ভাব-রস লৌশিন্নবগী লক্ষ্য তৌবনা মতিক চাবনি, মখনতা অস্রুম্বা থঙ্গকম থোকই, "ঐসি নাটকী অভিনেতা নত্তে, সংসারগী সত্যকারগী স্বাভাবিক চরিত্র অমনি; থোকমিন্নরবা অভিনেতাশিং অহুবুসু অস্রুম্বা খনগদবনি, নাটকী ঘটনাগী ঈচেনশিং অহু দর্শকশিংগী 'অশেংবনি' হায়না নিংহন্নবা হোৎনগদবনি। পুন্নমক অসি দর্শকশিংগী পুক্লিংবু অয় তৌনবা, মশাগী কণ্ঠস্বরগী মাইকৈদা খল্লবা, ভাব-রসকী মওং মতৌ চাহন্নবা, চংবা থোকথিবা অমদি চৎথোক চৎশিন কীরেপকী মাইকৈদা মুন্না খল্লবা দরকারনি। ভাব ফোংদোকপদা নোকপা মতমদা নোকপন্থু পাম্মী, অন্নাবগী মতমদা, অন্নাবন্থু পাম্মী, মথোনা কপগী ফোংদোকপা মতমদা বীরগী মতিকী ভাব-রসন্থু পাম্মী। সংসারগী প্রকৃত ঘটনা লৈরিবশিংদগী উরিবা ভাব-রস মহুত্তা

অভিনয়গী মতমদসু অভিনেতানা অহুগা চপ মান্নবা ভাব অদুদা তাওবদু দরকারনি। ভাব রসপু মাওত্রবদি অভিনয় অদু পুম্নমক মপুং ফাদবদি শোয়দবনি। ভাবাবেশ ওইদুনা করুণ রসকী অভিনয় তৌবদা, হেক্তনা, খবাক্তা খুদুমনা কপলাওদুনা তৌবদি নিংথিকদ্রে, বীররসকী অভিনয় তৌবা মতমদা য়াম্না চোং-ফন্দুনা হেনজিন্না লাওখোংদুনা অত্তাংমচাগী মতৌ ওন্না তৌবদি অভিনেতা অমা ওইবগী মতৌ নত্তে; মীনা নোক্নবনি হায়দুনা, চরিত্রাভিনয় অদুগী ভাব কাওখোক্লুনা অস্বাভাবিক ওইবা মতৌদা মখোং মখুৎ হাইবা অমদি মখাংনচিংবা পংনোম নোমদুনা অসভ্যতা উৎদুনা হাস্যরসগী ভূমিকাগী অভিনয়বু থক তৌরোইদবনি। অচম্বা ভাবরুদি মদুদা 'অহা-হা' তৌনা খবাক পংখ খুবা য়াই, তৌইথম্মসুং চংখোনবা দর্শকশিংনবি ফুক ফুক হোৌগৎহুনা রঙ্গালয়দু থাদোকখিব য়াই।

অভিনয় তৌবা তারবদি পার্ট চিনকা পুখোকপা তাই, ভাবরসনা ভিনবা পার্টতি অপিকপা ওইরবসু মমল লৈবনি; ভাবরসকী ভূমিকাদা অভিনয় তৌরবদি মশা মউ কবা পাম্মী, মশা অদু হেক উবদা মুংশিবা সৌন্দর্য্য লৈবা পাম্মী। লোনম তৌবা, মপুক ফত্তবা, খুদোংথিবা মী ওইবা, মশাগী ওইজবা থীবা, হায়রিবা পুম্নমক অসি পুমবা থাদোক্লুনা অভিনেতা ওই-রবদি লাইগুম্না চরিত্রবান ওইবা, শিষ্টাচারী ওইবা, সরল-হৃদয় অমদি সু-প্রেমিক ওইগনি। ঐখোয়না মখোয়বু সিদ্ধ নট-নটীশিং হায়না উপনি, মখোয়দুনা গন্ধর্ব্বলোকপু লাইবা মাংহনবা ঙমগনি।

মীওইবগী সাধনাদনা গন্ধর্ব্বলোক্তা পৌকপশিংদুনা মীওইবা ওইনা লোক্তুবনি হায়না উপ্পনি। মখোয়না রাজাং-রাজা থুম্মী, খোঙগী হৈ, দাতানি, নৃত্য গীত-বাদ্যদা দক্ষতা ওইবা, নাট্য শাস্ত্রজ্ঞ ওইবা, চংজক্রম ওইবা, অহিংসা, অমদি শাস্ত্রজ্ঞ ওইবদনা গন্ধর্ব-লোকপু লাইনা জয় তোবা ঙমগনি। প্রকৃত নটগী থম্মোয়দি দেবত্বনা মপুং ফাবনি; অভিনেতানা অশাস্ত্রীয় ওইবা, নিয়ম লৈতবা য়ু থকপা, লৌনয়চাওবা থক ওইরোইদবনি। মখোয়-দুনা মীওইববু শা ওইহল্লি, মরম অসিনা অসিগুম্বা থবক অসি অভিনেতাশিংনা থক তৌফদে। অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা মহৈ মহৈ মচিন, মৌপা মচে মচনগুম্বা থমবা দরকারনি, মসিনা চরিত্র-হীন ওইদুনা লৌন-লৈনদ্রে হায়বনচিংবা অসি দ গুণওই ওইহল্লোইদবনি। মরম তৌরবদা, মশাগী চরিত্রহীন ওইরবদা নত্তুনা নাট্য জগৎপুসু মশক থীংনদুনা অভিনয় কলাবু মমজা লৈহনদে।

অভিনেতাশিংনা তৌনিংবদা তোবসিমা নিংথিনা থাথোকপা ওই, পার্ট ফাবগীদা থংদে, রিহার্স্যালগী মরদা থংদে, তবগী মতমদা থংদে, অভিনয় তৌবগী মতমদা থংদে, পোষাক শেৎপদা থংদে, রঙ্গমঞ্চদা থংদে, ইশাগী অনিংবদা তৌবদি তৌবা হৌনত্তে হৌনবীগী হৌনবীদু উক্কা চৎপাদ ওঙোইকদবনি। মত্তিক চাবনা থায়বা হিসাবতা পিরিবা ভূমিকাগী ভাব-রস অমদি লোলগী চুশিন্নবা হোৎনগদবনি পার্ট ফাবা ওক্লসু চৎনবা নত্তে। রিহার্স্যালসু অমুক্তসু য়াওদনা ইশাগী পার্ট চিনফা পুরে ঐদি অহৈবা

অভিনেতানি হায়দুনা করিগুম্বা ভূমিকা অমদা কুমহৈদা অভিনয় তৌবা হৌনদে, অদুগা অভিনয়গী পোষাক শেৎচিনদুনা paint সুং তৌরগা মপান্দা থোক্লুনা পোৎনচিংবা পোৎকমদগী লৈ-খোৎতুনা চাবা চুমদে। মমাংঙৈদা লৈকাই লৈকাইগী ওইনা থিয়েটার, ষ্ট্রীশো তৌনরম্বা মতমদা অভিনয়গী পোষাক্‌চিংবা শেৎচিল্লগা মপান্দা থোক্লুনা পোৎফম কম্বীদগী পোৎ লৈহুনা চানরম্মী। মহুদা পোৎফম ফম্বীনা অমদি অতৈ ভাবুকনা মাবু থাগৎতুনা "ইবুংঙো ঙৈদা, ফজৈদা, পকচৈদা।" হায়বদুদা "কদাইদগী ননাই ঐ পংতৌ তৌজবা হায়দুনি" অসুম্না মীনা থাগৎপদু তাগ-দবগী কোঙ্গাই অমনি থোক্লারবা। মদুনচিংবদু মতম মতমদা অসুম অসুম মুৎথরক্লে, তশেংবদি মসুম্না তৌবদি য়াম্না ফজবা অভ্যাসনি।

মরম অসিনা অভিনেতা অভিনেত্রীশিংনা সদগুরুগী মফমদা অভিনয়বু নিংথিনা তমদুনা মখোয়গী পবিত্র অভিনয় অদুগী কলা কৌশলশিংবু হিংহনবিয়ু, মহুনা ঐখোয়গী শকয়েং মিংশেল্লি, রঙ্গালয় অমদি আসরগী মাধুর্য্য হেনগৎকনি, বিষয় অসিদা করিসু চিংনকম লৈতে; অদুগুম্বা জীবনগী গৌরব অহু অদোমগীনি অতৈ অমগী নত্তে।

# রঙ্গমঞ্চ অমদি আসরগি মরমদা খরদং

থিয়েটার তৌবা ত'রবদি মতিকচাবা রঙ্গমঞ্চ দরকাররনি। অদুগা নিংথিজবা মতিক চাবা অভিনয় লাইরিক্কা চান্নবা scene দরকাররনি। থাংমৈনচিংবা থানবা তাই, যাত্রা অভিনয়গীদমক আসরদা মণ্ডলীনচিংবা শেম্না তাই. মণ্ডলীগী ফজনবগীদমক নিংথিজনা শেম শাবা তাই, "কদাইদা মতৌ করমনা ফজনবা হোৎনসিবা" অসিনচিংবা খনবা দরকাররনি।

**রঙ্গমঞ্চ**। রঙ্গমঞ্চ অদু নিংথিনা শেম-শাদুনা থগলগা অভিনয় তৌগদবনি, অদুগুম্না রঙ্গমঞ্চ অদু নিংথিনা হৈরবা খুৎলৈবনা নিংথিনা শেম-শাদ্রবদি নিংথজবদু য়োৌবা ঙম্লোই. "মতৌ অদুগুম্না শেম-শারবদি ইকাইখুম্নফমগী মশক ওতবা রঙ্গমঞ্চ ওইগনি" হায়বা মওংদা শেমগদবনি। য়াম্না জ্ঞানী ওইবা মীওইগী পাওতাক মতুংইন্না মঞ্চ অদু কদাইদা করম তৌনা শেম্লগা ফজনা অভি-নয়গী থবকশিং অদো চংথবা য়াগদগে হায়বদু য়েংদুনা শেম্বা তাই, অদুগা মহাক্কী পাওতাক মতুংইন্না য়াম্না হৈনা-শিংনা শেম-শাবা তাই। অদুম্না শেম-শাগদবনি হায়বদু ভুল তৌরবসু সংশোধন তৌনগদবনি। জ্ঞানী ওইবা মীওইগী পাওতাক মতুং-ইন্না শেম-শাপ্রবা রঙ্গমঞ্চ অদুদি ফজবা তেনগনি অদুগা stage manager শিংগী stage technic অদুনসু অমুক্কা হেন্না নিংথি-হল্লি মখোয়গী Decoration অদুদা দর্শকশিং অপেনবা ওইজৈ। stage manager না ফজ-ফজবা মতিকচাবা scene কয়ামকুমনা

অভিনয়বু থোৌগৎহনবা হেনগৎহনবগুম্না মাইকৈ অমস্রোমদা হৈ-শিংলবা আলোক-সিলপীনা ( থাংমৈগী খুৎহৈবনা ) মাগী হৈশিংবনা থোৌগংলবা দৃশ্যশিং অদু উবনা অভিনয় অদুবু ফজবা হেনগৎলি।

মমাংহৈদদি ইচম-চম্বা petronmax তা light box শেমদুনা গথুম পাল্লগা মৈ-মুৎথোক মুৎশিনগী সরঞ্জাম অসি তৌবা লৈতমা, ইতিং তিংনা ইঙান ঙাম্না অদুম মথাল্লি। হৌজিক্কী Electric মতেংনা অঙাংবা, অশংবা light অসি শিন্নরমদে। মতম অদুগী থিয়েটার মউৎ অদুদি অভিনেতাশিংনা গথোয় মথোয়না পার্টি শেমজদুনা চহিগী ওইনা উৎচবনি। লেংদবা Hall লৈজরম্বা নত্তে, মতমগী ওইনা Temporary stage শাদুনা Free show উৎচবনি। খুদম ওইনা স্নাজন্মাস্থান্দা, স্বর্গীয় মনিপুরেশ্বর ১০৮ যুক্ত মহারাজ চুড়াচাঁন্দ সিংহজী K. C. S. I. C. B E. গী জন্মবার উৎসবতা স্না জন্মস্থানগী পার্টিনা, জনষ্টোন স্কুলগী সরস্বতী পূজা উপলক্ষদা M. D. U. না উৎপা, শিংজমৈ মখা ড্রামাটিক ইউনিয়ননা চহিগী ওইনা উৎপা, অসুম্না লৈকাই লৈকাইদা মৈগী শিল্পী থোইনা য়াওদনা উৎনরম্মী।

হৌজিক্কী যুগতদি মচু নত্রে, মশা মশাগী Hall দা Electric ফংলবদি ফংলে, নত্রগনা মথক্কী অসুম্না Light Boox চন্দুনা Electric কী মতৌগুম্না ligt off-up অমদি অঙাংবা অশংবা মৈগী নিংথিজহনবগী নানা প্রকার হৈ-শিংবগী মতৌ লাকলে। মৈগী শক্তিনা দৃশ্যশিংবু মশক তাকপদা ময়েক শেংহল্লি। মত্তুদি যুমথক্তা মুংশাগী মঙাল; ছাদকী মথক্তা পূর্ণিমাগী থা

অমদি থাবল. নোংচুপলোমদা লৈথপ্রবা কোরৌহনবগী মঙাল উৎপা, নোংপোকলোমদগী ছন্দোরকপদা ঙাইরিবা সুমিৎকী মঙাল, অসিনচিংবা উৎপদা light কী মতেং ওন্থোক্না চংলিবনি অমসুং মদুগী হৈ-শিবিদু শিজিন্নবা তাবনি। অদুগা সহর, খুজ দা মৈ চাকপগী দৃশ্য উৎপদি অয়াইবা থবক নত্তে। stage দা মৈ চাকপগী দৃশ্য উৎপদা মফম মফমদা মৈ চাকহনবা, অমদি হোৎনবা ওই-থোক্কবা মতৌ, মতু লাইনা মুমখিবা পুন্নমক অসি হৈ-শিংদবা য়াদবনি। মসিগী মরমদা হেন্না থংলগা মতিকচাবা মবুদ্ধি লৈবা মীওইনা রঙ্গমঞ্চদা শেম-শাহনগদবা ওই, কদাইদা মতৌ করম্না লেংদনা লৈহনগদবা মৈগী থবক, মদুগী plane গী মতুংইন্না বিষয় খুদিংমক্তু মাথাদা থম্নবা মবুদ্ধি লৈবা মীশক দরকারনি। নত্রবদি অসুবিধা থোকনি। মরম অসিনা য়াম্না নিংথিনা থবক তৌননবা মদুগী সুবিধাগীদমক রঙ্গমঞ্চগী মনুংদা light manager গী মফম অমা নিংথিজনা কন্দুনা খুদোংথিবা অমত্তা থোক্তনবা শিনগদবনি। Flash light অমদি অতোপ অতোপ্পা light কী সরঞ্জামশিং তৌননবা থৌরাং পুম্বা পুম্না light manager গী দায়িত্বনি, মাগী মাথাদা মদুগী নিংথিজহন্নবদু জমানি। Foot light, top light পুম্নমক ঠিক ওইনা শেম্নবা সুবিধা রঙ্গমঞ্চদা শেমগদবনি। অসিগুম্বা light কী হৈ-শিংবসি হৌজিক্কী মতমদা M. D. U. অমদি রূপমহলদা তত্তনা থেংনরি। খুদম ওইনা হায়রবদা M. D. U. গী "কেগে লমজা'গী অহানবা scene দা light কী হৈ-শিংবনা উৎলিবা মতৌ, রূপমহলগী "হরানবা" play গী অহানবা scene গী light decoration, শিংথাদবা ওয়োই।

Petromax না Light Box চন্দুনা মৈগী সরঞ্জাম উৎপদা মৈ-শিংনা উৎখিবসি "নব্য নাট্য মন্দির" না কনা মাংজোননা হোদোকখি, মদুগী light Tachnice অদু স্বর্গীয় ওইনাম লালগোপাল সিংনি। মগাক্কী অদুগুম্না light Decoration অদু Electrice light তগী তাবা নত্তে।

মসিনা রঙ্গালয়গী light কী মরমদনি, কনাগুম্বা public না চুম্বা থিয়েটর তৌবা নত্রগা কোইনা চৎপা ড্রামা পার্টি কনানা য়ুম য়ুমদা চত্নুনা অভিনয় তৌবা তায়বদি stage দরকারনি, platform য়াংতক তৌবা অমা শেম্বদা তারিবা অদুনা করম্না শেম্বা তাবা? মদুগীদমক থৌরাং তৌদুনা থমম্রবদি; plat form অদু শাননবা, অভিনয় উৎকদোরিবা জাগা অদুরাইদগী উতেক য়াতেক বেঞ্চনচিংবা য়াই-থোংতুনা হোৎনবতাই, মসিদা ওন্থোকনা অরাবা হায়বহ ওইগদৌরিবনি। অরাবসিদগী করুবা ঐখোয়না Temporay stage শাদুনা থম্বা তাই, হায়রিবা Temporay stage অসিগী মপোৎ-মচৈশিং অসিবু চেংকশিন্না থম্নবা মীশক অমদা শিন্নদুনা থম্বা তাই। অসিগুম্বা Temporay stage অমদি plat form তৈয়ারী তৌননবা সাধারণ ওইবা নিয়ম চাওরাকপা অমদি লৈবতাই, মদুগী মাপ অমা মথাদা উৎচরি।

Temporary stage—অভিনয়গীদমক উতেক য়াতেক অমদি চৌকি মুংগীগী মতোংনা platform শাদুনা অভিনয় তৌবদি থোইদোকনা থুদোংখিবগী মশক্নি। মরম অসিনা stage অমা শেমগা পুদুনা চৎননবা, মদুগী থৌরাং তৌবা দরকারনি, সাধা-

য়নগী ওইনা. করম্বা ম্যাপতা শেম্বা মচুগী চাওরাকপা অমা মোটা-মোটি ওইনা খংনবা পিজরি, stage গী prosceuium দা অপিকপা অচৌবা কয়ামরুম থোকলি। ফুট ২০ না ষ্টেজ ওইরবদি মাগী ড্রাপ শিন্না ফুট ১৫, ফুট ৩ না ফ্লোর, ফুট ৩ না টপ, ফুট ৩ না সাইড ওইনি, ত্রো ফুট ২ সাইড কর্ণার ফুট ২, অমস্থুং মথুংগী চিংথোক চিংশিন্না ফুট ১১/১২ না ওইগনি।

ফুট ২৪ না stage ওইরবদি মচু ড্রাপ শিন অচু ফুট ১৮, ফুট ৩½ না floor ফুট ৩ না Top অমস্থুং side ফুট ৩॥০ নি ত্রো ফুট ২॥০ অচুগা side corner ফুট ২॥০ অমস্থুং চিং-থোক চিংশিন শিননা ফুট ১৭/১৮ না ওইগদবনি।

ফুট ৩৬ না stage ওইরবদি মচুগী ড্রোপ শিন অচুনা ফুট ২৪ না ওইগনি, ফুট ৪ না floor, ফুট ৪ না Top, ফুট ৭॥০ side, ত্রো ফুট ৩ side corner ফুট ৩ অমস্থুং মথুংগী চিংথোক চিংশিন শিন্না ফুট ২১/২২ না ওইগনি।

Stage গী মমাং ইথং থংবদা Screen অমা শিজিন্নগনি। অভিনয়গী দমক শিজিন্নরিবা শিনশিং অসি থাদবা-চিংখৎপা-চিংবা তোননবগী দমক রাগী নত্রগা উগী বোলারদা থোরিনা য়েংতুনা শিজিন্নগনি। শিনশিং অচুদি রাজসভা, উমং, লমহাং, রাজপথ, তুরেল, কক্ষ, Ordinary chamber, Poyet chamber খুল্লকী লম্বী, লানশং, লানবন, চীং অসিনচিংবা। সাধারণ ওইনা ডায়রবা শিনশিং অসি দরকাররনি। রঙ্গমঞ্চদা অতৈ শিনশিং শিজিন্নৈ, মতুংবু Box সিন হায়না কৌই, হায়রিবা অসিদ উগী ফ্রেমদা ফি তিংতুনা কাবজাগী গতেংনা খিন্দুনা থম্মী অমস্থুং

রঙ্গমঞ্চদা দরকার লৈরবা মতমদা শিজিন্নৈ; হায়রিবা শিনশিং অসিদা গোগাইদুনা থোং, থোংনাওনচিংবা শেম্বদা খুদোং চাই, মঞ্চদা কবজাগী মতেংনা থিংদোক থিংজিন য়াই, হেক উবদা চা-মবা থোং-পোংনাও ওইরবোই নিংঙল্লি। রঙ্গমঞ্চদা অসি নত্তবা অতোপ্পা শিনশিংসু শিজিন্নৈ, মখোয় অদুবু ঠেলা-শিন হায়না কোই। Stagc গী মথক্তা মখাদা flat শিং কিট তৌরগা রোলারনা নত্তনা চিংথোক চিংশিন তৌই, মসিগী system অসি M. D. U. না হৌজিকমক তৌরি। মসিনা য়াম্না মতম চংদনা দৃশ্যশিংবু মপুং ফাহনবা ঙম্মী। অমুক্তা হেন্না মতম চংদনা Nature তাবা দৃশ্য উৎননবগীদমক্তি অরৈবা platform তনা ঙমগদবনি। মত্তু হৌজিকমক্তি মণিপুরদা লৈত্রি।

নাটক-নাটকতুগী মতুং ইন্না হায়রিবা শিনশিং অসিদা নত্তবা, মতেক মতেক ওইবা উগী, লৈপানগী ঝাউগী শিন শেমজুনা থম্বা তাই। রোলারনা শিনশিং চিংখৎপা থাদবগীদমক থৌরি অমদি কপিকল দরকাররনি। শিন চিংখৎলগা থৌরি অদু নিংথিনা পুন্দুনা stage গী নাকল অমদা লেংদনা থমগদবনি। অশাংবা রাশাং অমা ফৈনা পুন্দুনা থম্লবদি মথং মথং শিনশিং অদু ফজনা পুন্দুনা থম্নগী সুবিধা ফংগনি। Stage গী দরকার ওইকা থবকশিং অদুগী বন্দোবস্ত নিংথিনা লৈরবদি অভিনেতা-শিংনা অভিনয় তৌবদা করিগুম্বা অসুবিধা অমত্তা থোক্তে।

***প্লাট ফরম*** **:—Temporary stage গীদমক temporary platform দরকার ওই য়ুম-অম-অমদগী মথল মথলগী** ক্লানশাংমচিংবনা platform শেমদুনা য়াম্না রানা অভিনয়

উৎননবা থৌরাং তৌই ; মসিদা platform শাবদা য়াম্না খুদোং চাদবা মতাংস্ন লাকই ; কানসাংনচিংবা অদু অনেম অরাং মায়দবা অমদি ইফং-কংদবা মতাং লাকপদা, য়াম্নুংনা ফৈ-ফৈদুনা plat-form শেম্নবা হোৎনবদা য়াম্না খুদোং চাদবা থোকই। মরম অসিনা temporary platform অমা শাদুনা নিংথিজনা থমগদবা ওই, অদুম তৌরবদি খুদোং খিবা. মতম মাংবা করিসু লৈরোই, উপাকশিং অদু নিংথিজনা কিট তৌশিন্নগা অতোং অকুং লৈতবা platform অদুদা অভিনয় তৌবদ. খুদোংচাবা হেনহল্লি।

plat formগীদমক উপাক কয়ামরুম চংবা তাই ; মদুদা সুবিধাগীদমক কুট ২ পাকপা কুট ৫ রোম শাংবা দর-কারনি। stage গী মাপ তৌরগা মখুংদা নাকন্দা চৎথোক চৎশিন তৌবা য়াননবা মকম থন্নগা pletform শেমগদবা ওই, মদুদা উখোংবা অসুক চংগদবা হায়বা অদুকী মশিংগা কোন্নবা উথুল নিং-থিনা তৌরগা য়ুংগদবনি। অসুমনা উথুল তৌদুনা য়ুংলবা মতমদা অতোপ্পা কাংকৈ অমা পিদুনা য়ুংলিবদু ফজনা লেপহনগদবনি মদুগী মথক্তা হায়বা শেম-শাদুনা পুরকলিবা platform অদু কিট তৌ-শিনগদবনি। মতৌ অসুম্না তৌদুনা platform অদু মতম চংদনা লাইনা লাইনা শাদোক্তুনা অভিনয় অদুগী সুবিধা ওইনবা তাই। মতৌ অসুম্না তৌরবদি মকম মতম খুজিংদা লাইনা পুদুনা stage অদু কিট তৌগনি।

Stage অদু পানথক্রিদৈদা platform পানথংনবগী থবকনা হায়না লোইশিনখিবা তাই ; platform শাববা মখুংদা stage পাথংনবা বাগী কেূব অমা শেম্বা তাই। temporary stage

গীদমক ক্রেম শেন্নবা রাদি ১৫/১৬ কুম্বা দরকাররনি। উইংসকী থোরি থোনাইনচিংবা পুন্নবা রা ৫—৬ লোম অমগা দরকাররনি। Tempory stage নি হায়দুনা platform অদু মথোং চাদনা হিংজোং কাইজ্রোংনা তৌকদে; অদুম তৌরবদি অভিনয়দা অকাইবা লাকনি; কীগ্থবনচিংবা মথল কয়াগী খুদোংথিবা ফংবা য়াই। থোক-থাক-থোক থাক নোম্নবদি অভিনয়গী ভাব-রুচি অদুদা পুক্নিংদি চংদনা দর্শকশিংগী অপেনবদো গাংগনি। মরম অসিনা য়াম্না চেংকশিন্না হোৎনবা তাই।

***যাত্রা অভিনয়গী আসর।*** যাত্রালীলাগীদমক মথক্তা হায়থ্রবা ময়ামশিং অসিমক নত্রবসু মফম অমদা ময়াম্না য়েংবদা খুদোং চাগদবা অমদা আসর শেম্বা তাই। অভিনয় তৌফম অদু করাস থারবদি নিংথিবা হেল্লি। মথল কয়াগী ছবি অমদি ঝালর নাচিংবা য়ন্দুনা আসর অদুবু নিংথিবা হেনগৎহনগদবনি, অদুম্না তৌরবদি দার্শকশিংগী মপুক্নিং পেনবা হেল্লি। আসর অদু য়াম্না পিকমনবা ফত্তে, মরুদা অভিনয় তৌরবদি অভিনেতাশিংদা খুদোং চাদবা ওই। অভিনয়গীদমক আসরগী মাপ য়ামত্রবদা ফুট ২০ × ২০ নত্রগা ফুট ১৮ × ১৮ দদি ওৎহনবা দরকাররনি আসরগী নাকন অনিদা বাদ্য যন্ত্রীশিং অমদি সূত্র শকপশিং লৈগদবনি। আসরগী মনুংদনা নিংথৌ মন্ত্রি নত্রগা নায়ক নায়িকাশিংগী চৌকি শোকা-নাচিংবা থাদুনা থমগদবনি। মখোয়গী ওইরোম থংবা মাইকৈদা prompter নচিংবা থম্বসু calcutta গী অপেরাশিংদদি চৎলৈ।

আসরদা মকম কয়াদদি লৈপাক্তা করাস থানৈ, অদুগ্না থিয়েটর শেণ্টরনা শিল্লাংদুনা মণিপুর "যাত্রা ফেষ্টিভেল, প্যাণ্ডেল

খন্নুনা তৌবা মতমদদি, platform শেন্নগা ফরাস থাই, মতৌ অমুম্না তৌবা অসিসিদি ওস্থোক্লা কক্ষবনি। অভিনয় উৎপদা অভিনেতাশিংগী উৎসাহ হেল্লি অদুগা দর্শকশিংদমু হেন্না খুদোং চাই, আসরগী সম্মানমু ওই। ফরাস ইথা-থাদবা লৈপাক্লা চেক্লা উৎননবা তৌবা অসিদি থোইনা ফবা মওং নত্তে, মসিদা অভিনে-তাশিংগী ওইনদি ওস্থোক্লা ফত্তে, শেৎলি চারিবত্ত উফুল রাইনা পক্কনি, তরু তনানবা রাংকনি, মশা ফত্তনবগী মতেং লায়না পাংগনি মরম অসিনা ফকলেন নত্ত্রগা ফরাস তংঙাই ফদনা থানবা লীলা কোরিবশিংনা শিনবা দরকাররি। নত্রামু যাত্রাপাটিনা মখোয়গী মশাগীদমক মসি লৈদুনা তৈরী তৌদুনা থম্মদি শিদজিদাকনি।

প্যাণ্ডলগী মাইকৈ মরিমক অদুদা দর্শকশিংগী কম্নবা মফম অদু নিংথিনা চাওনা লৈরবদি platform দা অভিনয় তৌবদা দর্শকশিংগী হেন্না খুদোং চাই, নত্রবদি রা-ভাবা, উবা ফংবদা খুদোংচারোই। আসরগী মনুংদা অঙাং-মুবী অমদি ইথৌ থোওইদবা মীওইশিংনা অভিনয় তৌরিঙৈদা ভুবৎ-ভুবৎ চৎপা চুমদে; মরমদি মতুম কৌবদা অভিনয় তৌরিবা অমদি দর্শকশিং. নাকল অনিমক্তা অভিনয়গী রুহিবু মাংহল্লি, থোইদোক্লা, ভাবুকনা "হৈ-হ-অদুম তৌবা হৌনত্রা" অমুম্না রা-রা লাওনরকপদা অভিনয়গী ঈচেল অদুবু মরক থৎতুনা অভিনেতাগী মপুক্লিংগী ঈহুলবু মম্নেং তাহল্লি। অভিনয়গী প্যাণ্ডাল থনফম অদু তরু তরুবা মফমদা থনবা কৈ, সমথিহঙাই লৈবা মফমদা থনবদি ফত্তে, মফম অসিদা অভিনয় উৎপবদি অভিনেতাশিং, দর্শকশিংগী অপেনবা রাংপদা নত্তনা, শোন হোনদোক হোনজিন তত্তনা শাম্নরিবা অভিনেতাশিংদদি

হেন্না মশা শোকনিংঙাইনি। মতাং অসিদা অভিনয়গী মরম্মদা আলোচনা তৌজবা মখেদি শয়গা মওংদা লোইশিল্লগে।

---

# রঙ্গমঞ্চদা কনানা কনানো ?

---

*সেক্সপীয়ার*—ইংলণ্ডগী খ্বাইদগী ফাওবা কবিশিংগী মনুংদা সেক্সপীয়ারসু অমনি, মহাকবি ড্রামাগী অফাওবা writer নি। খৃঃ ১৫৬৪ দা সেক্সপীয়ার, আভন তুরেলগী মপান্দা তাবা ষ্ট্রাটফোর্ড সহরদা পোকই। অপোকপা মপাগী মমিংনা জন সেক্সপীয়ার কৌই। অভাং ওটরিৈভেদগী উইলিয়ম সেক্সপীয়ারদি মমা লৈপাকপু সুং-শিজবা মীশক ওইরকই ; মমারোলগা লোইননা লাটিন লোনসু তমখি। খরগী তুংদা খৃঃ ১৫৭৮ দা শিরবদা মাগী উপায় লৈতদুনা লাইরিক তন্না তোক্কুনা জীবিকাগীদমক কন্না নোমখি। চহি মতাগী মতুংদা মহাক্না আনিহাতাও কৌবী অমগা লুহোংখি। হায়রিবী নুপী অসিনা মাবু চহি নিপান হল্লি। মী অয়াম্বনা নুপী অসি লৈশা-লৈশানা মশা য়াইশংলক্কবীনি হায়না পাওখোকপিরে। মরম অসিদগী মাগী শাগৈ নাইতনা সেক্সপীয়ারবু ভিন্ন-খোৎননিং-লমদে। অস্নুম্না তৌনা তৌনা চহি অহুমলোম হৌরবগী মতুংদা সেক্সপীয়ারদা রাখোক অমা থংখবিরে মতুদি—মহাক্না মীগী শক্তি অমা হয়াল্লি অজিনি, রাখোক অসিদগী সেক্সপীয়ারনা মাগী লৈবক খাদোক্কুনা চেন্লে। মতুংদা খৃঃ ১৫৯২ দগী রঙ্গমঞ্চদা অভিনয়

তৌবা য়াওই অমসুং অভিনয়গী লাইরিক ইবা তৌই। ইথিন থিন্দনা অভিনয়গী লাইরিক ইবদা মমিং চৎখি। খৃঃ ১৬১৬ কী এপ্রিল তাং ২৩ দা লোজাখি। মহাক্না শিরবা মতুংদা মরৈপাক; মীরৈপাক, অদুদগী হেন্দুনা অর্ধন রাজ্য ফাওবা য়োনা মাগী মপান নাইত্রবা পাণ্ডিত্য অমদি মানব চরিত্রগী কুপ্পবা জ্ঞানগী ভাণ্ডার ওইরবা নাটকশিংদা উরুখি। করি অমুক হায়গনি মাগী পোকফম অদুফাওবা তীর্থ মখল অমনি হায়দুনা শিংথানখি। লৈপাক অতে অতৈগী পণ্ডিতশিংনা মফম অদুবু দর্শন তৌবা লাকনৈ।

---

*টেনিসন (আলফ্রেড)*—খৃঃ ১৮০৯ গী আগষ্ট থাদা লিঙ্কন সায়রগী মঙুংচনবা সমার্বসি কৌবা মফমদা মহাক অসি পোকখি। মহাকী মপাদি পুজা লাংজাগী (রেক্টারগী) থবক তৌবম্মী। টেনিসন অসি মপাগী অহুমশুবা মচানি। মহাক্না অহানবদা লাউথ কৌবা মফমদা মপাদা লাইরিক তমখি। মদুগী মতুংদা কেম্‌ব্রিজ বিশ্ব বিদ্যালয়গী মনুংদা ট্রিনিটি কলেজদা চংখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক অসি কবিতা ইনিংবগী ভাব অসি লাকই। মহাকী কবিতাশিং মনম্না দেশ অসি শিনথুংখি। খৃঃ ১৮৫০ দা ওয়ার্ডস ওয়ার্থনা শিরবদা ইংলণ্ডগী রাজ কবিগী ফম অসি লাংবনা টেনিসনদা ফম অসি হাপখি। মহাক্না লেংলম্বা কাব্য অমদি নাটকশিংগী মনুংদা মথাদা ইরিবশিং খর অসি অকাওবনি। ১। দি প্রিন্সেস ২। ইনমেমোরিয়াম ৩। মড ৪। আইডিলস অব দি কিং ৫। ইনক আর্ডেন ৬। কুইন মেরী ৭। হ্যারল্ড

৮। বেকেট ৯। দি কাপ ১০। দি ককন ১১। দি প্রমিস অফ মে ১২। দি ফরেক্টার। অসিদা নত্তনা মগাক্না কবিতা ইখি। খৃঃ ১৮৯২ গী ওক্টোবর তাং ৬ তা কবি অসিগী তাইবং লৌলা লোইখি।

---

*গিরিশচন্দ্র ঘোষ*—সাল ১২৫০ দা কলিকতাগী বাগবাজার গী বসুপাড়াদা পোকই। মহাক্কী মপাগী মমিং লীলকমল ঘোষ কৌই, জাতিদি কায়স্থনি। অঙাং ওইরিঙৈদা গৌরমোহন আচর্য্যগী স্কুলদা অমসুং হেয়ার স্কুলদা এন্ট্রান্স পরীক্ষা থারমদাইফাওবা তম্লম্মী। অদুগী মতুংদা মতম খরদং, কনাগুম্বা সওদাগর কোম্পানিগী আফিসতা বুককিপারগী থবক তৌরম্মী। অদুগী মতুংদা বাঙ্গলাগী নাটক ইবা হৌখি। মগাকসি চুম্নগী নাটক্তা ইবা নিপা নৎলমদে, য়াম্না মতিক চাবা এক্টরসু ওইরম্মী। হৌজিক ফাওবদা বাঙ্গলাগী নাট্যকারশিংগী মরক্তা গিরিশ বাবুগুম্না কনা অমতসু মমিং চৎপা ঙমখিদ্রে। তৌইগুম্বসুং গিরিশ বাবুনা অসুম্না ক্মতা শাল্লী নাটক লেখক ওইরবসু বিষয় অমদদি মগাক্কী য়াম্না অশোনবা অমদি লৈরম্মী। মগাকনা কনা কনাগুম্বা গ্রন্থকারগী থৌদোক কয়া লৌরগা নাটক ইরম্মী. অদুবু মখোয়গী মমিং কন্নিমত্তা থাবিদে।

---

*অর্দ্ধেন্দু শেখর মুস্তাফী*—মহাকসি সাল ১২৫৮ গী ব্লাকচিং থাদা কলিকত্তাদা পোকই। মুস্তাফী মহাশয়. অসি অঙাং

ওইরিবগীদমক য়াম্না খংগনি হৈগল্লম্মী। লীলা ড্রামাদা মহাকনি থোইদোক চেন্দোক্লা হৈ-শিংবা ওইরম্মী। অয়াম্বনা মহাক্কী মফমদা লীলা পালা তম্লম্মী। অতেপ্পা দেশকী লোন পুম্নমক নিংথিজনা হৈবা মাগুম্সি তাংভি! মহাকনা ঢাকা, চট্টগ্রাম, অসিনচিংবা জেলাগী লোন্দা খুদক্তা লীলা য়াওবা হেক্তা ওম্মী; মতম অদুদা দর্শকশিংনা জেলা অদুগী অশেংবা মীনি হায়না নিংনৈ। মহাক্কা লীলা পালা তেংবুনা মপুন্সি লেনখি। ১৩১৫ সালগী থবান থাগী নিন্দুং ২১ নি পানবদা মুস্তাফী মহাখয়না মচা মুপা অনি থনম্নগা তাইবংপাল অসি থাদোকখি। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরমক্তা মুস্তাফী মহাশয়গী অভিনয় উবদা থাংনৈশেংবা ওইরবোই নিংতুনা থাগংখি।

---

*ক্ষীরোদ প্রসাদ বিদ্যা বিনোদ*—সাল ১২৭০ দা ২৪ পরগনাগী মনুং চনবা খড়দহগ্রামদা মহাক অসি পোকই। কলি-কত্তাদগী লাক্লগা এম. এ. পরীক্ষা পাশ তৌই। অদুগী মতুংদা জেনেরেল এসেম্বিলি কলেজদা বিজ্ঞান শাস্ত্রগী অধ্যাপক ওই। মমাংনৈদগী মহাক্কি থিয়েটার অভিনয়গীদমক নাটক ইরকই। কলেজগী কর্তৃপক্ষনা মদুদা আপত্তি তৌরকপনা নাট্য কলাদা আত্মা বলিদান তৌরবা ক্ষীরোদ প্রসাদ বিদ্যা বিনোদনা চাকু-রীগী থবক অদুবু করিমু থোৎলদনা খুদক্তা থাদোক্লুনা নাটক ইবদা মপুন্সী কৎথোকখি মাগী লেখনী অদু অতৈপা নৈতনা চেনথরকখি। মখাদা মমিং পলিবা নাটকশিং অসি ক্ষীরোদ বাবুনা

চবনি। মতুদি আলিবাবা, প্রমোদরঞ্জন, সাবিত্রী, সপ্তম প্রতিমা, পলাশীর প্রায়শ্চিত্ত, রঞ্জাবতী, পদ্মিনী, প্রতাপাদিত্য, নারায়নী, চাঁদবিবি, দাদা ও দিদি। অসিদা নত্তনা মহাক্না "অলৌকিক রহস্য" কৌবা মাসিক পত্রিকা অমসু ফোংলম্মী।

---

***দ্বিজেন্দ্রলাল রায়***—খ্বাইনদি মহাকপু ডি, এল রায় হায়না খংনৈ। দ্বিজেন্দ্র লাল সাল ১২৭০ গী জুলাই থাদা নদীয়া জেলাগী মমুংচনবা কৃষ্ণনগর সহরদা বারেন্দ্র শ্রেণীগী ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকই। মহাক নদীয়াগী মহারাজগী দেওয়ান স্বর্গীয় কার্ত্তিকচন্দ্র রায় মহাশয়গী মচা নুপা অতোনবনি। ময়াম্বা অহল শ্রীযুক্ত জ্ঞানেন্দ্রলাল রায় অমসুং ময়াম্বা যাইমা শ্রীযুক্ত হরেন্দ্রলাল রায় অসিনাচংবসু সাহিত্য সেবা তৌখি। দ্বিজেন্দ্রলাল, সাল ১২৯১ প্রেসিডেন্সী কলেজদগী এম, এ, পরীক্ষা পাস তৌরগা লৌউবা তম্নবগীদমক ষ্টেট স্কলারসিপ লৌতুনা ইংলণ্ড চৎখি। মফম অসিদগী পরীক্ষা পাশ তৌরগা ভারততা লাক্লম্মী। অদুগী মতুং খর লৈরগা ভারততা লাক্লম্মী। অদুগী মতুংদা খর লৈরগা সেটেলমেণ্টতা থবক তৌতুনা ডেপুটী মাজিষ্ট্রেট ওইখি। মতম অসিদা ভারতী, নব্যভারত, প্রবাসী অসিনচিংবা থাগী পত্রিকাদা প্রবন্ধ কয়া ইখি। মতুংদা দ্বিজেন্দ্রলালনা কাব্য কয়া নাটক কয়া ইখি। মহাক্না কলিকাতাগী ফাওরবা হোমিও প্যাথি ডাক্তর শ্রীযুক্ত প্রতাপচন্দ্র মজুমদার মহাশয়গী মমোমবু লৌখি। সরকারগী থবক্তগী থাদোকলমদাই মমাংদা মহাক্কী তাদোইনা মচা নুপী

নুপা কয়ামকুম ছন্দোক্লমগা নোঙ্গাখি। কয়া নোম্মনখিবনা মগাক্কী মশা শোক্কনা মহাক পেন্সন লৌহুনা সাহিত্য চর্চাদা মপুক্লিং চংখি। সন ১৩২০ গী ইঙেল থাদা নোঙ্গাখি। শিক্লিঙৈগী মমাংদা মহাকনা "ভারতবর্ষ" কৌবা লাই য়েক্কনা তাকপা চাওরবা খাগী চেকোং অমা কোংননবা থোরাং তৌরম্মী, তৌইগুদসুং হায়রিবা চেকোং অসি ফোংক্লিঙৈগী মমাংদা মহাক তাইবং অসি থাদোকখি।

দ্বিজেন্দ্রলাল, অকাওবা কবি অমা ওইরম্মী। হৌজিকক্কাওবা সম্প্রদায় সাহিত্যকশিংনা মহাকপু কবিবর রবীন্দ্রনাথকা লান্নানি হায়না সম্মান তৌনরি। মহাক্না মখাদা ইরিবা লাইরিকশিং অসি লেংলম্মী! ১। আর্য্য-গাথা, ২। আষাঢ়ে, ৩। কল্কি অবতার, ৪। হাসিরগান, ৫। ত্র্যহস্পর্শ, ৬। বিরহ, ৭। পাষাণী, ৮। তারাবাই, ৯। রাণাপ্রতাপ, ১০। দুর্গাদাস, ১১। নুরজাহান, ১২। সাহাজাহান, ১৩। মেবার পতন, ১৪। ভীষ্ম আসনচিংবনি।

---

***খাইপাকপম নবকিশর সিংহ***—ইংশোক ১৮৭৬ দা কাছার জেলাগী মনুংচনবা ঢুংপুরগ্রামদা মগাক অসি পোকপনি মশাগী চহি ১৮ শুরকপগী অহুরাইদা মণিপুরদা থোরক্লনা য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈখি। অহানবদা এল, পি, ওজা ওইখি, মতুংদা থাংমৈবন্দ, চিংঙামখানচিংবা ইউ, পি, স্কুলদা ওজা ওইখি। অথোইবা কলা প্রেমী অমদি অভিনেতানি, এল, পি, স্কুলদা ওজা ওইরিঙৈদা মণিপুরেশ্বর সার চুড়াচান্দ সিংহজীনা মহাকপু কলিকাতাদা ড্রামাগী ট্রেনিং খাবিক্লই মণিপুরদা ড্রামাগী অহানবা

খুৎমাবনি, ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টগী ওইনা চহিগী থেয়েটর উৎপগী তায় মহাক্লা লৌখি।

পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গ্রাওদা লেভর কোর্পকী জামাদার ওইনা শ্রীযুক্ত ১০৮ যুক্ত মহারাজ চুড়'চান্দ সিংহজিগী সনা য়াথং মতুংইন্না জর্মন লান চংলুই। মতুগী মনা ওইনা সরকারনা লৌ পরি মঙা অমস্তুং ফেমিলি পেন্সন লুপা ২৩ গা পিবিখি। "অক ময়োল" কৌবা অক্কগী লাইরিক অমস্তু লেংখি।

কলাকার অমা ওইনা ষ্টেজদা অভিনয় তৌবদা বীররসগী অভিনয়দা থোইদোক্লা দক্ষতা ওইব', নাট্য কব্যগী অথোইবা কলা প্রেমীনি। মশাগী চহি ৮৮ শুবদা ইং ১৯৬৪দা লোইরাখি।

---

*চিংঙাখম ময়ুম্বর্জ ওকে' অঙৌবী মেম্বর*— মহাক অসি ইংশোক ১৮৮৭দা য়াইস্কুল চিংঙাখম লৈকাইদা পোকই অপোকপগী মমিংনা তোম্বা সিংহ কৌই। সদজন অসি ক্লাস VI হায়রবদি মতম অতুগী মাইন্যার পাশ তৌখি, অহানবদা পঞ্চায়তগী প্রেসিডেন্ট ওইখি, মথংদা চৈরাপকী মেম্বর মথংদা চৈঃ প্রেসি-ডেন্ট ওইখি। কলা প্রেমীনি ধীরোদা নায়কী অথোইবা অভিনেতা নি, শ্রীযুক্ত লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী "নরসিংহ" প্লেগী গম্ভীর সিংহগী ভুমিকাদা কুম্বা, শ্রীখোমজ্রাম ধনচন্দ্রনা অনুবাদ তৌবা "দেবলা" দেবী প্লেগী বলদেবগী ভুমিকাদা কুম্বদা থোইনা দর্শকশিংগী অপেনবা ওইখি। সভাপর্ব্ব প্লেদি মতম অতুরাইগী পৌরাণিক প্লেগী মমুংদা জনসমাজনা পায়রবা প্লেনি, মতুদা যুধিষ্ঠিরগী

ভূমিকাদা কুমদা খোইনা ভাবুকী মিহতা চুনবা ওইখি। তৌজিকী M. D. U. অসি অহানবদা য়াইস্কুল লাকপগীদা লৈরম্মী মমৈদা হায়রিবা কলা প্রেমী অসিগী পুখ্রিদা পার্মিনেন্ট ষ্টেজ শাদুনা মতম কনা কুইনা লৈখি। ইংশোক ১৯৪৪ শুমদা মশাগী চহিনা ৫৭ তা তাইবং অসি থাদোক্লুনা নোঙ্গাখি।

---

*সোরোকখাইবম ললিত সিংহ*—মহাকবি মণিপুর নাট্য জগৎতা অখোইবা লুচিংবা অমনি; মণিপুরগী অভিনয়গী ক্ষেত্রদা তোপ-তোপ্পা মণিপুরগী সমাজিকী চ-নবা শকলোন অমা পুথোকুনা কৌদোকপীরম্বস্তু মহাকবি হায়বা য়াই। মহাকী মমাংদা বাঙ্গালীগী অভিনয়গী মতৌদা মাঙাং খোন্দা, অমদি অভিনয়গী হাব-ভাবনা দর্শকশিংদা উৎলম্মা অভিনয়গী মতৌব মৈতৈগী ওইবা অভিনয়দা Nature অমা পুথোকপীরম্বস্তু মহাকবি হায়না পম্মিংভি। অখোইবা অভিনেতা অসি য়াইস্কুল হিকুহক্লবা লৈকাইদা শকাব্দ ১৮১৪ (ইংরেজী কুমদা ১৮৯২) গী কালেন থাগী পানথংলকপা একাদশী নোংমাইজিং নুমিৎতা পোকই। অপোকপনা সোরোকখাইবম নিংথোবা সিংহ অহুপা অপোকপীনা য়েংখোম নিঙোন কোম্বী দেবী কোই। নাট্য জগৎতা মশাগী চহি ১৭-১৮ লোয়ন শুমদগী চংখি।

মহাকবি পথায়গী-মোহোম্বী অমজি মেপরম্নু ওইখি। মহাকবি চুমদগী কলাকার ওইবদা নত্তে অখোইবা writer মুনি। মহাক্না ইবা সমাজিক নাটকনা মণিপুরগী অহানবা টিকেট লোইবা শাক্না লেংখি। অসিদা নত্তনা সঙ্গী খোংনাং, মাইমুলেমডা, পুরান মৈথাবা

অসিনচিংবসু ইখি। "অন্নেগ্না মরুপতি" ছাপা তৌখি, অতৈঅমি ছাপা তৌখি। মহাক্কি অথোইবা পরিচালকসুনি, ইং ১৯৫৩ শোকতা হাওরং লৈশং শাকবী দীনিদা উৎসবদা folk category গী মনুংদা first prize কংখি। মসিসু নাট্যকার অসিগী পরি-চালকী দক্ষতা, অমদি মৈতৈগী Custom দা কুপ্না খিজিনবগী মহৈনি। মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা মহাক্কী মফমদা "নাট্য বিশারদ" হায়বা উপাধি পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি।

অসিগুম্বা কলাকার অসি মশাগী চহি ৬৩ শুবদা ইংশোক ১৯৫৫ ওক্টোবরগী থাগী তাং ২০ শগোলশেল জুমিত্তা নশ্বরদেহ থাদোকুনা স্বর্গতি ওইখি।

---

***শ্রীঅরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ***—মহাক অসি ইংশোক ১৯০৪ গী আগষ্ট থাগী তাং ৮ দা শগোলবন্দ মান্য লৈরক্তা পোক-পনি, অপোকপগী মমিংনা শ্রীঅরাম্বম রামলাল সিংহ ( মান্য বাবু হায়না খংনবা ) পুলিসকী সব-ইন্সপেক্টর ওইরম্মা, অপোকপীনা মহারাজ শূরচন্দ্র সিংহগী মজা ইবেমা খোমদোনজানি।

ইংশোক ১৯৩২ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা B. A. পাস তৌখি। B. A. পাস তৌরবা মতুংদা Your High School ( হৌজিকী তোম্বীসনা হায়স্কুল ) দা Head Master ওইখি। মহাক্কি অথোইবা কলা প্রেমী অমনি, থিয়েটরদা নায়কী ভূমিকাসিংদা কুপ্না থোইনা দক্ষতা ওইবা নীপানি।

চুম্নদগী কলা প্রেমী অমা ওইবদা নত্তনা অথোইবা কবিশ্নু ওইবনি, মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংদি— খম্বা-থোইবী নাটক, ভাগচন্দ্র নাটক, কৌরব-পরাজয়, রিজিয়া, সাহজাহান, নর-গম্ভীর অসিনি। অরাবদি রিজিয়া, সাহজাহান, নর-গম্ভীর থিবা খংখিদরে। অসিদা নত্তনা শিংথানবদা মতিক চারবা কংশ-বধ কাব্য, সুভদ্রা-হরণ কাব্য, অসিনি। সুভদ্রা-হরণ কাব্যদি মপুং ফানা ইরমদ্রে পেজ ৫৫ রোমদা মইরগমে। অসিদা নত্তনা বাসক শব্যাগী শরুক; হোলিগী ঈশৈ, কবিতা মচা মচা, রচনা কয়াম্নু ইখি।

মশা লৈরিবৈদা "খম্বা-থোইবী" নাটকতি ফোংখি, মশা লৈখিদ্রবা মতুংদা কংস-বধ কাব্য, ভাগ্যচন্দ্র নাটক না মহাক্কী সহধর্ম্মিনীনা ফোংবনি।

ইংশোক ১৯৩৮ দা মহাক তোম্বীস্না হায়স্কুলদগী থেড গাষ্টর ওইবা থাদোকখি। মগাকতি অম্সুক্কী মতিক শোংগংপিনবা লৈতনা হোরকপনি হায়বদু মহাক্না মতম অদুগী Political agent তা ইবা চিঠি অমদগী খংবা ঙম্মী মদুদি—

"My father died when I was in tne womb and my brother and sisters died when they were very young………… I was left on untorfunate and forlorn child,……………"

মশাগী চহি ৪০ শুবদা ইংশোক ১৯৪৪ গী আগষ্ট থাগী তাং ৩১ দা কলা প্রেমী অসি মচানুপা অনি নুপী অমবু মাগী সহধর্ম্মিনীগী মখুত্তা য়োকহোরোকো হায়না মমৈ ওইরবা খোম্লোকনা চেৎনা শিন্নজরম্নগা তাইবং লীলা লোইখি। মহাক্না লৈখিদবা মতুং চহি থরগী মতুংদা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা "কাব্য রত্ন" হায়রবা উপাধি শিন্নুনা মহাকপু ইনাইখুম্না উৎখি।

লোইরবা

## "তৌবিমল উৎচবা"

"নাট্য অমসুং মঞ্চ" ঙাম্বনা কৌবা লাইরিক অসি কলাকার অমদি কলাপ্রেমীশিংদা খরদং কান্নবা ফংলবদি নোমজবগী মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি। লাইরিক অসিগী মগুণদি পাঠক সমাজনা লেপ্পিগদবনি। মসিদা এসোসিয়েশনগী থোইনা মত পীনিংঙাই লৈতে হায়না লৌজে।

হিরমসিদা ইবা লাইরিকসু কয়া য়াম্না লৈত্রি খন্দুনা ফোংজ-বনি। লেখক্না মমল য়াম্নবা মৌলিক গ্রন্থ অসিবু স্বত্ত্ব্গা লোয়ননা দান তৌবিরিবা অসিদা এসোসিয়েশন্না মুংঙাইবা ফোংদোক-চরি। এসোসিয়েশন্না লেখকপু মতম কুইনা পুন্সি মুংশাংনা লৈনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

লাইরিক অসি ফোংনবা মণিপুর সরকার শিক্ষা বিভাগনা অনুদান লুপা ৪০০ (চামরী) পীবিখি। মদুগী দমক্তা এসোসি-য়েশন্না শিক্ষা বিভাগপু থাগৎচরি।

ফোংজবা :—

শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

জেনরেল সেক্রেটরী

মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েশন

রেজিঃ নম্বর ২১৮/৬৩

উরিপোক নাওরেমথোং ইম্ফাল।

তাং ১৭।৪।৭৩ ইং